# শ্রীগীতা মহিমা

(শ্রীজয়দয়াল গোয়ন্দকর পণ্ডিতকী মতকা চূনরবা
শ্রীমদ্ভগবদ্গীতাগী থোইদোকপা মরম)

এমঃ নন্দকিশোর শর্ম্মা



থম্বালনু পব্লিকেশন্স
য়াইরিপোক থম্বালনু সাহিত্য মরূপ
য়াইরিপোক, মণিপুর।

**Shree Geeta Mahima**

A Spritual Exposition

By M. Nandakishor Sharma - 2003




অহানবা ফোঙবা : আগষ্ট ২০০৩

ফোঙদোকপা : থম্বালনু পব্লিকেশন্স, য়াইবিপোক।

ফংফম : সাহিত্যগী দুকানশিং, অইবা অমসুং থম্বালনু লাইব্রেরী।

কোপী মশীং : ৫০০ (চামঙা)

মমল : লুপা ৮০/-



মখুম : এ, সি, ভক্তিবেদান্ত স্বামী প্রভুপাদনা ইবা শ্রীমদ্ভগবদ্গীতা অশেঙ্বা মশক্তগী লৌথোকচবনি।

---

নম্ফম : সিরোই ওফসেট প্রিন্টর্স, থৌবাল, মণিপুর।

ঐবু পোকপী নুংশিবী ইমা
৺রোহিনী দেবীগী আত্মাদা
কচ্চরি থম্মোয় শেংনা।

*এমঃ নন্দকিশোর শর্ম্মা*

# হায়জনিংবা

ঐজ্ঙা নন্দকিশোরগী **শ্রীগীতা মহিমা** হায়বা লাইরিক অসি পাজরে। য়াম্না কান্নবা লাইরিকনি। গীতাগী মহিমাদি হায়বগী লোইবা নাইদে। অদুমকপু শ্রীনন্দকিশোর শর্ম্মাগী লাইরিক অসিদা গীতাগী মহিমাবু শূপচিন্না মচি ওইবা মখৈ হায়রে। থাঙ্গৈশেংবা হায়রবদি গীতাবু চপ চানা ফজনা খঙবা হায়রবদি ভগবান শ্রীকৃষ্ণ মথন্দনি। মদুগী মথং তারকপদা খঙবনা গীতা অসিবু খ্বাই পূম্নমক খঙনবা ইথোকলিবা দ্বৈপায়ন বেদ ব্যাসনি। ব্যাসকী হেক মথংদা গীতাবু ফজনা খঙই হায়না লৌনরিবসি অর্জুননি। শ্রীকৃষ্ণনা গীতা মথং মথং তাক্লকপদা, ভাব তাহৌদবা পূম্নমক শ্রীকৃষ্ণদা হকথেংননা হংবা য়াবগী খুদোংচাবা ফংখিবসি অর্জুন মতোমদনি। ভীষ্ম নত্তে; যুধিষ্ঠীর নত্তে; ভীম নত্তে, অতৈ কনা অমতা নত্তে। অদুমকপু শুপ্তু সাম্রাজ্যগী মতমদগী হৌজিক ফাওবা লেপ্পা লৈতনা মশীং লাকঙমদবা পণ্ডিতশিং, সমালোচেকশিং অমদি গ্রন্ধারশিংনা লোন কয়া কয়াদা গীতাবু নৈনরকলি। নৈন নৈনরগা গীতাগী অর্থসু ময়েক শেংবা হেঙ্গৎলক্লি।

মহাত্মা গান্ধীগী লমজীং মখাদা ভারতনা স্বরাজ ফংলে। ভারত হৌজিক শক্তিশালী ওইরে। পৃথিবীগী অচৌবা শক্তিশিংনা ৱাফম অসি য়ারবনি। অদুবু ঐখোযনা হংজনিঙই - মহাত্মা গান্ধীবুদি কনানা লমজিংখিবগে? গান্ধীজীবু অয়ুক নুমিদাং নাইদনা লমজিংখিবদি শ্রীমদ্ভগবদ্গীতানি। গান্ধীজীনা ঐখোয়দা তাকপি - অতৎপা নাইদনা নিষ্কাম কর্ম্ম তৌ। মহাত্মা গান্ধীদি কর্ম্মযোগীনি। মহাক্কী কর্ম্মযোগ অসিদা ভক্তি যোগগী শরূকসু য়াওই। কর্ম্মযোগদা ভক্তি যোগ হাপচিনবা অদুম য়াই।

পোক্লবদি শিবা, শিরবদি পোকপা হায়দুনা অয়াম্বা জীবনা লায়দুনা লৈরি পোকপা-শিবা, শিবা-পোকপগী চক্রদা। চক্র অসিদগী নাম্থোক্লবা উপায়সু শ্রীকৃষ্ণনা মনাই অর্জুন্দা তাকপি। ৱাদবু অর্জুন্দা তাকপা হায়বনি। জগৎ পূম্নমক্কনি শ্রীকৃষ্ণনা তাকপিরিবনি গীতাগী মতেংনা। ভগবদ্গীতা হায়বসি উপনিষদ

পূম্নমক্কী মচি ওইরবা উপনিষদনি। উপনিষদ ময়াম্না ষম্বী ওইরে, অর্জুন্না ষন্নাউ ওইরে, শ্রীকৃষ্ণনা ষঙ্গোম শুম্বনি। উপনিষদশিংদগী শ্রীকৃষ্ণনা শুমধরকপা ষঙ্গোমদি গীতানি। ষঙ্গোম অসিবু থকলিবনা জগৎকী জীব পূম্নমক্নি।

হৌজিক্কী মতম অসিদা নত্ত-নত্তবা পোৎ চাদুনা পুক্নিং হকচাং মাঙ্বা কয়া য়াওনরক্লবা অমদি নত্ত-নত্তবা মহী থক্কুনা ঙাওদুনা লৈবা কয়া য়াওনরকপা অসিদা ঐজ্ঞা নন্দকিশোর শর্ম্মনা গীতা মহিমা কৌবা লাইরিক পুথোকলকপা অসিদা ঐখোয় থাঙ্গৈশেংনা হরাউজে। লাইরিক অসি মী পূম্নমক্না পাক্না শন্না পাবা অদুনি ঐখোয়না আশা তৌজরিবা

০১।০৮।২০০৩ ইং
য়াইস্কুল, ইম্ফাল।

রাজকুমার ঝলজিৎ সিংহ

# পব্লিকেশন্সকী মায়কৈদগী

শ্রী এমঃ নন্দকিশোর শর্ম্মা "য়াইরিপোক থম্বালনু সাহিত্য মরূপ" কী ফাউন্দর প্রসিডেন্টনি। য়াইরিপোক লমদমগী লময়ানবা সাহিত্যকারনি। লমদম অসিদা সাহিত্যগী ওইবা লাইরিক ফোঙবা মহাক্না অহানবনি। ইং শোক ১৯৬৫ ৬৬তা অইবগী **থম্বালনু শৈরেং** ফোঙখি। মীয়াম্না পাম্নবা লাইরিক অমা ওইখি। হৌজিক ফাওবদা মশাগী লাইরিক মঙা ফোঙখ্রে। ঙসি ফাওবদা, অইবগী সাহিত্য সেবা মণিপুরগী মনুং-মপাল অনীমক্তা লেপত্রি। মরম অসিদগী অইবদা ইকায় খুম্নবা উৎপা ওইনা "মণিপুরী সাহিত্য প্রচারক সভা ব্রাংজিং"না সাহিত্যদা শীংথাবা য়ানা সেবা তৌবগীদমক শোক ২০০৩ গী ওইনা "ইবোতোম্বা এব্রার্দ" খুদোল তমখ্রে। শ্রী নন্দকিশোর শর্ম্মা সংস্থানগী প্রতিনিধি ওইনা কোলকটা অমসুং হায়দরাবাদতা পাঙথোকপা কবি সম্মেলন্দা শরুক য়ারুরে। হন্দক্কী অইবগী পুথোরক্লিবা ধর্ম্মগী ওইবা মমল য়ামখ্রবা লাইরিক **শ্রীগীতা মহিমা** অসি থারগা য়াইরিপোক থম্বালনু সাহিত্য মরূপনা ফোঙদোকচখ্রবা লাইরিক পুন্না ১৯ (তরামাপল) শুরে। সংস্থান অসিনা সাহিত্যগী থৌরম কয়া লেপ্তুনা চখজরকপগা লোয়ননা থা ৬/৬কী ওইবা সাহিত্যগী চেফোঙ **থম্বালনু** সু মতম চানা পুথোকচরি। অইবগী **শ্রীগীতা মহিমা** দিব্য বাণীগী ওইবা থোইদোক্লা কান্নরবা সাহিত্যগী পোখোক্লি হায়জনীংই। মরম অসিদগী মণিপুর সরকারগী এডুকেসন বিভাগ অমসুং ষ্টেট কলা একাদমী অনীনা লাইরিক অসি ফোঙননবা শেন্থুং পীবিরকখিবনি। খুঙ্গংগী সাহিত্যবু মপুং ওইনা য়োকখৎপদা অকৃপ্পা পান্দম থমজরিবা য়াইরিপোক থম্বালনু সাহিত্য মরূপকী সাহিত্যগী খুদোল **শ্রীগীতা মহিমা** মীয়ামদা খুদোল তমজরি।

**রঘুবীর থিয়াম**
*পব্লিসর*
থম্বালনু পব্লিকেশন্স,
য়াইরিপোক থম্বালনু সাহিত্য মরূপ

য়াইরিপোক, মণিপুর
তাং ২০।০৮।২০০৩ ইং,

# ৱারোল খরদং

পূম্নমক্না ইকায়খুম্নরবা ভক্ত বৈষ্ণবশিং, মরু খঙবা পণ্ডিতশিং অমদি জ্ঞানীশিংগী মফমদা ভক্তি কচ্চরি।

জগদ্গুরু শ্রীকৃষ্ণগী কৃপানা অমদি অদোম খ্বায়গী বরনা ইজবা "শ্রীগীতা মহিমা" কৌবা লাইরিক মচা অসি লাম্হোকচবি। মসিগী থৌরাং শাগচ্চরকপদা মপূং ওইনা পণ্ডিত শ্রীজয়দয়াল গোয়ন্দকর গুরুদেবগী চরন্দা ভক্তি কচ্চরগা গুরুদেবনা লেংবা **তত্ত্ব বিবেচনী** ভাষ্যগা লোয়ননা নৈনবা গীতা মহিমাগী মনুংদগী চিংথোকচরগা পণ্ডিত অসিগী মত মতুং ইন্না মণিপুরীদা পামজদুনা লেংথোকচবনি। তোল্লবা মূর্খ ঐগী লনাই মত য়াওবা নত্তে। ইশাগী ওইনা খঙনীংবা ৱাখল্লা লমজিং ওইরগা থিজবদা ওজা গুরুশিংগী মফমদগী ফঙ্ঙকপা খরদু খোমজিঞ্জবনি। মতুংদা অমুক ঐবু তাকপি-তম্বিরকপা ওজা, মিং পঞ্জরবদা শ্রী নিংথেম শর্ম্মা, শাস্ত্রীদা শিন্নদুনা য়েংহঞ্জে। ওজানা হন্না মিংয়েং তাবিদুনা ৱাহৈ- ৱাতা অমদি ভাবনচিংবা নুংঙাইতবা কয়া শেমদোকপিখি। লোয়ননা ফোঙদোকউ হায়না তাকপিদুনা কৃপা পীবিখি।

থাঙ্গৈশেংনা পণ্ডিতশিংনা হায়নবা লৈ মদুদি সংসাবসিদা শ্রীমদ্ভগবদ্গীতাগা মান্নবা কল্যাণ (লাইবক ফবা) গী লাইরিক অমফাও লৈতে। মসিদা জ্ঞানযোগ, ধ্যানযোগ, কর্মযোগ ভক্তিযোগ অমসুং সাধন কয়ামরুম তাকপিবিবশিং অসিগী মনুংদা মশাগী থাজবা, অপাম্বা অমসুং সাধন কয়ামকম ঙমজবা মতুং ইন্না হোৎনজবদা মীওইবগী লাইবক ফরোইদবা লৈতে। মরম অসিনা গীতাগী থোইদোকপা মগুণ নৈনবদা মীওইবা খূদিংমক্কী লাইবক ফবা ফংনীংঙাই লম্বেল লৈ। গীতাজ্ঞান নৈনদবা য়াদে হায়বসি খঞ্জদুনা অমদি মসিগী ৱারোল খরদং নুংশিরবা ইমারোন্দা পুশিঞ্জনীংদুনা হোৎনজবা থৌরাংনি। গীতাগী পাউতাক মীওইবা খূদিংমক্কীনি হায়বা অচেৎপা ৱাখল অসি পূম্নমক্তা য়ৌহন্নবা হোৎনজবনি হায়না লৌবির্গনি। মসিনা খূদীংমক্তা থোইদোকপা মঙাল অমা পীনৈ হায়বসিদা য়ুম্ফম ওইরগা পণ্ডিতশিংগী ওইবা মতখক্তবু খোমজিঞ্জবগী মায়কৈদা মিংয়েং থল্লগা হৈত-হৈত পুথোকচবনি।

শ্রীমদ্ভগবদ্গীতা পৃথিবী পূম্বা শীঙ্খুংনা খঙ্ন-নৈনরবা গ্রন্থরাজনি। অথোইবা লাইরিক অসিবু পণ্ডিতরাজ মহাজন কয়ানা নৈনবগী মনুংদা ভক্তি বেদান্ত স্বামী প্রভুপাদনা

পুথোকপিবা **শ্রীমদ্ভগবদ্গীতা অশেংবা মশক** কৌবা লাইরিক অসি মহা অমৃতগী মশক ওইখ্রে মদুদি মসিবু পূক্লিং চঙ্না পাদুনা নৈনজবদা মী অদু শোয়দনা মবুকচেন লেপ্লা ঙমজনবা পাউতাক মশাগী থম্মোয়দা শোয়দনমক পৈশিঞ্জনবগী থোইদোকপা পাম্বৈ অমা ওইহল্লি। পৃথ্বী শিনবা থুংনা ফাওরবা পণ্ডিত কয়াগী মত মতুং ইন্না ভারতবর্ষগী থোইদোকপা শীংথানীংঙাই ওইরিবশিংগী লমজিং পাউতাকপিরিবা গীতানা লময়ানবনি হায়বদা মতিক চায়। গীতাদি মতম পূম্নমক্তা চূন-চানবা, ময়েংতাদবা নৈনগদবা লাইরিক্নি। নোংচূপলোমগী লৈবাক কয়ানসু মসিবু থোইদোকপনি খন্না নৈনদুনা মসিগী মনুংদা য়াওরিবা তত্ত্ব (থোইদোকপা) শিং অসি নৈনদুনা পুথোক্লগা কান্নবা কয়া লৌনরি। মসি অখণ্ড অহৈশিংনা খঙ্নরবা ৱাফম্নি। মসিবু চেৎনা, পূক্লিং লেপ্তুনা অমদি ৱাখল অনী লোঙ্দনা নুমিৎ খূদীংগী শকয়েং মিংশেনগুম তত্তনা য়েংজবদা মশাগী মশক চুম্না শেমগচ্চবা ঙমজগদবা লাইরিক্নি। গীতাগী ৱাখল চেন্দবা নীতি অমদি রাজনীতিনচিংবা খূদিংমক অমফাও-মপূং ফারোই। মরমদি গীতাদা নুং-য়ৌনা পল্লিবা ৱাফম অদু পুথোকপা ঙম্বা অতৈ লৈরোই। লাইরিক অসিদা অৱাৎপা অহোবা করিসু লৈতে। মসিগী অশেংবা মশক পুথোক্লবা মতম অসিদা মাবু খঙ্নবা হোৎনদ্রবদি পুক্সি অসি অবেম্বদা পঙলেন লেনবা তাবক্নি। মমল য়াম্লবা মীওইবা পুক্সিগী মমল খঙ্দনা অরেম্বদা মাঙহনবগী মহুত্তা ঙমজবা পাম্বৈনা গীতা জ্ঞান তানশিন্নবা হোৎনবা তঙায় ফদে। অনৌবা যুগকী সাহিত্যখক নৈনবনা জ্ঞানগী অৱাংবা থাক তানবা ঙম্ফম থোক্তে। **বেদান্ত সাহিত্য** নৈনরগা অশেংবা জ্ঞানগী ফিরেপ তানবা ঙমগদবনি। মসিগীদমক গীতা নৈনবগী তঙায়ফদবা লৈ।

কর্মযোগী অমা ওইনা মহাত্মা গান্ধীনা গীতাবু অসুক্কী মতিক ৱাংনা থাংগৎলম্মী। বাপূনা হায়রম্মী–'খনফম খঙ্দ্রবা মতমদা গীতাগা ৱাতানবদা ৱাখল থোকই, নীংবা কায়বা কোকহল্লি অমসুং ৱাখল থোক্লবা মতমদা গীতাবু পাকবা অর্মাদি মাগী ৱাদু খন্থদুনা নৈনবদা শোয়দনা ৱাখলগী পাঙ্গল থোক্লকই।' বাপূগী পুক্সিদা গীতাবু পুক্সি লম্বীগী চৈশু অমনি হায়না খঞ্জরম্মী। গীতাগী মপান্না পূম্নমক লমজিং লমতাকপা গুরু অমগী মশক লৌবিরি হায়বসি পূম্নমক্লা য়ানরবা ৱাফম্লি। খঙ্দবগী খঙ্নবা তাকপিবা গীতাবু খরদং ওইরবসু নৈনবদা অনৌ-অনৌবা অর্থ অসুম অসুম থোরক্লুনা পুক্সিগী নুংঙাইবা লম্বেল অমা ফংজবা ঙমগনি হায়বা অসি লাউনদুনা লাক্লি। মসিদা খূদিংমক্লা তুং ইন্নদুনা চৎননবা হোৎনবদা পুক্সিসি লাইবক

ফবরোমদা মায় ওন্দুনা শোয়দনা চৎপা ঙমগনি হায়বা অসি শোয়দ্রবা ৱাফম্নি। মসি যুগ অসিগী অমম্বা কোকহনবা ঙম্বা ঙাল্লবা থাউমৈ অমনি হায়না লৌবা য়াই।

আত্মানা পরমাত্মাদা চঙজনবগী লম্বী থিবদা শ্রীমদ্ভগবদগীতানা থূপ্পবা অমদি শেংলবা লম্লেল অমা তাকপিদুনা, মদুগী লমজিং মৈৱা পায়বিদুনা মনাই অর্জুন্না ৱাখল ককঙাওনদুনা ওন্ন-তৈনবা ৱাখন্দা শেরান্নবদগী জ্ঞান তাহন্দুনা ভক্তি মার্গদা লায়না পম্ফুংফম য়ৌননবা অমসুং য়ৌরগা য়াম্না শান্তি ওইনা লৈজ-লেঞ্জনবগী তাঙ্লবা লাইৱা অমা মঙোন্দা ফংহনখ্রবনি। অর্জুনখক্তগী নত্তৱা লাইৱা অদু লৌশিঞ্জবদা মমল নাইদ্রবা ইবলনি হায়বসি পূম্নমক্না খন্তফম থোকই। মরমদি মসিদা লম্মাংনরবা ফাওবদা অচুম্বা ৱাখল লম্লেল ফংনবগী ৱারোল পল্লি। মসি অর্জুনগীদা নত্তনা পূম্নমক্তা তাকপিরম্লবা পাউতাক ঙাক্তনি। কলিগী মতমদা ৱানা লেনবদগী নুংঙাইনা লেঞ্জবা ফংননবা অমসুং পূক্নিং-থম্মোয় ঙান্না খঙজ-উননবা পাম্বৈনি। নুং-পান মশক খঙ্ন পুক্সি করিনো হায়বসি শেংনা তাকপিরবা গ্রন্থ অসিবু পূক্নিংনা পূজা কচ্চবা তাই। কচ্চরি।

লাইরিক অসি ফোঙনবগীদমক পব্লিকেসন গ্রান্ট পীবিদুনা খঙ্গৎপিখিবা 'মণিপুর ষ্টেট কালা একাদমী' অমসুং 'ডাইৰেক্টর ওফ এডুকেসন, মণিপুর' বিভাগ অনীগী মায়কৈদা তৌবিমল খঙ্বা উচ্চরি। শিক্ষাগুরুদা ভক্তি কচ্চরি। লাইরিক অসি নম্বদা অৱাবা থৌদাং য়াবিদুনা তেঙবাঙ্বিখিবা সনখ্যা ইবুংঙো রাজকুমার ঝলজিৎ, 'য়থসম' গী জেনেরেল সেক্রেটরি রঘুবীর থিয়াম অমদি সিরোই ওফসেট প্রিন্টর্সকী প্রোপ্রাইটর শরৎচন্দ্র অমদি মাগী ষ্টাফ মেম্বরশিং অমসুং অতৈ তেঙবাঙবিখিবা মরূপ মপাংশিং পূম্নমক্কী মফমদা তৌবিমল খঙবা উৎচরি। মখোয়গী লমন তোনশিঞ্জবে হায়না লৌজে। থোইনা লাইবক ফবা ৱাফম অমা পঞ্জরি মদুদি মণিপুরী সাহিত্য প্রচারক সভা, ৱাংজিংনা ইং শোক ২০০৩ গী 'ইবোতোম্বা এৱার্ড' শেল ওইনা লুপা ৫০০০/- গী শেনফম অমা পীবিদুনা ঐবু ইকাইখুম্নবা উৎপিখি। পূণ্যগী শেনফম অদু লাইরিক অসি নম্বকী চঙগদবা শেম্মুন্দা ভগবান্দা কৎশিঞ্জবগী মওং ওইনা হাপচিঞ্জখ্রে।

অরোইবদা লাইরিক অসিবু অদোম্না পূক্নিং চঙ্না পাবিদুনা মসিগী অশোয় অরান য়াওরম্বা খিবিক চুমথোকপিরকপদা হরাউজগনি। লোয়ননা মসিদগী কান্নবা খজিক্তং ফংনরবদি হোৎনজমন মহৈ য়াল্লে হায়না লৌজগনি।

জন্মাষ্টমী,
তাং ২০।০৮।২০০৩ ইং,

এমঃ নন্দকিশোর শর্ম্মা

# য়াওরিবশিং



**শ্রী পরমাত্মনে নমঃ**

**নমো বিশ্বস্বরূপায় বিশ্বস্থিত্যন্তহেতবে।**
**বিশ্বেশ্বরায় বিশ্বায় গোবিন্দায় নমো নমঃ।।**
**বসুদেবসুতং দেবং কংসচানূরমর্দনম্।**
**দেবকী পরমানন্দং কৃষ্ণং বন্দে জগদ্গুরুম্।।**

# ১ - শ্রীগীতা মহিমা

## (শ্রীমদ্ভগবদ্গীতাগী থোইদোকপা মরম)

শ্রীমদ্ভগবদ্গীতা হায়বা অসি সাক্ষাৎ ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী দিব্য বাণীনি। মসিগী অবেপ্পা বর্ণন কনানসু তৌবা ঙম্লদে। শেষ, মহেশ, গণেশ অথোইবা দেবতাশিং ফাওবনসু মসিগী মহিমাবু মপূং ফানা তাকপা ঙমদে। মীওইবনদি কবম্না ঙম্ফম থোকপা! ইতিহাস পুরাণনচিংবগী মতাং মতাংদা মসিগী মহিমা শক শোল্লিদি হায়ববু, মদুমক্না মসিগী খমথেংবা মশক লেপ্পবরা হায়বদি নত্তে। হায়বদি মসিগী মহিমাসি কনানসু লোইনা শীংথাবা ঙমদে। মসিগী মহিমাদি অপাব (মপান্নাইদবা) অর্মাদি অপবিমিত (চাংদমনিংঙাই লৈতবা) মশক্নি।

গীতা হায়বা অসি থোইদোকপা লোম্নুপকী মশক ওইবা লাইবিক্লি। মসিদা বেদপুম্নগী মচি ওইবা ব্রা খোমজিল্লম্মী। মসিগী রচনা (খুৎলেং) অসি অসূপকী মতীক লায় মদুদি খজিক্তং হেক হোৎনজবদসু মীওইবনা মসিবু লায়না খঙজবা ঙমই। তৌইগুম্নসুং মসিগী অরেপ্পদি অসূপকী মতীক লুপ্রে অমসুং থূপপ্রে, মাবু পুঙ্গিচূপ্পা তত্তনা অভ্যাস তৌদুনতা লৈরবদসু মসিগী নৈনবা লোইবা নাইদে। নুমিৎ খূদীংগী অনৌ অনৌবা ভাব পোক্লক্কুনতা লৈ, অদুনা মহাকসি মতম চূপ্পা

অসুম ইনৌতা নৌদুনতা মরে। অদুগা পূক্লিং চোইদনা শ্রদ্ধা ভক্তিগা লোয়ননা নৈনবদা মসিগী পদ-পদ (ৱাহৈ-ৱাহৈ) খূদীংমক্তা থোইদোকপা লোম্বুপ (বহস্য) ঙাক্তনা থনবা ঙাক্তা ওইনা তৌই। ভগবানগী গুণ, স্বভাব, স্বরূপ, তত্ব, রহস্য অমসুং উপাসনাগী অমদি কর্ম্ম অমসুং জ্ঞানগী ওইবা বর্ণন গীতা শাস্ত্রদা তৌরিবা অসিগুম্না অতৈ লাইরিকশিংদা পূন্না য়াওরমগদবসি লুনা থোকই। ভগবদগীতা হায়বা অসি অসিগুম্বা চাংদম্নিংঙাই লৈত্রবা শাস্ত্র অমনি, মসিগী ৱাহৈ অমফাওবা অফবা পাউতাক ওইদবা য়াওদে। গীতাদা বোচক ওইবা ৱাহৈ হায়বদি পাম্লনবা হাপ্পা ৱাহৈনি হায়বা য়াবা অমত্তসু য়াওদে। মসিদা হায়রিবা ৱা খূদীংমক অওইবা অবেপ্পা ঙাক্তনি; সত্যস্বরূপ ভগবানগী বাণী (ৱাঙাং) বু পাম্লনবগী মতৌনি লৌকবদি ইবুংঙো মাবু থওইদবা তাগনি।

গীতা হায়বা অসি সর্ব্বশাস্ত্রময়ী (শাস্ত্র পূম্বগী মশক ওইবী) নি। গীতাদা শাস্ত্র পূম্নমক্কী মচি ঙাক্লা থন্না য়া ওই। মসিবু শাস্ত্র পূম্নমক্কী পূর্কোনি হায়বদা হায়মল্লোই। গীতাবু নীংথিনা খঙ্লবদা শাস্ত্র পূম্নমক্কী অবেপ্পা (তাত্বিক) জ্ঞান অদুম্মক খঙ্লকই। মদুগীদমক তোঙান্না হোৎনরুবগী তঙাইফদবা লৈত্রে।

মহাভারত্তসু হায়খ্রে - 'সর্ব্বশাস্ত্রময়ী গীতা, (ভীষ্মঃ ৪৩/২) অসুম্না। অদুবু অসূক য়াম্না হায়জনবদি মতীক চাদে। মরমদি শাস্ত্র পূম্নমক্কী উৎপত্তি বেদশিংদগী ওইখিবনি, বেদশিংবু ফোঙ্ৱনা ভগবান ব্রহ্মাগী মুখদগীনি। অদুগা ব্রহ্মানা ভগবানগী খোয়দৌ - থম্বান্দগী পোকখিবনি। অসুম্না শাস্ত্রশিংগা ভগবানগগী মরক্তা ওম্ভোক্লা য়াম্না তাম্নবি। অদুবু গীতাদি স্বযং ভগবানগী মুখারবিন্দদগী থোরকপনি, মবম অসিনা মসিবু শাস্ত্র পূম্নমক্তগী হেনগৎনা হায়বদা কবিসু হাযমন্না থোক্লোই। স্বয়ং ভগবান বেদব্যাসনা হায়বম্মী -

**গীতা সুগীতা কর্ত্তব্যা কিমন্যৈঃ শাস্ত্রসংগ্রহৈঃ।**

**যা স্বয়ং পদ্মনাভস্য মুখপদ্মাদ্বিনিঃ সৃতা॥**

(মহাঃ ভীষ্মঃ ৪৩/১)

"গীতাবু নীংথিনা তাগদবনি, কীর্ত্তন তৌগদবনি, পঠন-পাঠন, মনন অমসুং ধারণ তৌগদবনি, অতৈ শাস্ত্রশিং খোমজিল্লুবগী করি কান্ননীংঙাই লৈবগে? মরমদি মসি স্বযং পদ্মনাভ ভগবানগী সাক্ষাৎ মুখ কমলদগী থোরকপনি।"

শ্লোক অসিদা 'পদ্মনাভ' শব্দবু প্রয়োগ তৌদুনা মহাভারতকারনা ব্রাফম অসি ফোঙদোকপিরম্বনি। মসিনা তাকপদি ইবুংঙো মাগী খোয়দৌ থম্বান্দগী ব্রহ্মা পোকখিবনি অমসুং ব্রহ্মাগী মুখদগী শাস্ত্র খিবিক্কী মরু ওইরিবা বেদ ফোঙদোরকপনি। গীতা হায়বা অসে অদুগুম্বা ভগবান মাগী মুখ কমলদগী ফোঙদোকখিবনি।

গীতাদি গঙ্গাদগীসু হেল্লি। শাস্ত্রশিংদা গঙ্গাস্নানগী ফল মুক্তিনি হায়বম্মী। হোয়; গঙ্গাদা স্নান তৌজবশিংনা মশামক মুক্ত ওইজবদি য়াই অদুগা মানা অতোপ্পশিংবু লাম্হোকপিনবগী সামর্থদি ওইনিংঙাই লৈতে। তৌইগুম্বসুং গীতাগী মশক ওইবী গঙ্গাদা লূপচদুনা লৈবশিংনা মশাসু মুক্ত ওইজৈ, অতোপ্পশিংবুসু মানা লাম্হোকপিবা ঙমজৈ। গঙ্গাদি ভগবানগী চবণদগী পোল্লকপনি অদুগা গীতানা সাক্ষাৎ ভগবান নারায়ণগী মুখারবিন্দদগী থোরকপনি। অদুগা অমুকসু গঙ্গাদি মঙোন্দা লাক্লগা স্নান তৌজরবা মহাকখক্তবু মুক্ত ওইহনবি; তৌইগুম্বসুং গীতাদি য়ুম-য়ুম খূদীংদা চৎলগা মুক্তিগী লম্বৈন উহনবিরি। অসিগুম্বা মবমশিংসিদগী গীতাবু গঙ্গাদগী হেল্লি হায়নবনি।

গীতাদি গাযত্রীদগীস্ হেল্লি। গায়ত্রীজপনা মীওইবগী মুক্তি ওইজৈ হায়বা অসি অচূম্বনি। অদুবু গাযত্রীজপ তৌজবা মাসু মতোমতা মুক্তি ওইজৈ; অদুগা গীতাবু অভ্যাস তৌজবা মাদি তবণ-তারণ (লাঞ্জবসু লানবিবসু ঙম্বা) ওইজৈ। মুক্তি পীনবিরিবা ভগবান্দুবু মশাগী ওইজরবদা মুক্তিগী ব্রা করি লৈখিগনি। মুক্তিদি মাগী চবণ ধূলিদা লৈববনি। মুক্তিদি ইবুংঙো মানা খুভম হাংবিববনি।

গীতাবু স্বয়ং ভগবান্দগীসু হেল্লি হায়বদা করিসু হাযমনবা ওইরোই। ভগবানমক্না তাকপিবম্মী –

**''গীতাশ্রয়েঽহং তিজষ্ঠামি গীতা মে চোত্তমং গৃহম্।**

**গীতাজ্ঞানমুপাশ্রিত্য ত্রীল্লোকান্ পালয়াম্যহম্।।''**

(বরাহ পুরাণ)

'ঐনা গীতাগী আশ্রয় লৌদুনা লৈবনি, গীতানা ঐগী অথোইবা য়ুম্ফমনি। গীতাজ্ঞানগী মতেং লৌদুনা ঐনা মরোল অহুম্ পালন তৌরিবনি।

অসিদা নত্তনা গীতাদা ভগবাননা মুক্তকণ্ঠমক্তগী লাউথোকপিরম্লবনি মদুদি কনাগুম্বনা ঐগী অসিগুম্বা গীতাগী মশক ওইবা আজ্ঞা অসিবু পালন তৌজরবদি মহাক শোয়দনা মুক্ত ওইজগনি –

**"যে মে মতমিদং নিত্যমনুতিষ্ঠন্তি মানবাঃ।**

**শ্রদ্ধাবন্তোঽ নসূয়ন্তোমুচ্যন্তে তেঽপি কর্ম্মভিঃ ।।"**

(গীতা ৩/৩১)

শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্না অর্জুন্দা মশাগী কল্যাণগী অরেপ্পা সাধন তাকপিদুনা অর্জুনবু লান তৌ হায়বগী আজ্ঞা পীরদুনা মসিগী ফল তাকপিবা মতাংদা -

"কনাগুম্বা মীশিংনা অশোয়-অরান যাওদনা অমসুং থাজনা কৃষ্ণ ঐগী অসিগুম্বা মত অসিবু মতম লৈবখিবিক্তা অনুসবণ তৌজববদি (তুংইন্না চৎচববদি) মখোয়দুসু কর্ম্ম খিবিক্তগী মুক্ত ওইজে।" মসিসু চুমগনি, ভগবান্না তাকপিবম্বদা কনাগুম্বনা গীতাবু নৈনজবদসু মদুনা মবম ওইদুনা জ্ঞান যজ্ঞ তৌজবনা ভগবান ঐবু পূজা তৌরে হায়না লৌগনি।

**"অধ্যেষ্যতে চ য় ইমং ধর্ম্ম্যং সংবাদমাবয়োঃ।**

**জ্ঞানযজ্ঞেন তেনাহমিষ্টঃ স্যামিতি মে মতিঃ ।।"**

(গীতা ১৮/৭০)

'মী অদুনা অসিগুম্বা ধর্ম্মগী মতৌ ওইবা ঐখোয় অনীগী সংবাদগী মশক ওইবা গীতাশাস্ত্রবু তমজরবদি, মদুতনসু ঐবু জ্ঞান যজ্ঞনা পূজা তৌবে লৌগনি; মসি ঐগী মতনি।

গীতাবু নৈনবখক্তগী থোইদোকপা মতৌ লৈববদা মী অদুনা মসিগী পাউতাকশিংসিগী মতুং ইন্না মশাগী পুন্সি শেমজৈ অমসুং মসিগী বহস্যবু ভক্তশিংদা ফংহল্লি, অদুগা মহাক্না মসিবু পাকথোক্লবা অমদি শন্দোক্লবা তৌবা মহাক অদুগীদি কবি অমুক হাযরুগনি? মহাক অদো ভগবান্না থোইদোক্না নুংশি হায়নসু তাকপিরম্মী। মহাক্না ভগবানবু মথৱায়দগীসু হেন্না নুংশিজরবনি হায়বদসু করিমতা লাল্লরোই হায়বা য়াই। ভগবানদি মাগী অসিগুম্বা ভক্তশিংগী মখা পোল্লিবনি।

অফবা পুরুষশিংদসু মসি উনৈ মদুদি মখোয়গী সিদ্ধান্তবু ঙাক্না চৎলিবা মখোয়শিংদুবু অদুক্কী মতীক নুংশিবা অদু মাগী মথৱায়মকপুসু নুংশিদে। গীতা

হায়বসি ভগবানগী অথোইবা রহস্যগী মশক ওইবা আদেশনি। অসিগুম্বা ফিভমদা মাবু পালন তৌনা চৎচরিবা মীওইশিংদুবু থৱায়দগী হেন্না নুংশিবিবা য়াই হায়বদা করি অমুক ঙক্লিংঙাই লৈগনি।

গীতাদি ভগবানগী নিংশা স্বরনি, থম্মোয়নি অমসুং ভগবানগী বাঙ্‌ময়ী মূর্ত্তি (ৱাহৈগী শক্তম) নি। মহাক অদুগী থম্মোয়দা, ৱাঙাংদা, হকচাংদা অমদি ইন্দ্রিয় খিবিক্তা অমসুং মখোয়দুগী ক্রিয়াশিংদা গীতা চান্নজরবা পুরুষ অদো অশেংবা গীতাগী মূর্ত্তিনি। মহাক্না উজবা, শোকচবা, মৱাহৈ অমসুং মুন্না খঞ্জবদগীসু অতোপ্পা মীওইশিংনা পরম পবিত্র (থোইদোক্লা শেংলবা) ওইজে। অদুগা অমুক মাগী য়াথং ঙাক্লা অমসুং তুংইঞ্জনা চচ্চরিবশিংগীদি করি অমুক হায়গনি? অওইবমক্তা গীতাগা মান্নবা সংসারদা যজ্ঞ, দান, তপ, তীর্থ, ব্রত, সংয়ম অমসুং উপাসনানচিংবা সূক্লে লৈতে।

গীতা হায়বা অসি ভগবানগী সাক্ষাৎ মুখ-কমলদগী থোরকপা বাণী (খোস্থোক) নি। মসিবু খোমজিনবনা শ্রীব্যাসদেবনি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা ইবুংঙোগী অয়াম্বা পাউতাক্কী শরুক্তি পদ্য (শৈরেং) দা তাকপিরম্মী, মদুবু ব্যাসনা অদুম্মক হাপচিল্লম্মী। ইবুংঙোনা গদ্য (ৱারেং) দা তাকপিরম্বা শরূক খরমখৈনা ব্যাসনা শ্লোক ওইনা শাজিনখি। লোয়নননা অর্জুন সঞ্জয় অমদি ধৃতরাষ্ট্রগী বচন (ৱাঙাং) বুসু মশাগী লোন্না শ্লোক শেমদুনা লেংঙম্মী। অদুগা অসিগুম্বা শ্লোক ৭০০ (চাত্রেৎ) কী লাইরিক মপূমসিবু অধ্যায় ১৮ থোক্লা খায়দোক্লগা মহাভারতকী মনুংদা তিনশিল্লম্বনি, ঙসি ঐখোয়না ফংনরিবা অসিনি। 📖

# ২ - গীতাগী তাৎপর্য্য

গীতা হাযবসি জ্ঞানগী লুখ্রবা সমুদ্রনি। মাগী মনুংদা জ্ঞানগী লোইবা নাইদবা পূক্কৈনা থন্না লৈ। মসিগী তত্ত্ব তাক্লবদা অচৌ-অচৌবা দিগ্বিজয়ী-পণ্ডিত অমসুং তত্ত্বালোচক মহাত্মাশিংগী ব্রাঙাং ফাওবা চোপ্লিঙাই ওইবিবনি। মবমদি মসিগী মপূংফাবা বহস্যদি ভগবান শ্রীকৃষ্ণতনা খঙবনি। ইবুংঙোগী মথংদা মসিবু শেন্না মুনি ব্যাসদেব অমসুং অতাঃবা পাণ্ডব অর্জুনবু শীংথাবা যাই। অসিগুম্বী অগাধ বহস্যময়ী গীতাগী অবেপ্পা অমসুং অথোইববু খঙবদি ঐগুম্না মীওইনদি অচম্বা উচেক্লা লোইবা নাইদবা অতিয়াবু থুংনা পাইগে থৌবাংবগুম্বনি।

গীতা হাযবসি লোইবা নাইদবা ব্রাখল খিবিক্কী ঈবেপ তম্বা ঙমদ্রবা সমুদ্রনি। মণি থোকপা সমুদ্রদা লুনা লূপথবগদা মণিশিংবু খূনবা ফংজবগুম গীতা সমুদ্রদা লুনা লূপথবগদা মণিশিংবু খূনবা ফংজবগুম অসিগুম্বা গীতা সমুদ্রদা লুনা লূপথজবগা হং-থিজবশিংদা তত্তনা অনৌবা থোইদোকপা ব্রাখল মণি মপৈবু ফংনৈ। তৌইগুম্বসুং অতিযাদা গৰুড়সু পাই অমদি অচম্বা কাঙ্সু পাই। মসিগা মতুং ইন্না পূম্নমক্লা মাগী মাগা বাখলগী মতুং ইন্না খবমখৈ খঙজবর্থক্লি।

মবম অসিনা মুন্না বিচাব তৌবগা অসুম্লা খন্নবা তাই মর্দুদি - গীতাগী মৰুওইবা তাৎপর্য্য অসি অনাদি কালদগী হৌনা জ্ঞান তাদবনা লাহৎলবা সংসাবসমুদ্রদা তাববা জীববু পবমাত্মা ফংহন্নবদা ওইনা থোকই। অদুনা অমুক মসিগীদমক মীওইবনা মাগী সংসাবগী তৌফম থোকপা কর্ম্ম কযা নীংথিনা তৌজবগা পবমাত্মাবু ফংজবা য়াবা উপায কযা গীতাদা হাযবি। চচ্চবদা হেন্না কান্নবগী মনাক ওইববা অসিগুম্বা অঙকপা কলা অসি গীতাদা হাযবম্মী অদুগা অধিকাবী খেন্নবদগী পবমাত্মাবু ফংজনবগীদমক অসিগুম্বা মখলগী নিষ্ঠা (অপাম ফিগৈ) অনীথোক্লা থম্বীবম্মী। 🕮

# ৩ - জ্ঞাননিষ্ঠা (সাংখ্যযোগ)

# অমসুং

# যোগনিষ্ঠা (কর্ম্মযোগ)

মতৌ অসুম্না অর্জুন্না হঙ্গচ্চবদা ভগবান্না ইবুংঙো মাগী লেপ্পমক তৌফম থোকপা ভক্তি প্রধান কর্ম্মযোগ তাকপিরগে খনবিদুনা অহানবদা মনাইগী পাউখুম পীবদুনা উৎলকই - কৃষ্ণ ঐগী ব্রাঙাংদা 'ব্যামিশ্র' হায়বদি 'ইতিন-তিন্নবা' য়াওদে। থোইনদুম খৃদীংমক্তা চুম্লবনি অমসুং মদু তোঙান-তোঙাল্লি হায়রি -

**লোকেঽস্মিন্ দ্বিবিধা নিষ্ঠা পুরা প্রোক্তা ময়ানঘ।**

**জ্ঞানযোগেন সাংখ্যানাং কর্ম্মযোগেন যোগিনাম্।।**

(গীতা ৩/৩)

"হে নিষ্পাপার্জুন! তাইবং অসিদা নিষ্ঠা মখল অনীনি হায়না ঐনা হায়খ্রবমক্লি। মখোয়গী মনুংদগী সাংখ্যযোগীশিংগী নিষ্ঠাদি জ্ঞানযোগদগী অদুগা যোগীশিংগী নিষ্ঠানা কর্ম্মযোগদগী ওইবনি।

মতাং অসিদা হংনফম ওইবদি - অয়াম্বা শাস্ত্রশিংদা ভগবানবু ফংননবগী মার্গ অহুমথোক্লা তাক্লম্মী, - কর্ম্ম, উপাসনা অমসুং জ্ঞান হায়না। অসিগুম্বা ফিভমসিদা গীতানদি কমদৌনা নিষ্ঠা অনীখক্তা লৌরম্মিবনো? গীতাদা ভক্তিগী সিদ্ধান্তবু য়াদবরা? মী অয়াম্বনদি গীতাগী পাউতাক্তি ভক্তি প্রধাননি হায়না লৌনরি অমসুং মরক মরক্তা ভগবান্না ভক্তিগী থোইদোকপা মহত্ত্ববু শেংলবা ব্রাহৈনা ফোঙদোকপিরম্মী।

যোগীনা খ্বাইদগী অথোইবনি হাযদুনা ভগবান্না অর্জুন্দা যোগী ওইনবগীদমক তাকপিখি। অদুবু জ্ঞানযোগ, ধ্যানযোগ, ভক্তিযোগ অমসুং কর্ম্মযোগ অসিনচিংবা

সাধনশিংগী মনুংদগী, অর্জুন্না করম্বা যোগ সাধন তৌগদগে হায়বা খঙ্ঙমদ্রবদা ভগবান্না ইবুংঙো মঙোন্দা অনন্য প্রেম ওইবা ভক্তযোগীবু থাগত্তুনা অর্জুনবু ইবুংঙো মাগী মায়গৈদা চিংশিনবিরম্মী।

তাকপিবম্মী -

**যোগিনামপি সর্ব্বেষাং মদ্গতেনান্তরাত্মনা।**

**শ্রদ্ধাবান্ ভজতে যো মাং স মে যুক্ততমো মতঃ।।**

(গীতা ৬/৪৭)

"অয়াম্বা যোগীশিংগী মনুংদা থাজ হৈবা যোগীনা ঐঙোন্দা মপুক্লিং হাপ্পুনা থম্মোয়নুংদা কৃষ্ণ ঐবু তত্তনা ভজনা তৌজবা মহাক অদো ঐনা থোইদোক হেন্দোকপা যোগীনি হায়না লৌই।"

অদুগা ভক্তিনা উপায় ওইরগা ইবুংঙোবু লায়না ফংজৈ হায়নসু তাকপিবম্মী-

**অনন্যচেতাঃ সততং যো মাং স্মরতি নিত্যশঃ।**

**তস্যাহং সুলভঃ পার্থ নিত্যযুক্তস্য যোগিনঃ।।**

(গীতা ৮/১৪)

"হে অর্জুন! পুরুষ অদুনা ঐঙোন্দা মপূক্লিং লোঙদনা মতম পুম্বদা অতৎপা লৈতনা পুরুষোত্তম ঐবু নীংশিংজবা অদুগুম্বা নিত্য-নিরন্তর ওইবা ঐঙোন্দা তিল্লবা যোগীগীদমক ঐহাক লায়না লৈ। হায়বদি মঙোন্দা ইরায় লায়না ফংহল্লি।"

মসিগী খুম্লফম ওইবদি - শাস্ত্রশিংগী মনুংদা কর্ম্ম অমসুং জ্ঞানতা নত্তনা উপাসনাগী প্রকরণবুসু পল্লি। উপাসনা হায়বা অসি হায়রিবা নিষ্ঠা অনী অসিগী মনুং চল্লি। মশাবু পরমাত্মাদগী তোঙান্দে হায়না খন্দুনা উপাসনা তৌজবা মতমদা মহাক সাংখ্যানিষ্ঠাগী মনুং চন্না লৈজে। অদুগা তোঙান-তোঙাল্লি খন্না লাচ্চবা মতমদা যোগনিষ্ঠাগী মনুং চল্লি হায়না লৌনৈ। সাংখ্যনিষ্ঠা অমসুং যোগনিষ্ঠাগী মনুংদা মসি মরুওইনা খেন্নৈ। মতৌ অসুম্না ১৩শুবা অধ্যায়গী ২৪শুবা শ্লোক্তা সূপ্পগী ধ্যানতনা পরমাত্মা ফংজৈ হায়খ্রে। তৌইগুম্বসুং মসিদসু খঙনগদবা মরমদি পারমাত্মাবু তোঙান্দে হায়বা মিৎয়েংদা নীংলিবা মহাক সাংখ্যযোগগী মনুং চল্লে অদুগা তোঙাল্লি হায়বা মিৎয়েংদা নীংলগনা যোগনিষ্ঠাগী মনুং চল্লি। গীতানা ভক্তিবু ঈশ্বর ফংনবগী থোইদোকপা সাধন্নি লৌই হায়না মীয়াম্না খন্নরিবসি অচূম্বনি।

গীতানা ভক্তিবু য়াম্না ৱাংনা থাঙ্গৎলম্মী। অমসুং মরক মক্তা অর্জুনবু ভক্ত ওইনবগী আজ্ঞাসু পীবিরম্মী (৯/৩৪, ১২/৮, ১৮/৫৭, ৬৫, ৬৬ তা)

**মন্মনা ভব মদ্ভক্তো মদ্যাজী মাং নমস্কুরু।**

**মামেবৈষ্যসি যুক্ত্বৈবমাত্মানং মৎপরায়ণঃ।।**

"কৃষ্ণ ঐঙোন্দা পৃক্লিং হাপ্পা ওইজৌ, ঐগী ভক্ত ওইজৌ, ঐগী পূজা তৌজবা ওইয়ু, ঐহাকপু খূরুমজৌ। মতৌ অসুম্না আত্মাবু ঐঙোন্দা তিনশিঞ্জদুনা ঐগী তুংইঞ্জবা ওইরগা (অর্জুন) নহাক ঐবু শোয়দনা ফংজগনি।"

অসিগুম্বা সগুণ উপাসনাবু অথোইবনি হায়না থাঙ্গত্তুনা ভগবান্না মনাই অর্জুন্দা মদুবু চেৎনা তৌনবা তাকপিদুনা হায়রম্মী -

**ময্যেব মন আধৎস্ব ময়ি বুদ্ধিং নিবেশয়।**

**নিবসিষ্যসি ময্যেব অত উর্দ্ধং ন সংশয়।।**

"কৃষ্ণ ঐঙোন্দা নপুক্লিং চংজৌ অমসুং ঐঙোন্দা নবুদ্ধি হাপচৌ, অদুগী তুংদা নহাক্না ঐঙোন্দা তিল্লবনি। মসিদা করিসু চিংনফম লৈতে।"

মতৌ অসুম্না ভক্তি প্রধান কর্ম্ম যোগীগী মহিমাবু বর্ণন তৌরদুনা অর্জুন্দসু অদুম্না তৌনবা তাকপি –

**চেতসা সর্ব্বকর্ম্মাণি ময়ি সংন্যাস্য মৎপরঃ।**

**বুদ্ধিযোগমুপাশ্রিত্য মচ্চিত্তঃ সততং ভব।।**

"কর্ম্ম পূম্নমকপু পূক্লিং শেংনা কৃষ্ণ ঐঙোন্দা কথোকচরগা অমদি মবুদ্ধিগী মশক ওইবা যোগদা চঙঙগা ঐঙোন্দা মায় ওনশিঞ্জৌ অমসুং তত্তনা ঐবু কাউদবা ওইজৌ।"

ভগবাননা অসুক্কী মতীক মনাই অর্জুনবু নুংশিবিদুনা থূপ্লবা ভক্তিগী ৱাবু চেৎনা ৱাশক্তুনা অচুম্বনি তাকপি -

**মন্মনা ভব মদ্ভক্তো মদ্যাজী মাং নমস্কুরু।**

**মামেবৈষ্যসি সত্যং তে প্রতিজানে প্রিয়োহসি মে।।**

"হে অর্জুন! নহাক ঐঙোন্দা নপূক্লিং হাপচৌ, ঐগী ভক্ত ওইজৌ, ঐবু পূজা তৌবা ওইজৌ অমসুং ঐবু খুরুমজৌ। অসূম্না তৌজরগদা নঙনা ঐবু ফংজগনি। মসি ঐনা নঙোন্দা সত্য-ৱাশক্তুনা হায়রিবসিনি।"

অসিমসু তাকপিরম্মী -

**সর্ব্বধর্ম্মান্ পরিত্যজ্য মামেকং শরণং ব্রজ।**

**অহং ত্বা সর্ব্বপাপেভ্যো মোক্ষয়িষ্যামি মা শূচঃ।।**

"ধর্ম্ম পূম্নমক হায়বদি কর্ত্তব্য-কর্ম্ম খিবিকপু ঐঙোন্দা কৎশিন্দুনা থাদোক্লগা নহাক্লা সূপ্নগী ঐগুম্বা সর্ব্বশক্তিমান (মপুংফানা কনবা), সর্ব্বাধার (পূম্নমক্কী তৃংনফম ওইবা) পরমেশ্বরগী চঙজফমদা চঙজরকউ। ঐনা নঙবু পাপ পূম্নমক কোকপিগনি, নহাক করিসু ৱারুগনু।"

অদুবু গীতানা নিষ্ঠা হায়বসি মখল অনীখক্তা লৌখৎলম্মী। অনীসিগী মনুংদা ভক্তিনা যোগনিষ্ঠাদা তিল্লি; মরমদি ভক্তিদা দ্বৈতভাব (আত্মা-পরমাত্মা হায়দুনা অনী থোকপগী ৱাখল) শোয়দনা লৈ। মরম অসিনা লৌনরিবা অসি যুক্তি বিরুদ্ধনিসু হায়রুবা য়াদে। ভক্তিনা মতৌ করম্না যোগনিষ্ঠাগা লোয়ননা তিন্নবগে হায়বা অসি কোন্না মমৈদা নৈনজরক্কে, লৈখিসনু।

গীতাদা সূপ্নতগী ভজন-পূজন নত্রগা সূপ্নতগী ধ্যানতনা ঐবু ফংজৈ হায়না তাকপিদুনা ভগবাননা ৱাখল অসি ফোংদোকপিরম্বনি মদুদি যোগনিষ্ঠাগী মপূংফাবা সাধন্দগী ইবুংঙো মাবু ফংজৈ; তৌইগুম্বসুং মদুগী শব্দক অমমমতা সাধন তৌজবদসু ইবুংঙো মাবু ফংবা ঙমজৈ। মসি ইবুংঙো মাগী কৃপানি। মরমদি মহাক্লা মশাবু জীবশিংগীদমক্তা অসূক্কী মতীক লায়না ফংজনীংঙাই ওইহল্লম্লবনি।

অসিদা নত্তনা গীতাদা 'জ্ঞান' অমসুং 'কর্ম্ম' হায়বা ৱাহৈ অনী অসি প্রয়োগ তৌদুনা মসিগী অর্থ কয়া-কয়া লৌনরিবা অসিসু থোইদোকপা রহস্যময় (লোম্বূপকী মশক) নি। গীতাগী কর্ম্ম অমসুং কর্ম্মযোগ অমদি জ্ঞান অমসুং জ্ঞানযোগ হায়বা অসি মশক অমখক্তা ওইবা নত্তে। গীতাগী মতুংইন্না শাস্ত্রনা তৌ হায়বা কর্ম্ম অসি জ্ঞাননিষ্ঠা অমসুং যোগনিষ্ঠা হায়বা মিৎয়েং অনীমক্তা উবা য়াই। জ্ঞান নিষ্ঠাগী মনুংদসু কর্ম্মবু অথিংবা থমদে, অদুগা যোগনিষ্ঠাগী মনুংদদি কর্ম্মখিবিক পাঙ্থোকপনা সাধন্নি হায়না লৌই।

হায়রি —

**আরুরুক্ষোর্মুনের্যোগং কর্ম্মকারণমুচ্যতে।**

**যোগারূঢ়স্য তস্যৈব শমঃ কারণমুচ্যতে।।**

(৬/৩)

"যোগদা তিঞ্জনীংবা ব্রাখল চেনবা মপূক্লিং চোইদবা পুরুষশিংগীদমক যোগবু ফংনবদা নিষ্কাম ভাবনা কর্ম্ম তৌবতনা অচুম্বা মরমনি হায়রি, অদুগা যোগদা তিঞ্জরবা মতমদা যোগারুঢ় পুরুষ অদুগী অপাম্বা অনীংবা (সঙ্কল্প) খিবিক য়াওদ্রবা কল্যাণদা হেতুনি হায়রি।"

অদুগা মখোয় অসিবু তৌদনা তোকথোকপনা ওন্নবা অপনবনি লৌরি। হায়রি —

**ন কর্ম্মণা মনারম্ভান্নৈষ্কর্ম্মাং পুরুষোঽশ্নুতে।**

**ন চ সংন্যাসনাদেব সিদ্ধিং সমধিগচ্ছতি॥**

(৩/৪)

"মীওইবনা কর্ম্ম খিবিকপু হৌদোকপা নত্তনা নিষ্কর্ম্মতা হায়বদি যোগনিষ্ঠাবু ফংনবা ঙমদে অদুগা কর্ম্ম খিবিকপু তশেংনা থাদোকপখত্তনসু সিদ্ধি হায়বদি সাংখ্যনিষ্ঠাবু ফংবা ঙমদে।"

অনীশুবা অধ্যায়গী শ্লোক ৪৭ তগী ৫১ ফাওবা, অদুগা অহুমশুবা অধ্যায়গী ১৯ শুবা শ্লোক অমসুং ৪শুবা অধ্যায়গী ৪২ শুবা শ্লোকশিংদা অর্জুনবু যোগনিষ্ঠাগী দৃষ্টিদা কর্ম্ম তৌনবগী আজ্ঞা পীখি -

**কর্ম্মণ্যেবাধিকারস্তে মা ফলেষু কদাচন।**

**মা কর্ম্মফল হেতুর্ভূ মা তে সঙ্গোঽ স্ত্ব কর্ম্মণি॥**

(২/৪৭)

কৃষ্ণনা তাকপিখি - "হে অর্জুন! নহাক্না কর্ম্ম তৌবদদা অধিকাব ওই, মদুগী মহৈশিংদা কৈদৌঙৈদসু অধিকার ওইদে। মরম অসিনা নহাক্না কর্ম্মশিংগী মহৈদা খক হেতু ওইগনু অমদি নশাগী কর্ম্ম তৌররোই হায়বগী অপাম্বা ব্রাখলসু খল্লুগনু।"

অসুম্না মহৈনিদনা কর্ম্ম তৌনবা অমসুং কর্ম্ম তৌদবা য়াদে হাযবা অচেৎপা পাউতাকসি পীরদুনা অমুকসু করমতৌনা কর্ম্ম তৌগদগে হায়বা মতাংদা ভগবান্না তাকপিরম্মী -

**যোগস্থঃ কুরু কর্ম্মাণি সঙ্গং ত্যক্ত্বা ধনঞ্জয়।**

**সিদ্ধ্যসিদ্ধ্যো সমো ভূত্বা সমত্বং যোগ উচ্যতে॥**

(২/৪৮)

"হে ধনঞ্জয়! নহাক অপাম্বা ৱাখল থাদোক্তুনা অমদি সিদ্ধি অসিদ্ধিবু চপ মান্ননা খল্লগা যোগদা লেঙদনা লৈরগা তৌফম থোকপা কর্ম্ম খিবিক তৌজৌ, অসুম্না মান্ননা খনবা মতৌ অসিবু যোগ কৌই।"

ভগবান্না সকাম ভাবপু নিন্দা তৌদুনা অমসুং চপ মান্ননা খনবগী মওং ওইবা বুদ্ধিযোগগী মহত্ত্ব ফোংদোকপিদুনা মনাই অর্জুন্দা মদুগী আশ্রয় লৌননবগীদমক আজ্ঞা পীবিরি -

**দূরেণ হ্যবরং কর্ম্ম বুদ্ধিযোগাদ্ধনঞ্জয়।**

**বুদ্ধৌ শরণমন্বিচ্ছ কৃপণাঃ ফলহেতবঃ।।**

(২/৪৯)

"অসিগুম্বা চপমান্নবা মতৌ ওইবা বুদ্ধিযোগদগী সকাম কর্ম্মনা থাক য়াম্না হন্থনা লৈ। মরম অসিনা হে ধনঞ্জয়! নহাক্না চপ মান্নবা বুদ্ধিদা কঞ্জহৌনবগী উপায় থিজহৌ, হায়বদি বুদ্ধিযোগদা চংজহৌ; মরমদি মহয় পাম্বা হায়বসি য়াম্না তোম্ব্রবা মশক্নি।"

মতৌ অসুম্না অর্জুন্দা চপ মান্নবা মতৌ লেপ্পনবগী য়াথং পীরদুনা মখাগী শ্লোক অনী অসিদা সমতারূপ (চপমান্নবা মতৌ) অদুগী প্রশংসা তৌদুনা ভগবান্না অর্জুন্দা কর্ম্মযোগবু চুম্না হৌদোক্তুনা তৌননবগী অমুক্কা য়াথং পীরদুনা মদুগী মহয়দু তাকপিরম্মী -

**বুদ্ধিযুক্তো জহাতীহ উভে সুকৃতদুষ্কৃতে।**

**তস্মাদ্যোগায় যুজ্যস্ব যোগঃ কর্ম্মসু কৌশলম্।।**

**কর্ম্মজং বুদ্ধিযুক্তাহি ফলং ত্যক্ত্বা মনীষিণঃ।**

**জন্মবন্ধ বিনির্মুক্তাঃ পদং গচ্ছন্ত্যনাময়ম্।।**

(২/৫০,৫১)

"সমবুদ্ধিযুক্ত (চপ মান্ননা খনবা বুদ্ধিনা তিনবা) পুরুষনা পুণ্য অমসুং পাপ অনীমকসু তাইবং অসিদা থাদোকই, হায়বদি মদুদগী লাম্থোকচৈ। মরম অসিদগী (অর্জুন) নহাক্না সমত্বমুদ্ধিযোগদা তিঞ্জৌ। অসিগুম্বা সমত্বরূপ যোগ অসিনা কর্ম্ম খিবিক্তা মঙ্গল ওইনীংঙাই ওই। হায়বদি কর্ম্মবন্ধন (কর্ম্মগী অপনবা) দগী লাম্থোকচনবা উপায়নি। মরমদি সমত্ববুদ্ধিতনা যুক্ত ওইরবা জ্ঞানীশিংনা কর্ম্ম

খিবিক্তগী পোক্লকপা মহয় অদু থাদোক্লগা জন্মবন্ধ (পোকপা নাইবা অপনবা) দগী লাম্বোকচদুনা অরেপ্পা অথোইবা খুভম ফংজে।"

মীওইবনা থোইদোক্লা মঙ্গলগী মশক ওইবা পরমাত্মাবু ফংজদ্রিবখৈ মহাক্লা স্বধর্ম্মবু ঙাকচবা হায়বদি মশাগী বর্ণাশ্রমগী মতুং ইন্না তৌ হায়রম্বা কর্ম্ম খিবিকসু ওইজবা তান্দবা ৱাখন্না হৌদোক্তুনা তৌবনা লেপ্পমক তৌফম থোকপনি। অদুগা পরমাত্মাবু ফংলবা পুরুষশিংনা মশানা করিসু তৌরুনিংঙাই ওইদ্রবসু মাগী মন-ইন্দ্রিয়না লোকসংগ্রহ (তাইবং পালহৌনবা) গীদমক্তা তম্নকপগী মতুং ইন্না কর্ম্ম তৌনৈ। মসিদা পান্দমদুনা ভগবান্না অর্জুন্দা অপাম্বা ৱাখল য়াওদনা কর্ত্তব্য কর্ম্ম তৌনবগীদমক আজ্ঞা পীখি -

**তস্মাদসক্তঃ সততং কার্য্যং কর্ম্ম সমাচর।**

**অসক্তো হ্যাচরণ্ কর্ম্ম পরমাপ্নোতি পুরুষঃ।।**

(৩/১৯)

"মবম অসিনা (অর্জুন) নহাক্লা তত্তনা অপাম্বা ৱাখল য়াওদনা তৌফম থোকপা কর্ম্মবু নীংথিনা তৌদুনা লৈজৌ। মরমদি অপাম্বা ৱাখল য়াওদনা কর্ম্ম তৌজবগা মীওইবনা পবমাত্মাবু ফংজে।"

মতৌ অসুম্না কর্ম্মযোগীবু প্রশংসা তৌদুনা অর্জুনবু কর্ম্মযোগদা লেপ্পগা লান তৌ হায়না য়াথং পীখি -

**তস্মাদজ্ঞান সম্ভূতং হৃৎস্থং জ্ঞানাসিনাত্মনঃ।**

**ছিত্ত্বৈনং সংশয়ং যোগমাতিষ্ঠোত্তিষ্ঠ ভারত।।**

(৪/৪২)

"মরম অসিনা হে ভরতবংশী অর্জুন। নহাক্লা নথম্মোয়দা লৈরিবা খঙ্দবদগী পোকপা চিংনবা অদু খঙ্লবা জ্ঞানগী থাংশাংনা ককথত্তুনা সমত্বরূপ কর্ম্মযোগদা লেপচৌ অদুগা লান তৌননবা হৌগৎলু।"

অসুম্না অর্জুন্দা যোগনিষ্ঠাগী দৃষ্টিদা কর্ম্ম তৌ হায়বগা লোয়ননা অমুকসু ৩শুবা অধ্যায়গী ২৮শুবা অমদি ৫শুবা অধ্যায়গী ৮,৯শুবা অমসুং ১৩শুবা শ্লোকশিংদা সাংখ্য হায়বদি জ্ঞাননিষ্ঠাগী মিৎয়েংদা কর্ম্ম তৌ হায়বগী ৱাসু পল্লম্মী-

**তত্ত্ববিত্তু মহাবাহো গুণকর্ম্মবিভাগয়োঃ।**
**গুণা গুণেষু বর্ত্তন্ত ইতি মত্বা ন সজ্জতে॥**

(৩/২৮)

"হে মহাবাহো! গুণ বিভাগ অমদি কর্ম্ম বিভাগগী তত্ত্ব খঙলবা জ্ঞানযোগীনা গুণ অপুম্বু গুণশিংদা তিন্দুনা লৈজবনি অসুম্না খন্দুনা মদুদা অপান্বা হাখল খক থম্মুদে।"

**নৈব কিঞ্চিৎকরোমীতি যুক্তো মন্যেত তত্ত্ববিৎ।**
**পশ্যন্ শৃণ্বন্স্পৃশঞ্জিঘ্রন্নশ্নন্ গচ্ছন্স্বপন্ শ্বসন্॥**
**প্রলপন্বিসৃজন্ গৃহ্ণন্নুন্মিষন্নিমিষন্নপি।**
**ইন্দ্রিয়াণীন্দ্রিয়ার্থেষু বর্তন্ত ইতি ধারয়ন্॥**

(৫/৮,৯)

"তত্ত্ববু খঙলবা সাংখ্যযোগীদি যেংবা, তাবা, শোকপা, নম্বা, চাবা, চৎপা, তুম্বা, স্বর হোনবা, হা ঙাংবা, থাদোকপা, লৌশিনবা অমদি মিৎ পাঙবা, উইশিনবা পুম্নমক অসি তৌদুনসু ইন্দ্রিয় খিবিক্লা মাগী মাগী অর্থদা তৌজবনি, অসুম্না খন্দুনা চিংনদনা ঐনা কবিসু তৌদে হায়না খঞ্জগনি।"

অমুকসু হায়রি -

**সর্ব্বকর্ম্মাণি মনসা সংন্যস্যাস্তে সুখং বশী।**
**নবদ্বারে পুরে দেহী নৈব কুর্ব্বন্নকারয়ন্॥**

(৫/১৩)

"ইন্দ্রিয় খুদুম চল্লবা অসিগুম্বা সাংখ্যযোগগী মচৎ চৎলবা মীওইনা করিসু তৌদনা অমসুং তৌহন্দনা থোঙ্ মাপন ফাৎপা হুকচাংগী মশক ওইবা য়ুমদা কর্ম্ম পুম্নমকপু পুক্লিংদগী থাদোক্লগা নুংঙাইনা সৎ-চিৎ আনন্দগী মপৈনা তিনবা পরমাত্মাগী স্বরূপ্তা লৈজে।"

সকাম কর্ম্মগীদমক্তিং করিগুম্বা নিষ্ঠাদা মাগী মফম লৈতে। সকাম কর্ম্মযোগীশিংবুদি ভগবান্না হন্থবা বুদ্ধিনি হায়রম্মী। (২/৪২-৪৪ অমসুং ৪৯; ৭/২০ - ২৩; ৯/২০,২১,২৩,২৪ দা)

"হে অর্জুন! মচাক মরন্দা পূক্লিং লুপ্তুনা লৈরবা, কর্ম্মগী মহৈতবু থাগৎপা বেদবাক্য কয়াদা পেন্নরিবা, মখোয়দুগী বুদ্ধিদা স্বর্গখক্লা অথোইবনি খল্লবা অমসুং স্বর্গদগী হেনবা অতৈ লৈতে হায়রিবা, জ্ঞান তাদ্রবশিং অদুনা মতৌ অসিগুম্বা লৈশি-লৈথোনবা ৱাহৈ কয়া হায়রিবা, মখোয় অদুনা পোকপা নাইবা কর্ম্মগী মহৈ পীরিবা অমসুং মচাক মরন অমদি ঐশ্বর্য্য ফংননবগীদমক মখল মখা অয়াম্বা থৌরম কয়া তৌনবা হায়রিবা অদুতনা মখোয়গী মপুক্লিং হূখ্রবা, মচাক মরন অমসুং ঐশ্বর্য্যদা মপুক্লিং য়াম্না লুপ্লবা মীওইশিং অদো নিশ্চয়াত্মিকাবুদ্ধি (অরেপ্পা আত্মাগী বুদ্ধি) চেন্দে।"

(২/৪২, ৪৩,৪৪)

"অসিগুম্বা চপমান্নবা মতৌ ওইবা বুদ্ধিযোগদগী সকাম কর্ম্মনা থাক য়াম্না হন্থনা লৈ। মরম অসিনা হে ধনঞ্জয়! নহাক্না চপ মান্নবা (সমত্ব) বুদ্ধিদা কঞ্জ হৌনবগী উপায় থিজহৌ, হায়বদি বুদ্ধিযোগদা চঙজহৌ। মরমদি মহয় পাম্বা হায়বা অসি য়াম্না তোম্থ্রবা মশক্নি।"

(২/২৯)

"অদুম অদুম্বা মচাক মরন খিখিক পামজকবনা মরম ওইদুনা মশাগী জ্ঞান মাঙখ্রবা মখোয় অদুনা মশাগী মবুকচেন্না থৌইঙ্খিন ওইদুনা অদুম অদুম্বা নিয়ম্ব চৎচরগা অতোপ্পা দেবতাশিংবু ভজন তৌজে, পুজা তৌনৈ।"

(৭/২০)

"অদুম অদুম্বা সকাম ভক্তনা অদুম অদুম্বা দেবতাগী স্বরূপ্প থাজনা লাচ্চনীংবা অদুগুম্বা ভক্তশিংগী থাজবদুদা (কৃষ্ণ ঐনা) দেবতাদুগী মফমদা লেঙদনা লৈবি। পুরুষ অদুনা থাজবা অদুদা যুক্ত ওইরগা অদুগুম্বা দেবতাবু পুজা তৌজবা অমসুং দেবতা অদুদগী ঐনা মরম ওইরগা শেম-শারবা অপাম্বা মচাক মরণ কয়াবু চিংনদনা ফংজে।"

(৭/২১,২২)

অতোপ্পা দেবতাশিংগী উপাসনাগী মহয়বু মাঙনীংঙাইনি হায়দুনা ভগবৎউপাসনানা হেল্লি হায়রম্মী -

"লৌশিং মপুং ফাদ্রিবশিংগী মহয় অদো মাঙবা নাইবনি অমদি দেবতাশিংবু পূজা তৌজবশিংনা দেবতাশিংবু ফংজে অদুগা ঐগী ভক্তনা তৌনীংবা ভজন তৌজবদা পোল্লোইদা মখোয়না ঐবু ফংজে।" (৭/২৩)

"বেদ অহুম্মক্তা হায়খ্রবা সকাম কর্ম্মশিংবু তৌরিবা, সোমরস (যজ্ঞশিংগী মনুংদা সোম কৌবা উরীগী মহী থক্লবা) থকপা, পাপচেন্দবা মীওইনা ঐবু যজ্ঞ কয়ানা পুজা তৌদুনা স্বর্গ ফংজবা পামজে। মখোয় অদু মশাগী পুণ্য কয়াগী মহয়গী মশক ওইবা স্বর্গলোক ফংজদুনা স্বর্গদা দেবতাশিংগী দিব্যভোগ কয়াবু ফংজে। মখোয়না পাক চাউরবা স্বর্গলোকপু চাজরগা (ফংজরগা) পুণ্যনা লোইশিল্লক্লগা মর্ত্যলোক ফংই। মতৌ অসুন্না স্বর্গ ফংনবা সাধনগী মশক ওইবা বেদ অহুম্মক্তা হায়রিবা সকাম কর্ম্মদা চঙজরিবা অমসুং মচাক মরন ফংনীংইবা মীওইবনা হন্না-হন্না হন্দোক হঞ্জিন চচ্চবা ফংজে। হায়বদি পুণ্যগী মপান্না স্বর্গদা চচ্চে অমসুং পুণ্য লোইখ্রবদা মর্ত্যলোক্তা অমুক হল্লকই।" (৯/২০,২১)

"হে অর্জুন! সকাম ভক্তশিংদুনা অতোপ্পা দেবতাশিংবু থাজনা পূজা তৌজরিবা মখোয় অদুসু ঐবু পূজা তৌজবনি। অদুবু মখোয়গী পূজা খূত্তৌদো বিধি য়াওদবনি, হায়বদি খঙজদ্রিবনি। মরমদি যজ্ঞ পূম্নমকপু চারিবা অমসুং, মদুগী মপু হায়বা অদুসু ঐনি; তৌইগুম্বসুং মখোযনা পরমেশ্বর ঐহাকপু কুপথনা খঙদে। মরম অসিদগী লৈখা তারকপনি, হায়বদি অমুক হন্না পোল্লরিবনি।" (৯/২৩,২৪)

জ্ঞানগী অর্থসু গীতাদা সুপ্নগী জ্ঞানযোগ খক নত্তে। ফলরূপ জ্ঞান, মদুনা সাধন মখল খূদীংমক্কী মহয় ওইবা অদো, অদুনা জ্ঞাননিষ্ঠা অমসুং যোগনিষ্ঠা অনীমক্কী মহে ওইরবা, অদুগা মদুবু যথার্থ জ্ঞান নত্রগা তত্ত্বজ্ঞানসু কৌনবা অদুবুসু 'জ্ঞান' হায়বা ব্রাহৈখকসিদা হায়রম্মী। মরিশুবা অধ্যায়গী ২৪শুবা অমসুং ২৫শুবগী মমৈ ওইবা শরূক্তা জ্ঞানযোগগী মরম ইরম্মী -

"অদুগুম্বা যজ্ঞদা অর্পণ হায়বদি হবিনচিংবসু ব্রহ্মনি অমসুং হোম কৎনবা পোৎলমসু ব্রহ্মনি অমদি ব্রহ্মগী মশক ওইবা কর্ত্তানা মরম ওইদুনা ব্রহ্মগী মশক ওইবা মৈদা হোম কৎপগী মশক ওইবা থৌরম অদুসু ব্রহ্মনি - অদুগুম্বা ব্রহ্ম কর্ম্মদা লেপ্পুনা লৈজবা যোগীনা মরম ওইদুনা ফংনরিবা মহয় অদুসু ব্রহ্মনি। অতোপ্পা যোগীশিংনা দেবতাশিংগী পূজাগী মশক ওইবা যজ্ঞখক্কী থৌরাংতবু ফজনা লাঙজে অদুগা অতৈ যোগীশিংনা অমুক পরংব্রহ্ম পরমাত্মাগী মশক ওইবা মৈদা খেন্নদবা মিৎয়েংগী মশক ওইবা যজ্ঞনা মরম ওইদুনখক জ্ঞানগী মশক ওইবা যজ্ঞগী হোম কৎনৈ। (৪/২৪,২৫)

অমুকসু ৪শুবা অধ্যায়গী ৩৬ শুবদগী ৩৯ শুবা ফাওবদা ফলরূপ জ্ঞানগী মরম ইরি -

"করিগুম্বা নহাক্না অতৈ পাপী খিবিক্তগীসু হেন্না পাপ তৌবা ওইরুরবা ফাওদসু, নহাক্না জ্ঞানগী মশক ওইবা হিনা মরম ওইদুনা চিংনবা লৈতনা মপূংফারবা পাপকী সমুদ্রদগী নীংথিনা লাম্থোকচগনি। মরমদি হে অর্জুন! অচাকপা মৈনা শীং পূম্নমকপু উৎ ওলহনবগুম্না জ্ঞানগী মশক ওইবা মৈনা কর্ম্ম পূম্নমকপু উৎকুম্না ওলহল্লি। তাইবংপাল অসিদা জ্ঞানগা মান্ননা শেংবিবা অতৈ করিসু লৈতে হায়বদা চিংনদে। অদুগুম্বা জ্ঞান অদুবু মতম কয়া কুইনদগী কর্ম্মযোগনা মরম ওইদুনা শেংদোক্লগা মীওইবনা মথন্নতা আত্মাদা ফংজে। ইন্দ্রিয় খুদুম চল্লবা, সাধন্দা মায় ওনশিল্লবা অমসুং থাজহৈবা মীওইনা জ্ঞানবু ফংজৈ অমদি জ্ঞান ফংজরগা মহাক থীন্দনা খুদক্তা ভগবান ফংজবগী মশক ওইবা থোইদোকপা শান্তি ফংজৈ।"

(৪/৩৬,৩৭,৩৮,৩৯)

মতৌ অসুম্না অতৈদসু মতাংগী মতুংইন্না খণ্ডনবিগদবা ওই।

মথংদামুক, সাংখ্যনিষ্ঠা অমসুং যোগনিষ্ঠাগী স্বরূপ করিনো, অনীসিদা করি খেন্নবা লৈ, মখোয়নিগী কয়ামরুম অমসুং করম করম্বা মরক্তা খেন্নবগে অমদি নিষ্ঠা অনীমকসি মনীংতম্বা (স্বতন্ত্র) রা? নত্রগা অতোপ্পগী মখাপোনবা (পরতন্ত্র) ওইনা তেংবাং লৌব্রা, নিষ্ঠাশিং অসিগী কনা-কনানা অধিকাবী নো? অসিনচিংবা হীরমশিংদা শন্নপ্না নৈনরক্লি। ☐



# ৪ - সাংখ্য নিষ্ঠা অমসুং যোগনিষ্ঠাগী স্বরূপ

(১) লেঙই-পাল্লিবা খুদীংমক অসি মৃগতৃষ্ণাগী ঈশিংগুম্বা নত্রগা মঙলৈবাক্কুম্বা মায়াগী মতৌ ওইবনা মায়াগী থৌরাংনা গুণ পুম্নমক গুণদা তিঞ্জবনি, অসুম্না খন্দুনা মন, ইন্দ্রিয় অমসুং হকচাংনা ওইবা থৌরম খুদীংমক মপু শাবগী নাপন য়াওদবা অমদি পুম্নমক্তা শীঙ্খুংনা লৈবা সচ্চিদানন্দঘন পরমাত্মাগী স্বরূপ্তা পুকচেল অমত্তা ওইনা তত্তনা লেঙদনা লৈজরগা অমত্তা ঙায়রবা সচ্চিদানন্দঘন বাসুদেব নত্তনা অতোপ্পা কনাদসু অরেপ্পগী ৱাখল থমদবা হায়বা অসিদি সাংখ্যনিষ্ঠানি। মসিগী মমিং জ্ঞানযোগ নত্রগা কর্ম্মসন্যাস হায়নসু কৌই। অদুগা -

(২) পুম্নমকসি ভগবানগীনি খন্দুনা সিদ্ধি অসিদ্ধি (অপাঙবা-পাঙদবা) দা চপ মান্নবা ৱাখল থমদুনা, অপাম্বা অমসুং মহৈগী ৱাখল থাদোক্তুনা ভগবৎ আজ্ঞাগী মতুংইন্না কর্ম্ম পুম্বা তৌজবা (মসিগী মবম মাঙদা ২/৪৭ - ৫১দা পঞ্জখ্রে) নত্রগা শ্রদ্ধাভক্তিগা লোয়ননা পুক্নিং, ৱাঙাং অমসুং হকচাংনা মখল খুদীংমক ভগবান্দা চঙজরগা নাম, গুণ অমসুং প্রভাবকা লোয়ননা ইবুংঙো মাগী শ্রীমূর্ত্তিবু তত্তনা কাউদবা (৬/৪৭ তা পঞ্জখ্রে) - মসি যোগনিষ্ঠানি। মসিবু ভগবান্না সমত্বযোগ, বুদ্ধিযোগ, তদর্থকর্ম্ম, মদর্থকর্ম্ম অমদি সাত্বিক ত্যাগ অসিনচিংবা মিংখৈ কযামরুম থোক্না পল্লম্মী।

যোগনিষ্ঠাগী মনুংদা অচম্বা মওং ওইনা নত্রগা থোইদোকপা মওং ওইনা ভক্তি হায়বসি ইরৈ লৈ। গীতাদা পল্লিবা যোগনিষ্ঠা অসি ভক্তি য়াওদবা নত্তে। মসিদা ভক্তি নত্রগা ভগবানসু তশেংবা ৱাহৈদা পল্লমদ্রবসু (২/৪৭-৫১ দা পনখ্রবা মতুং ইন্না) ভগবানগী য়াথং অদুবুদি শোয়দনা ঙাকখিবা মিৎয়েং অশোমদা ভক্তিগী মরী অদুম্মক মরৈরবনি।

জ্ঞাননিষ্ঠাগী সাধনগীদমক্তা ভগবাননা যুক্তি কয়ামুক তাকপিখিবা পুম্নমক অদুগী মহয় অমত্তা ঙায়রবা সচ্চিদানন্দঘন পরমাত্মাবু ফংজবমক্নি। জ্ঞানযোগগী

মনুংদা মখল কয়ামুক থোক্লা খায়দোক্লবসু মখোয়দুবু শরূক মরি থোক্লা খায়দোকপা য়াই। -

(১) পূন্নমক অসি ব্রহ্ম ওাক্লি।

(২) মিৎনা উরি খণ্ডলিবা, পূন্নমক অসি মায়াগী মশক ওাক্লি; অওইবদি অমত্তা ওায়রবা সাচ্চিদানন্দঘনীভূত ওইবা ব্রহ্ম নত্তনা অতৈ করিসু নত্তে।

(৩) খণ্ডই উরিবা পূন্নমক অসি ঐহাক্কী মশক্লি। ঐহাক্লি।

(৪) খণ্ডন উনরিবা পূন্নমক অসি মায়াগী মশক ওাক্লি, অরেপ্পা নাইদে, অওইবা শুকনৎ নত্তে; সূপ্নগী অমত্তা ওায়রবা অরেপ্পা চেতন আত্মা অদো ঐনি। অসূন্না।

মখোয়সিগী মনুংদা অহানবগী সাধন অনী অসি 'তত্ত্বমসি' হায়বা মহাবাক্যগী 'তৎ' পদগী মিৎয়েংদনি অদুগা মমৈগী সাধন অনী অসিনা 'ত্বম্' পদগী মিৎয়েংদনি। অনী অসিবু মতৌ অসূন্না নৈনবা য়াই -

(১) অচৎ-চত্ত হায়দুনা লৈবিবা জগত অসিদা খণ্ডন-উনরিবা পূন্নমক অসি ব্রহ্ম ওাক্লি। কনাসু পবমাত্মাদগী তোণ্ডান্দে। কর্ম্ম, কর্ম্মগী সাধন অমসুং উপকরণ অর্মদি থৌবু মশা-পূন্নমক অসি ব্রহ্ম ওাক্লি। (৪/২৪)

মতৌ অসুন্না সমুদ্রদা তাবকপা উন মতুমশিংগী মনুং অমসুং মপান অনীমক ঈশিংঙাক ওইবগুম অদুগা মতূম অদুসু ঈশিংগী মশক অদুম্মক ওইবগুম অচৎ-চত্ত হাযদুনা লৈরিবা জীব পূন্নমক্কী মনুং মপাল অনীমক্তা অমত্তা ওায়ববা পরমাত্মানা শীন্থুংনা লৈ অমদি জীব পূন্নমক্কী স্বরূপ্তসু মহাক য়াওই (১৩/১৫)।

**বহিরন্তশ্চ ভূতানামচরং চরমেব চ।**

**সূক্ষ্মত্বাত্তদবিজ্ঞেয়ং দূরস্থং চান্তিকে চ তৎ ।।**

"অনাদি পরব্রহ্ম ওইবা মহাক অদুদি জীব পূন্নমক্কী মনুং মপাল শীন্থুওই অমসুং অচৎ-চত্তগী মশকশু মহাক্লি। অদুগা মহাক্তি কৃপ্ত কুপ্পদগী খণ্ডনবা ওমদে অমদি নক্তগী নক্লসু-লাপ্তগী লাপ্পসু লৈবিবা মহাক্লি।"

শ্রুতিদসু হায়রম্মী -

**তদেজতি তন্নৈজতি তদ্দূরে তদ্বন্তিকে।**

**তদন্তরস্য সর্ব্বস্য তদু সর্ব্বস্যাস্য বাহ্যতঃ ।।**

(ইশাবাস্যোপনিষদ - ৫)

"মহাক্তি চৎলি অমসুং চত্তবসুনি, মহাক্তি অরাপ্পসুনি অমসুং অনকপসুনি। মহাক্তি জগত অপুন্নসিগী মনুংদসু লৈ অমসুং মপান্দসু লৈ।"

(২) উরিবমখৈ অসি মায়াগী মশক্কি, মিকুপ মুক্কীনি অমদি মাঙনিংঙাই ঙাক্লি খঞ্জদুনা - পূন্নমক অসি য়াওহন্দনা সুপ্নগী পূন্নমক অসিগী অধিষ্ঠানরূপ (সূক্ষ্ম শরীরগী লৈফম ওইবা) অমত্তা ঙায়রবা সৎ-চিৎ-আনন্দ (অরেপ্পা, জ্ঞান অমসুং নুংঙাইবা) না মপুং ফানা থনবা পরমাত্মাখক্তনি, অতৈ করিসু লৈবা নত্তে - অসুম্না খন্দুনা মনবুদ্ধিবুসু ব্রহ্মদা অদুম হাপচিনবা অদুগা পরমাত্মাদা অমত্তা ওইবা ব্রাখন্না লেপচরগা মহাক্কী অপরোক্ষ জ্ঞান (নাকোইনদবা জ্ঞান)না মরম ওইদুনা মঙোন্দা অমত্তা ওইবা মতৌ ফংজবা। (৫/১৭ তা) হায়রি -

**তদ্বুদ্ধয় স্তদাত্মান স্তন্নিষ্ঠা স্তৎপরায়ণাঃ।**

**গচ্ছন্ত্য পুনরাবৃত্তিং জ্ঞাননির্ধূত কল্মষাঃ॥**

"মখোয় অদুগী মপুক্লিংদো পরমাত্মাদা ওনশিঞ্জরবা, মরৌশিংসু ইবুংঙো মাগী মশক্তা তিঞ্জরবা অদুগা পরমাত্মাদা মখোয় তত্তনা অমত্তা ওইবা ব্রাখন্না লেপচরবা, অসিগুম্বা তৎপরায়ণ পুরুষ (পরমাত্মাদা মপুক্লিং চঙলবা মীওই) শিংনা মরৌশিংতনা পাপ কোকচদুনা সংসারদা অমুক কোয়রক্রবা হায়বদি অথোইবা গতি ফংজৈ।"

(৩) অচৎপা, চত্তবা পূন্নমক ব্রহ্মনি অমসুং ব্রহ্ম অদু ঐনি; মরম অসিনা পূন্নমক ঐহাক্কী মশক্কি - অসূম্না বিচার তৌরগা অচৎ-চত্ত জীব পুন্নবু মশাগী আত্মানি খঞ্জবা।

মতৌ অসুম্না সাধন তৌরিবগী মিৎয়েংদা অমত্তা ঙায়বা ব্রহ্ম নত্তনা অতোপ্পা করিসু লৈতে হায়বা মহাক অদুনা অমুক হন্না মশাগী 'বিজ্ঞানানন্দঘন (জ্ঞান্দগী থোকপা বিজ্ঞানগী নুংঙাইবনা মপূং ফাবা) গী মশক্তা নুংঙাইবা মশক খঙজৈ। মতাং মতাংদা অসুম্না তাকপিরম্মী - (৫/২৪, ৬/২৭, ১৮/৫৪)

**যোঽন্তঃ সুখোঽন্তরারামস্তথান্তর্জ্যোতিরেব যঃ।**

**স যোগী ব্রহ্মনির্ব্বাণং ব্রহ্ম ভূতোঽধিগচ্ছতি॥**

(৫/২৪)

"পুরুষ অদুনা অন্তরাত্মাদা নুংঙাইজবা, আত্মাদদা চঙজরবা অমদি আত্মাদদা খঙজরবা মহাক অদুনা সাচ্চিদানন্দঘন পারব্রহ্ম পরমাত্মাগা লোয়ননা অমত্তা ওইবগী ৱাখল ফংজরবা সাংখ্যযোগীনা শান্তব্রহ্মবু ফংজৈ।"

**প্রশান্ত মনসং হ্যেনং যোগিনং সুখমুত্তমম্।**

**উপৈতি শান্তরজসং ব্রহ্মভূতমকল্মষম্।।**

(৬/২৭)

মবমদি "মহাক অদুগী মপুক্লিং নীংথিনা শান্তি ওইরবা, মপাপ চেন্দ্রবা অমসুং মশাগী বজগুণ শান্ত ওইজরবা ব্রহ্ম হায়বদুগদা লোয়নবদা পূক্লিং অমত্তা ওইখ্রবা যোগীনা থোইদোকপা নুংঙাইবা ফংজৈ।"

**ব্রহ্মভূতঃ প্রসন্নাত্মা ন শোচতি ন কাঙ্‌ক্ষতি।**

**সমঃ সর্ব্বেষু ভূতেষু মদ্ভক্তিং লভতে পরাম্।।**

(১৮/৫৪)

"অদুগা অমুক মহাক্না ব্রহ্মদা একীভাব ওইনা লৈরবা, মপুক্লিং পেল্লবা যোগীনা কনাগীদমকসু ৱাদে অদুগা করিগুম্বা অমগী খল্লুবা লৈতে। অসুম্না জীব পূম্নমক্তা মান্নবা পূকচেল চেল্লবা যোগীনা ঐগী পবাভক্তি ফংজৈ।"

(৪) সত্ত রজঃ তমঃ হায়বা মায়াগী মশক ওইবা গুণ অহুমগী কার্য্যরূপ ওইবা উরিবমখৈসিবু অমসুং মসিনা ওইরিবা ক্রিয়া পূম্নমকপু মাঙনীংঙাই ওইবনি অমদি অনিত্যনি খন্দোকপা অদুগা পূম্নমক অসিবু তোঙান্না খাইদোকখ্রগা সূপ্লতগী ভাবরূপ আত্মাখক্তবু খঞ্জবা।

হায়রম্মী - (১৩/২৭,৩৪)

**সমং সর্ব্বেষু ভূতেষু তিষ্ঠন্তং পরমেশ্বরম্।**

**বিনশ্যৎ স্ববিনশ্যন্তং যঃ পশ্যতি স পশ্যতি।।**

(১৩/২৭)

"পুরুষ অদুনা অমাঙবা ওইরবা অচৎ-চত্ত জীব পূম্নমক্তা অমাঙঅতা লৈতনা অমসুং চপমান্নবা মওংদা লৈ হায়না পরমেশ্বরবু উজরবা মহাক অদো 'অওইবা' উজরবনি।"

**ক্ষেত্রক্ষেত্রজ্ঞয়ো রেবমন্তরং জ্ঞান চক্ষুষা।**

**ভূত প্রকৃতি মোক্ষং চ যে বিদুর্য্যান্তি তে পরাম্।।**

(১৩/৩৪)

"মতৌ অসুম্না ক্ষেত্র (লৌফম) অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞ (লৌপু) গী খেন্নববু অমদি থৌজেন্নবা প্রকৃতিদগী মুক্ত ওইজনবা (লাম্থোকচনবা) ওইনা অদুগুম্বা পুরুষশিংদুনা মশাগী জ্ঞান-নেত্র (লৌশিংগী মিৎয়েং) না মনুংথীৎনা খঙজববা, মহাত্মা ওইবা মখোয় অদো পবব্রহ্ম পবমাত্মাবু ফংজে।" মতৌ অসিগুম্বা ফিবেপ অসি ফংজনবগীদমক ভগবান্না গীতাদা অয়াম্বা যুক্তিশিংনা সাধকশিংগীদমক মতাং-মতাংদা আত্মা হায়বা অসি দ্রষ্টা (অয়েংবা) নি, সাক্ষী (খঙবি উবিবা) নি, চেতন (থৱায়) নি অমসুং নিত্য (অবেপ্পা) নি অমদি হুকচাংনচিংবা জড় দৃশ্যবর্গ (হিংদনা উবিবা কাঙলুপ) - মসিবু খল্লু খল্লুবগা অনিত্য (অবেপ্পা ওইদবা) গ্গাক ওইবম্বনা অসৎ (চুমদবা) ওইবা, সুপ্নগী আত্মাখক্তা সৎ (অচূম্বা) নি হায়বা ৱাফম অসি খঙহল্লম্মী। ৱাফম অসিবু মপুংফানা শৌগৎপিদুনা ভগবান্না অনীশুবা অধ্যায়গী ১১শুবা শ্লোকতগী ৩০শুবা ফাওবা নিত্য (অবেপ্পা), শুদ্ধ (অশেংবা), বুদ্ধ (অখঙবা), নিবাকাব (শক্লাইদবা) অক্রিয় (কবিসু তৌদবা), গুণাতীত (গুণগী মখা পোন্দবা, জীবন্মুক্ত) ওইবা আত্মাগী মশক মওং কযা বর্ণন তৌবিবম্মী। খেন্নবা থমদবা মওংদা সাধন তৌজবা পুরুষশিংনা আত্মাগী স্বরূপ অসুম্না তৌই হাযনা খল্লগা সাধন তৌজবদা আত্মাবু লেপ্পা ফংজে। পূম্নমক অসি হোৎনজবা (চেষ্টা) ঙাক্লি, গুণশিংনা ুর্ণশিংদা ওইদুনা লৈজবনি, আত্মাগা মদুগা কবিসু মবী লৈনদে - (মাঙদা পঞ্জখ্রে - ৫/৮,৯ দা) হাযবম্মী (১৪/১৯ দা)

**নান্যং গুণেভ্যঃ কর্ত্তারং যদা দ্রষ্টানুপশ্যতি।**

**গুণেভ্যশ্চ পরং বেত্তি মদ্ভাবং সোঽধিগচ্ছতি।।**

(১৪/১৯)

শ্রী ভগবান্না মনাই অর্জুন্দা তাকপিখি - (হে অর্জুন) "কবিগুম্বা দ্রষ্টানা গুণ অহুম্বু নত্তনা অতৈ অতোপ্পবু কর্ত্তা (থৌবু) নি হাযনা উদ্রবা অদুগা গুণ অহুমদুদগী

য়াম্না লাপ্না মখাপোন্না লৈবা সচ্চিদানন্দঘন স্বরূপ ওইবা কৃষ্ণ ঐহাক্কুন্না পরমেশ্বরবু মনুং থীৎনা খঙজরকপা মতম অদুদা মহাক ঐবু ফংজৈ।"

অদুগা মানা কবিসু তৌদে অমসুং তৌহনবসু লৈতে - অসুম্না মহাক্না নুমিৎ খুদীংগী তত্তনা খঞ্জরগা মশা মতোমতা থোইনা নুংঙাইজবা ফংজৈ হায়রম্মী - (পনখ্রবা ৫/১৩ দা)

**মথক্তা পনখ্রবা জ্ঞনযোগগী সাধন মরিগী মনুংদা অহানবগী সাধন অনীদি ব্রহ্মগী উপাসনানা তিল্লি অদুগা অকোনবা অনীনা অহংগ্রহউ পাসনা (ঐনা তৌজৈ হায়না নীংবা) না তিল্লি।**

মতাং অসিদা হংনবা য়াবদি, - **'মথক্তা হায়রিবা সাধন মরিগী ব্যুত্থান অবস্থা (থৌদোকপা মওং) দা তৌগদ্রা নত্রগা ধ্যানাবস্থা (চীক্না নীংজবা মওং) দা তৌগদ্রা নত্রগা অবস্থা অনীমকসিদা তৌগদ্রা?**

খুম্নবা য়াবা পাউখুমদা, - ৪শুবা সাধনগী অরোইবদা ৫শুবা অধ্যায়গী ৯শুবা শ্লোকতা - 'সাংখ্যযোগীনা ঐ করিসু তৌদে' হায়বগী মতুংইন্না ফোংদোকপনি। মসিদি শুপ্নগী চচবা মতমদা তৌজনবগীনি। অদুগা অনীশুবা সাধনগী অহানবদা পনখ্রবা ৫শুবা অধ্যায়গী ১৭শুবা শ্লোক্কী অমত্তা ঙায়বা পরমাত্মাবু নীংজবনা পরমগতি ফংজৈ হায়বগী মতুং ইন্না হায়খ্রিবা সাধন অসি সুপ্নগী ধ্যানগী মতমদা তৌজবা য়াই। অতৈশিংসিদি চাউরাক্না অবস্থা অনীমক্তা সাধন তৌজবা যাই। মতাংসিদা কনাগুম্বনা হংনরকপা য়াবদি, - অহানবা সাধনদা- 'বাসুদেব: সর্ব্বমিতি' উরিবা পূম্বসি বাসুদেবগী স্বরূপ ঙাক্তনি (৭/১৯) অমদি-

**'সর্ব্বভূতস্থিতং যো মাং ভজত্যেকত্বমাস্থিতঃ**

পুরুষ অদুনা অমত্তা ওইবা ব্রাখন্দা লেপ্পগা জীব পূম্বদা আত্মা ওইনা লৈবিবা সৎ-চিৎ-আনন্দনা ঘনীভূত ওইবা বাসুদেব ঐবু ভজন তৌজৈ। (৬/৩১) হায়বা অসিগী মরমদা করিগী হৌদোকতবনো? - মসিগী পাউখুম ওইনা খঙনবিগদবদি –

শ্লোক অনী অসি ভক্তিগী মতাংগীনি অদুগা অনীমক পবমাত্মাবু ফংজরবা পুরুষশিংগীনি; অদুনা মতাংসিদা মসিগী মরম পঞ্জদবনি। অদুবু, মখোযসিবু কনাগুম্বনা জ্ঞানগী মতাংদা ওইনা লৌরগা মখোযসিগী মতুং ইন্না সাধন তৌজনীংলবসু তৌজবা য়াই, মসিদা কবিসু আপত্তি লৈতে।

মতৌ অসুম্না মথক্তা সাংখ্যনিষ্ঠাগী বিভাগ মবি থোকপা অসিগুম্না যোগনিষ্ঠাগীসু মখল অহুম থোকই -

১) **কর্ম্মপ্রধান কর্ম্মযোগ** - (কর্ম্মনা অথোইবা ওইবা)

২) **ভক্তিমিশ্রিত কর্ম্মযোগ** - (ভক্তি যান্নবা) অমসুং

৩) **ভক্তিপ্রধান কর্ম্মযোগ** - (ভক্তিনা অথোইবা ওইবা)। ❑

## ৫ - কর্ম্মপ্রধান কর্ম্মযোগ (কর্ম্মনা অথোইবা ওইবা)

**কর্ম্মপ্রধান কর্ম্মযোগ** - কর্ম্ম পূম্নমক্তা অমসুং সংসারগী পোৎলমশিংদা মহয় অমসুং অপাম্বা পূমথা থাদোক্নুনা মশাগী বর্ণাশ্রমগী মতুং ইন্না শাস্ত্রনা তৌ হায়বা কর্ম্মখক তৌদুনা লৈজবা হায়বসি কর্ম্মপ্রধান কর্ম্মযোগনি। মসিগী পাওতাক্তা করি-করিগুম্বা মতাংদা ভগবান্না সুপ্নগী মহয় থাদোকপগী ব্রাফম তাকপিরম্মী - (৫/১২; ৬/১; ১২/১১; ১৮/১১ দা)

**যুক্তঃ কর্ম্মফলং ত্যক্ত্বা শান্তিমাপ্নোতি নৈষ্ঠিকীম্।**

**অযুক্তঃ কামকারেণ ফলে সক্তো নিবধ্যতে॥**

(৫/১২)

"কর্ম্মযোগীনা কর্ম্ম খিবিক্কী মহে থাদোক্লগা ভগবান ফংজবগী মশক ওইবা শান্তি ফংজে অদুগা সকাম পুরুষনা অপাম্বগী থৌইনশিন্তনা মহয় পামজদুনা পুল্লি।"

**অনাশ্রিতঃ কর্ম্মফলং কার্য্যং কর্ম্ম করোতি যঃ।**

**স সন্ন্যাসী চ যোগী চ ন নিরগ্নির্ন চাক্রিয়ঃ॥**

(৬/১)

"পুরুষ অদুনা কর্ম্মফলগী আশ্রয় লৌদনা তৌবা হৌনবা কর্ম্ম তৌজবা মহাক অদো সন্যাসী অমদি যোগীনি। অদুগা সূপ্নগী মৈখক থাদোকপনা সন্যাসী ওইবা নত্তে অমদি সূপ্নগী ক্রিয়াশিংবু থাদোকপা মীওইনা যোগী ওইবা নত্তে।"

**অথৈতদপ্যশক্তোঽসি কর্ত্তুং মদ্যোগমাশ্রিতঃ।**

**সর্ব্বকর্ম্মফলত্যাগং ততঃ কুরু যতাত্মবান্॥**

(১২/১১)

"(হে অর্জুন) কবিগুম্বা কৃষ্ণ ঐবু ফংনবগী মশক ওইবা যোগদা চঙজবগা মথক্তা পনখ্রবা (যোগাভ্যাস, নির্মিত্ত কর্ম্ম তৌনবগী) সাধন ফাওবা তৌবা ঙমজদ্রবদা মন, বুদ্ধিনচিংববু জয তৌবা ঙম্লবা ওইদুনা কর্ম্ম পূম্নমকপু থাদোকচৌ।"

**ন হি দেহভৃতা শক্যং ত্যক্তুং কর্ম্মাণ্যশেষতঃ।**

**যস্তু কর্ম্মফলত্যাগী স ত্যাগীত্যভিধীয়তে।।**

১৮/১১)

"মবমদি হকচাং পুবা মীওইবা কনানা কর্ম্ম পুম্নবু পুমথা হেক থাদোকপা ঙম্নদে, মবম অসিনা কর্ম্মগী মহয থাদোকচবা মহাক অদো ত্যাগী (থাদোক্লবা) নি। অসূম্না হায়নবা লৈ।"

কবিগুম্বদনা সুপ্নগী আসক্তি (অপাম্বা ব্রাখল) থাদোকপগী ব্রাফম পল্লি– (৩/১৯; ৬/৪)

**তস্মাদসক্তঃ সততং কার্য্যং কর্ম্ম সমাচব।**

**অসক্তো হ্যাচরন্ কর্ম্ম পরমাপ্নোতি পুরুষঃ।।**

(৩/১৯)

"মবম অসিনা (অর্জুন) নহাক্না অপাম্বা ব্রাখল যাওদনা মতম লৈবা খিবিক্তা তৌগদবা কর্ম্মবু নীংথিনা তৌদুনা লৈযু। মবর্মদি অপাম্বা বাখল যাওদনা কর্ম্ম তৌজবগা মীওইবনা পবমাত্মাবু ফংজৈ।"

**যদা হি নেন্দ্রিয়ার্থেষু ন কর্ম্মস্বনুষজ্জতে।**

**সর্ব্বসঙ্কল্প সন্ন্যাসী যোগারুঢ়স্তদোচ্যতে।।**

(৬/৪)

"ইন্দ্রিযশিংগী ভোগশিংদা অমসুং কর্ম্মশিংদসু অপাম্বা ব্রাখল (আসক্ত) লৈত্রবা মতম অদুদা সঙ্কল্প (অনীংবা) খিবিক থাদোক্লবা পুরুষদো যোগারুঢ় (যোগদা চঙলবা) কৌবে।"

অদুগামুক কবিগুম্বদা ফল অমসুং আসক্তি অনীমকপু থাদোক্লবগী ব্রাফম পল্লম্মী - (মাঙদা পনখ্রবা ২/৪৭,৪৮ দা অমসুং ১৮/৬, ৯ দা)

**এতান্যপি তু কর্ম্মানি সঙ্গং ত্যক্ত্বা ফলানি চ।**

**কর্ত্তব্যানীতি মে পার্থ নিশ্চিতং মতমুত্তমম্।।**

(১৮/৬)

"মবম অসিনা হে পার্থ! অসিগুম্বা যজ্ঞ, দান অমসুং তপকী মশক ওইবা কর্ম্মশিংসিবু অমদি অমুক্কসু তৌগদবা কর্ম্ম খিবিকপু অপাম্বা অমসুং মহৎগী রাখল থাদোক্তুনা শোয়দনা তৌগদবনি হায়বা অসি ঐহাক্কী লেপ্পবা থোইদোকপা মতনি।"

অসিগা লোয়ননা অথোইবা সাত্বিক ত্যাগকী লক্ষণ পল্লদুনা তাকপিবম্মী-

**কার্য্যমিত্যেব যৎকর্ম্ম নিয়তং ক্রিয়তেঽর্জুন।**

**সঙ্গং ত্যক্ত্বা ফলং চৈব স ত্যাগঃ সাত্বিকমতঃ।।**

(১৮/৯)

"হে অর্জুন! অসুম্না শাস্ত্রনা তৌ হায়বা কর্ম্ম তৌবনা কর্ত্তব্যনি - হাযবা রাখন্দা অপাম্না অমদি মহয থাদোক্তুনা তৌবা অদো সাত্বিক ত্যাগনি হায়না লৌনৈ।"

অসুম্না সুপ্নগী মহয থাদোকপগী রাফম পল্লকপা কালদা আসক্তি (অপাম্বা রাখল) থাদোক্কদবনি হায়বা রাফম অসি খণ্ডনবিগদবা ওই; অদুগা সুপ্নগী অপাম্বা রাখল থাদোকপগী রাফম পল্লকপা কালদা মহৈ থাদোক্কদবনি হাযবা রাফম অসিবুসু খণ্ডনবিগদবা ওই। কর্ম্মযোগগী সাধন হাযবা অসি ফল অমসুং আসক্তি অনীমকপু পুন্না থাদোকচবা ঙমজববা মতম অদুতদা থাঙ্গৈশেংনা মপুং ফাবা ওইজৈ। ☐

# ৬ - ভক্তি মিশ্রিত কর্ম্মযোগ

মসিদা সংসার অপূর্ন্বদা শীষ্নুংনা লৈবিবনি হায়না পরমেশ্বরবু খঞ্জদুনা মাগী-মাগী বর্ণোচিত (জাতিগী হৌনবা) কর্ম্মনা মরম ওইদুনা ভগবানগী পূজা তৌজৌ হায়বগী ৱাফমসু পল্লম্মী –

(১৮/৪৬)

**যত: প্রবৃত্তির্ভূতানাং যেন সর্ব্বমিদং ততম্।**

**স্বকর্ম্মণা তমভ্যর্চ্য সিদ্ধিং বিন্দতি মানবঃ ।।**

(১৮/৪৬)

"অদুগুম্বা পরমেশ্বরদগী থৱায় পানবা খূদীংমক পোকখ্রিবা অমসুং ইবুংঙো মঙোন্দগী জগত অসি শন্দোকখ্রিবা অদুগুম্বা পরমেশ্বরদুগী পূজাবু মশাগী হৌনশা কর্ম্মশিংগী মতুং ইন্না তৌজদুনা মীওইবনা পরমসিদ্ধি ফংজে।"

অসূম্না কর্ত্তব্যকর্ম্ম পূম্বা পরমেশ্বরগী পূজাদা তিনশিনবা মরম্না মসিবু ভক্তি মিশ্রিত কর্ম্মযোগ হায়না কৌনবা য়াই।

## ভক্তিপ্রধান কর্ম্মযোগ (ভক্তিনা অথোইবা ওইবা)

মনুংদা মাসিগী মখল অনী থোকই– (১) ভগবদর্পণ কর্ম্ম অমসুং (২) ভগবদর্থ কর্ম্ম – ভগবদর্পণ কর্ম্মসু মখল অনী থোকই। মপুং ফাবা ভগবদপর্ণ হায়বা অসিদি মসিদা কর্ম্ম খূদীংমক্তা মমতা (ঐগী ওইবা মতৌ), আসক্তি অমসুং মহয় পাম্বা থাদোক্লগা অমদি মসি পূম্নমক ভগবানগীনি, ঐসু ভগবানগীনি অমসুং ঐনা মরম ওইদুনা তৌজবা কর্ম্মশিং অদুসু ভগবানগীনি, ভগবান্না ঐঙোন্দা হংগী লাইগুম্না পূম্নমক তৌহল্লিবনি - অসূম্না খন্দুনা ভগবানগী য়াথং মতুং ইন্না

ভগবানখক্কী পেন্নবগীদমক শাস্ত্রনা তৌ হায়বা কর্ম্ম তৌনৈ - (৩/৩০;১২/৬; ১৮/৫৭; পনখ্রবা ৬৬তা) হায়রি -

**ময়ি সর্ব্বাণি কর্ম্মাণি সংন্যস্যাধ্যাত্মচেতসা।**

**নিরাশীর্নির্মমো ভূত্বা যুধ্যস্ব বিগতজ্বরঃ।।**

(৩/৩০)

ভগবান্না তাকপি - "হে অর্জুন! অন্তর্যামী পরমাত্মা ওইবা ঐঙোন্দা নপূক্লিং চঙজনা কর্ম পুন্নমকপু ঐঙোন্দা কখোক্তুনা আশা য়াওদনা, ঐগী হায়বা মতৌ য়াওদনা অমসুং অৱা মৈচাক য়াওদনা লান তৌ।"

**যে তু সর্বাণি কর্মাণি ময়ি সংন্যস্য মৎপরাঃ।**

**অনন্যেনৈব যোগেন মাং ধ্যায়ন্ত উপাসতে।।**

(১২/৬)

"অসূম তৌনা ঐঙোন্দা মায় ওনশিন্না লৈজবা ভক্তশিংনা কর্ম্ম পূন্নমকপু ঐঙোন্দা কখোক্তুনা সগুণ-রূপমেশ্বর ঐহাকপু অনন্য ভক্তিযোগনা তত্তনা চিন্তা তৌজদুনা নীংজৈ।"

**চেতসা সর্ব্বকর্ম্মাণি ময়ি সংন্যস্য মৎপরঃ।**

**বুদ্ধিযোগমুপাশ্রিত্য মচ্চিত্তঃ সততং ভব।।**

(১৮/৫৭)

"মতৌ অসূম্না কর্ম্ম পূন্নমকপু পূক্লিং চেৎনা ঐঙোন্দা কখোক্তুনা অমদি সমবুদ্ধিরূপ যোগগী মতুং ইন্না তৌজদুনা ঐঙোন্দা মায় ওনশিঞ্জবা অমসুং তত্তনা ঐবু কাউদবা ওইজৌ।"

অসিদা নত্তনা হান্না করিগুম্বা উদ্দেশ্য (অনীংবা) অমদগী ওইনা তৌখিবা কর্ম্মশিংবু মমৈদা ভগবান্দা কখোকচবা, কর্ম্ম লোইশিল্লকপগা লোয়েন লোয়ননা ভগবান্দা কৎশিঞ্জবা নত্রগা কর্ম্মশিংগী মহয়খক্তু ভগবান্দা কৎশিঞ্জবা হায়রিবা অসিসু 'ভগবদর্পণ' গী মওংনি। মসিসু ভগবদর্পণগী অহৌবা থাক্লি। অসূম্না তৌর-তৌরগা মথক্তা পনখিবা পূর্ণ ভগবদর্পণ হায়বদু ওই। 🕮

# ৭ - ভগবদৰ্থ কৰ্ম্মসু মখল অনী থোকই

শাস্ত্ৰনা তৌ হায়বা কৰ্ম্মবু ভগবান ফংজনবা, ভগবানবু নুংশিজবা নত্ৰগা ভগবান্না পেন্নবগীদমক ভগবদ্ আজ্ঞা মতুং ইন্না তৌজবশিং অমদি ভগবানগী বিগ্ৰহনচিংবা লাচ্চবা অমদি ভগবানগীদমক্তা শক-শোঞ্জবা নীংজবনচিংবা উপাসনাগী মশক ওইনা তৌবা অমসুং ভগবদসম্বন্ধী ওইনা তৌবা কৰ্ম্মশিং। অনীমক অসি ভগবদৰ্থ কৰ্ম্মগী মনুংচনবা ঙাক্লি। মখল অনী অসিবু 'মৎকৰ্ম্ম' অমসুং 'মদৰ্থ' কৰ্ম্ম হায়নসু গীতাদা পল্লম্মী (১১/৫৫; ১২/১০ দা)।

**মৎকৰ্ম্মকৃন্মৎপরমো মদ্ভক্তঃ সঙ্গবৰ্জ্জিতঃ।**

**নিৰ্ব্বৈরঃ সৰ্ব্বভূতেষু যঃ স মামেতি পাণ্ডব।।**

(১১/৫৫)

"হে অৰ্জুন! অদুগুম্বা পুরুষনা কৃষ্ণ ঐগীদমক্তা কৰ্ত্তব্যকৰ্ম্ম পূম্ববু তৌজবা, ঐঙোন্দা মায ওনশিঞ্জবা, ঐগী ভক্ত ওইবা, অপাম্বা ৱাখল চেন্দ্ৰবা অমসুং থবায পানবা জীবশিংদা যেক্লবা ৱাখল থমদব। অনন্যভক্তিযুক্ত ওইবা মহাক অদো ঐবু শোযদনা ফংজে।"

**অভ্যাসেঽ প্যসমৰ্থোঽসি মৎকৰ্ম্ম পরমো ভব।**

**মদৰ্থমপি কৰ্ম্মাণি কুৰ্ব্বন্‌সিদ্ধিমুবাপ্স্যসি।।**

(১২/১০)

"হে অৰ্জুন! নহাক্না কবিগুম্বা যোগভ্যাস ঙমদ্ৰবসু সৃপ্নগী কৃষ্ণ ঐগীদমক কৰ্ম্ম তৌগে খন্না মায ওনশিঞ্জৌ। মতৌ অসুম্না ঐহাক্কী নিমিত্ত কৰ্ম্মশিংবু তৌজবদনসু ঐবু ফংজবা সিদ্ধিদো ফংজগনি।"

অনন্যভক্তি নত্ৰগা ভক্তিযোগ কৌনবগী ৱাফম - (পনখ্ৰবা ৮/১৪; অদুগা ৮/২২; ৯/১৩;১৪,২২,৩০ অমসুং পনখ্ৰবা ৩৪; অৰ্মদি ১০/৯; ১৩/ ১০;১৪/২৬ তা) হাযবি -

**পুরুষঃ স পরঃ পার্থ ভক্ত্যা লভ্যস্ত্বনন্যয়া।**

**যস্যান্তঃ স্থানি ভূতানি যেন সর্ব্বমিদং ততম্।।**

(৮/২২)

"হে পার্থ! জীব পুম্বনা অদুগুম্বা পরমাত্মাদুগী মনুং চল্লিবা অমসুং অদুগুম্বা সচ্চিদানন্দঘন পরমাত্মাতনা জগত অসি শীনবা থুংলিবা সনাতন ওইবা পরম পুরুষ অদুদি অনন্য ভক্তিতনা ফংনঙাই ওইবনি।"

**মহাত্মানস্তু মাং পার্থ দৈবীং প্রকৃতিমাশ্রিতাঃ।**

**ভজন্ত্যনন্যমনসো জ্ঞাত্বা ভূতাদিমব্যয়ম্।।**

(৯/১৩)

**সততং কীর্ত্তয়ন্তো মাং যতন্তশ্চ দৃঢ়ব্রতাঃ।**

**নমস্যন্তশ্চ মাং ভক্ত্যা নিত্যযুক্তা উপাসতে।।**

(৯/১৪)

"হে কুন্তীপুত্র! দৈবী প্রকৃতিদা চঙজবা মহাত্মাশিংনা কৃষ্ণ ঐবু জীব পুম্বগী সনাতন কারণ অমসুং অমাঙ-অতা লৈতবা অওইবা মশক্লি - খঙদুনা পূক্লিং অনী লোঙদনা যুক্ত ওইরগা তত্তনা ভজনা তৌই। অদুগুম্বা চেৎনা লেপ্লবা ভক্তশিংনা তত্তনা ঐগী নাম অমসুং গুণশিংবু কীর্ত্তন তৌজদুনা অমদি ঐবু ফংননবগীদমক চেকশিন্না অমসুং ঐবু হন্না হন্না খুরুমজদুনা মতম চুপ্পা ঐগী ধ্যানদা যুক্ত ওইরগা অনীলোঙদবা প্রেমতনা ঐগী উপাসনা তৌজৈ।"

**অনন্যাশ্চিন্তয়ন্তো মাং য়ে জনাঃপর্য্যুপাসতে।**

**তেষাং নিত্যাভিযুক্তানাং যোগক্ষেমং বহাম্যহম্।।**

(৯/২২)

" অদুগুম্বা অনন্যপ্রেমী ভক্তশিংনা পরমেশ্বর ঐবু তত্তনা চিন্তা তৌজদুনা নিষ্কামভাব (অপাম্বা লৈতবা ৱাখল) না ভজন তৌজবা, নিতিগী তত্তনা ঐবু চিন্তা তৌজবা পুরুষশিং অদুগী ভগবৎপ্রাপ্তিগী সাধন ওইবা যোগক্ষেম ঐ ইশামকপু ফংহল্লি।"

**অপি চেৎসুদুরাচারো ভজতে মামনন্যভাক্।**

**সাধুরেব স মন্তব্য: সম্যগ্ব্যবসিতো হি সঃ।।**

(৯/৩০)

"লমচৎ য়াম্না ফত্তবা কনাগুম্বনসু অনন্যভাবতা ঐগী ভক্তনা করিগুম্বা ঐগী ভজনা তৌজরবদি, মাবু সাধুনি হায়না লৌবা য়াই, মরমদি মহাক তশেংবা মবুক লেপ্পবনি। হায়বদি পরমেশ্বরগী ভজনগা মান্নবা অতৈ করিসু লৈতে হায়না মহাক নীংথিনা লেপ্পবনি।"

**মচ্চিত্তা মদ্গতপ্রাণা বোধয়ন্তঃ পরস্পরম্।**

**কথয়ন্তশ্চ মাং নিত্যং তুষ্যন্তি চ রমন্তি চ।।**

(১০/৯)

"ঐঙোন্দা তত্তনা পুক্নিং চঙজরবা অমসুং ঐঙোন্দা মথৱায় কৎশিঞ্জরবা ভক্তশিংনা ঐগী ভক্তিতা নৈনজদুনা অমগামগা ঐগী প্রভাবপু খঙমিন্নদুনা অর্মদি গুণ অমসুং প্রভাবকা লোয়ননা ঐগী কথা লীনদুনা মতম চুপ্পা পেন্নজৈ অমসুং বাসুদেব ঐঙোন্দা তত্তনা রমণ তৌজবা ওইজৈ।"

**ময়ি চানন্য যোগেন ভক্তিরব্যভিচারিণী।**

**বিবিক্তদেশ সেবিত্বমরতির্জনসংসদি।।**

(১৩/১০)

"পরমেশ্বর ঐঙোন্দা অনন্য যোগনা মবম ওইদুনা অব্যভিচারিনী ভক্তি (ফত্তলোনচৎ য়াওদবী লাইনীং) অমদি অচীকপা অমসুং অশেংবা মফমদা লৈজনবগী পুকচেন চেঞ্জবা, অদুগা বিষয়াসক্ত (অপাম্বা হীরমদা পূক্নিং লূপ্পা) মীওইশিংগী মরক্তা প্রেম লৈনরুদবা।"

**মাং চ যোঽব্যভিচারেণ ভক্তিযোগেন সেবতে।**

**স গুণান্সমতী ত্যৈতানব্রহ্ম ভূয়ায় কল্পতে।।**

(১৪/২৬)

"পুরুষ অদুনা অব্যভিচারিণী ভক্তিযোগনা মরম ওইদুনা ঐবু তত্তনা ভজন তৌজবা মহাক অদুসু গুণ অহুম্মক অসিবু নীংথিনা কপ্লোকচরগা সচ্চিদানন্দঘন ব্রহ্মবু ফংজনবগীদমক মতীক চাবা ওইজৈ।"

অসূন্না ভগবাননা গীতাদা তাকাপিরম্লিবা অসিসু **'ভগবদর্পণ'** অমসুং **ভগবদর্থ'** হায়বা কর্ম্ম অনীমক্তা ইতিন তিন্নৈ। পূম্নমক অসিগী ম্রহয়দি অমত্তা ঙায়রবা ভগবান ফংজবমক্লি।

হৌজিক অমুক হংনবা য়ারে মদুদি যোগনিতী হায়বসিনা স্বতন্ত্র ওইনা ভগবান ফংহনবরা নত্রগা জ্ঞাননিষ্ঠাগী অঙ্গ ওইরগরা? মসিগী খুম্নঙাইদি গীতানা ৱারম অনীমকপু ইয়া য়াই। হায়বদি ভগবদ্গীতানা যোগনিষ্ঠাবু ভগবান ফংজনবনি হায়বদি লা:ন্ননবগী মনীং তৌবা সাধননিসু লৌই অদুগা জ্ঞাননিষ্ঠাদা মতেং পাংই হায়নসু। সাধক্লা জ্ঞাননিষ্ঠাগী মতেং য়াওসনু - য়াওদসনু, চুমদ্রিংনা কর্ম্মযোগতনা অথোইবা সিদ্ধি ফংজবা ঙমজৈ - নত্রগনা কর্ম্মযোগনা মরম ওইদুনা জ্ঞাননিষ্ঠাবু ফংজরগা অমুক জ্ঞাননিষ্ঠানা মরম ওইদুনা পরমাত্মাবু ফংজবা ঙমজৈ। অনীমক্কী মনুংদগী মহাক্লা কবস্বা লম্বেল চচ্চগে হায়বা অসি মহাক্কী পামজবদা লৈরে। যোগনিষ্ঠাদি স্বতন্ত্র সাধন্নি-হায়বা ৱাফম অসিবু ভগবাননা শেংলবা ৱাহৈনা তাকপিরম্মী - (৫/৪,৫ অমদি ১৩/২৪ দা)

**সাংখ্যযোগৌ পৃথগ্বালাঃ প্রবদন্তি ন পণ্ডিতা:।**

**একমপ্যাস্থিত: সম্যগুভয়োর্বিন্দতে ফলম্॥**

**যৎ সাংখ্যৈ: প্রাপ্যতে স্থানং তদ্‌যোগৈরপি গম্যতে।**

**একং সাংখ্যং চ যোগঞ্চ য: পশ্যতি স পশ্যতি॥**

(৫/৪,৫)

"সন্ন্যাস অমদি কর্ম্মযোগবু অঙাংগুম পঙলবশিংনা মহয় তোঙান-তোঙান পীনৈ হায়, মদু পণ্ডিতশিংনদি হায়দে মরমদি অনীমক্কী মনুংদগী অমখক্তদা পূংলেপ লেপচদুনা লৈজরবা পুরুষনা অনীমক্কী ফলরূপা ওইবা পরমাত্মাবু ফংজৈ। জ্ঞান যোগীশিংনা মরম ওইদুনা অদুগুম্বা পরমধাম ফংনরিবা অদো কর্ম্মযোগীশিংনা মরম ওইরগসু ফংনৈ। মরম অসিনা অদুগুম্বা পুরুষ অদুনা জ্ঞানযোগ অমসুং কর্ম্মযোগবু ফলরূপ (মহৈগী মওং) দা অমত্তনি হায়না উরিবা মহাক অদো অশেংবা উরবনি।"

অমদি –

**ধ্যানেনাত্মনি পশ্যন্তি কেচিদাত্মান মাত্মনা।**

**অন্যে সাংখ্যেন যোগেন কর্ম্মযোগেন চাপরে॥**

(১৩/২৪)

"অদুগুম্বা পবমাত্মা অদুবুদি মীওইবা কয়ামরুম্না শেংলবা কৃপ্পবা বুদ্ধিতনা ধ্যান তৌজদুনা থম্মোযদা উজৈ, অতৈ কযামরুম্নসু জ্ঞানযোগনা মরম ওইদুনা উজৈ; হায়বদি ফংজৈ।"

ভগবান্দা পুক্লিং থিংজিঞ্জবগা ভগবানগীদমক্তা ওইনা কর্ম্ম তৌজবশিংনা ভগবানগী কৃপাদগী ভগবান মাবু ফংজৈ, হায়বা রাফম অসিবুসু মতাং মতাংদা ভগবাননা তাকপিবম্মী - (৮/৭;১১/৫৪,৫৫; পনখ্রবা ১২/৬,৮ অমসুং ১২/৭ তা)

"হে অর্জুন! নহাক মতম পূম্নমক্তা তত্তনা ঐবু নিংশিংজৌ অদুগা লানসু তৌ। মতৌ অসূম্না ঐঙোন্দা কৎশিনখ্রবা মন বুদ্ধিনা তিন্দুনা নহাক্না চিংনদনা ঐবু ফংজগনি।" (৮/৭)

"হে পবন্তপ অর্জুন! অনন্য ভক্তিনা মবম ওইদুনা মতৌ অসুম্না চতুর্ভুজ ওইবা ঐবু সংসং উজনবগীদমক, মনুং থীৎনা খঙজনবগীদমক হায়বদি অমত্তা ওইবা ৱাখন্না ফংজনবগীদমক্তসু ঙমজনিঙাই ওই। হে পাণ্ডব! পুকষ অদুনা সুপ্পগী ঐগীদমক্তা তৌগদবা কর্ম্ম পূম্নমকপু মপুংফানা তৌজবিবা, ঐঙোন্দা মায ওনশিঞ্জবা ঐগী ভক্ত ওইবা, অপাম্বা ৱাখল চেন্দ্রবা অমসুং থৱায পানবা জীবশিংদা য়েক্লবা ৱাখল লৈত্রবা অনন্যভক্তিনা তিনবা পুকষ অদো ঐহাকপু ফংজৈ।" (১১/৫৪,৫৫)

"হে অর্জুন! অদুগুম্বা ঐঙোন্দা মপুক্লিং থিংজিঞ্জবা প্রেমী ভক্তশিংগী ঐহাক্না থুনমক মৃত্যুরূপ সংসাব সমুদ্রদগী উদ্ধাব তৌবিবা ওইবি।" (১১/৭)

মতৌ অসূম্না নিষ্কাম কর্ম্ম অমসুং উপাসনা অনীমক জ্ঞাননিষ্ঠাগী অঙ্গসু ওইবা য়াই - (৫/৬; পনখ্রবা ১৪/২৬ তা)-

**সন্ন্যাস্তু মহাবাহো দুঃখমাপ্তুময়োগতঃ।**

**যোগযুক্তো মুনির্ব্রহ্ম ন চিরেণাধিগচ্ছতি॥**

(৫/৬)

"হে অর্জুন! কর্ম্মযোগ নত্তনা সন্ন্যাস হায়বদি মন, ইন্দ্রিয় অমদি শবীরনা তৌবিবা কর্ম্ম খিবিক্তা মপু শাবমতৌ থাদোকপা ঙম্বা হায়বা অসি অরুবনি, অদুনা ভগবৎস্বরূপ্পু মনন তৌজবা কর্ম্মযোগীনা পবংব্রহ্ম পবমাত্মাবু থুনমক ফংজৈ।"

তৌইগুম্বসুং জ্ঞান যোগদা অভেদ-উপাসনা ওই, মরম অসিনা জ্ঞাননিষ্ঠানা ভেদ-উপাসনাগী মশক ওইবা ভক্তি যোগগী হায়বদি যোগনিষ্ঠগী অঙ্গ ওইবা য়াদে। কনাগুম্বা জ্ঞাননিষ্ঠাগী সাধক্লা কোন্নদা অপাম্বা অমসুং মত হোংলকপা, অদুগা মহাক্লা জ্ঞাননিষ্ঠাবু থাদোক্লগা যোগনিষ্ঠাবু কোন্নজবা, অদুগামুক মহাক্লা যোগনিষ্ঠানা মরম ওইদুনা ভগবান ফংজৈ হায়বা অসিনা অতোপ্পা ৱাফম অমনি।

কর্ম্মযোগগী সাধন তৌজরগামুক সাংখ্যযোগগী সাধননা মরম ওইদুনা অদুগুম্বা সচ্চিদানন্দঘন পরমাত্মাবু ফংজৈ হায়বদুগী প্রণালী কমদৌবগে হায়না করিগুম্বা হংনবা তারবদি মদু খঙননবগীদমক 'ত্যাগ' (থাদোকপা) হায়বা মমিংনা কাঙলুপ তরেৎ থোক্লা খাযদোক্কুনা অসুম্না খঙনবিগদবা ওই -

*(১) তৌহৈদবা কর্ম্মপুম্বা পুমথা থাদোকপা –*

হূরানবা, লমচৎ ফত্তবা, মীনম্বা. লৌনম, নমথাক, নমজানবা, হিংসা, চাহৈদবা চাবা অমসুং ময়াই কাবা অসিনচিংবা শাস্ত্রনা য়াদবা হন্থবা কর্ম্মশিংবু পুক্লিং ৱাঙাং অমসুং ইশানা করিমতা তৌরুদবা, হায়বা অসি অহানবা কাঙলুপকী ত্যাগনি।

*(২) কাম্য কর্ম্ম খিবিক থাদোকপা –*

স্ত্রী, পুত্র অমদি ইবন্নচিংবা পামজবা পোৎলমশিং ফংজনবা অমদি অৱা অনা খুদোংথীবশিং কোক্নবা উদ্দেশ্যদা তৌজবা যজ্ঞ, দান, তপ অমসুং উপাসনানচিংবা সকাম কর্ম্মশিংবু মশাগী ওইজনবগীদমক্তা তৌদবা, হায়বা অসিনা অনীশুবা কাঙলুপকী ত্যাগনি।

কনাগুম্বনা, লৈবাক খ্বাইগী নত্রগা শাস্ত্রগী ওইবা, মদুনা সকামগী মওংদি ওইরবা, অদুগা মদু তৌহৌদবদা কনাগুম্বদা ৱাগদৌরবা নত্রগা কর্ম্ম উপাসনাগী পরম্পরাদা করিগুম্বা মখলগী অপনবা থোক্লরবদি ওইজবা ৱাখল থাদোক্কুনা সূপ্নতগী লোকসংগ্রহগীদমক মদুবু তৌবদা সকাম কর্ম্ম ওইরোই।

*(৩) তৃষ্ণাবু পুমথা থাদোকপা –*

ইজ্জৎ তানবা, চাউথোকচবা, মতীক মগুণ অমদি নুপী, অঙাং, মরন্নচিংবা অনিত্য পদার্থ অদুক নহান-মপোক্কী তৌজরকপা মতুং ইন্না ফংজররিবশিং অদুবু হেনগৎনবা খল্লুবদা, ভগবান ফংনবদা অপনবনি খন্দুনা থাদোকচবা, মসিনা অহুমশুবা কাঙলুপকী ত্যাগনি।

*(৪) স্বার্থগীদমক্তা অতোপ্পশিংবু সেবা তৌহনবা থাদোকপা –*

মশা নুংঙাইনবগীদমক কনাগুম্বদা লন-থুম্নচিংবা পোৎ-চৈশিং নিরুবা নত্রগা সেবা তৌহনগে হায়জবা অমদি নিকদনা পীরকপা পোৎলমশিং লৌবা নত্রগা তৌখ্রবা সেবাবু য়াবা অমদি করিগুম্বা মওংদসু কনাদা মশাগী ওইজবা ফংনবগীদমক মপুক্লিংদা খল্লুবা - অসিনচিংবা স্বার্থগীদমক অতোপ্পবু সেবা তৌহনবগী ভাব ওইবা পূম্নমক অসি থাদোকপা মসিনা মবিশুবা কাঙলুপকী ত্যাগনি।

কনাগুম্বনা হকচাংগা মবী লৈনবা সেবা নত্রগা পীজ-পীথক্কী পোৎলম্নচিংববু লৌদ্রগা কনাগুম্বনা নুংঙাইবোইদবা নত্রগা লোকশিক্ষাদা কবিগুম্বা অপনবা লাক্কদবা লৈববা, অসিগুম্বা খুদোং-তাঞ্জা চানা ফংনবরবদি, তাঞ্জাদুদা ইশাগী ওইজবা থাদোক্তুনা সৃপ্পগী মখোয়গী পেলহৌনবগীদমক সেবানচিংবা লৌবকপমখৈদি দোষ লৈতে। মবমদি স্ত্রী, পুত্র অমসুং থৌগল্লোযনচিংবনা তৌজবা সেবা অমদি, মরূপ মপাং অমসুং চান্নবা মদ্দপ্নচিংবা কযানা লানবা অচা-অথক্ক চিংবা পোৎলম কযা লৌদবদা মখোযনা নুংঙাইজদবা ওইগনি অমদি লোকমর্য্যা দাদা অপনবা ওইনা থোকপা যাই।

*(৫) কর্ত্তব্য-কর্ম্ম খিবিক পূম্নমক্তা অতনবা অমসুং মহযগী ব্রাখল পূমথা থাদোকপা –*

ঈশ্বরগী ভক্তি, দেবতাশিংগী পূজা, ইমা-ইপানচিংবা গুরুজনশিংগী সেবা, যজ্ঞ, দান, তপ অমদি বর্ণাশ্রমগী মতুংইন্না পুন্সি লেঞ্জবা অমদি হকচাংগা মবী লৈনবা চাবা-থকপনচিংবা তৌগদবা থৌ কযামুক লৈবিবা পূম্নমক অসিদা অতনবা অমসুং অপাম্বা মখল খূদীংমকপু থাদোকচবা। মসিনা ৫শুবা কাঙলুপকী ত্যাগনি।

*(৬) সংসাবগী পোৎলম অমসুং কর্ম্ম খিবিক্তা নুংশিবা (মমতা) অমসুং অপাম্বা (আসক্তি) পূমথা থাদোকপা –*

লন-থুম, য়ুম-কৈ অমসুং ফিরোন্নচিংবা পোৎশক খিবিক অমদি স্ত্রী, পুত্র, মরূপ চান্নবনচিংবা মপাংশিং অমদি লেমজবা, চাউথোকপা অমসুং মতীক মগুন্নচিংবা হন্দক-মপোক অমসুং হয়েং-মপোক্কী ওইবা বিষয়ভোগকী পোৎলম কয়া লৈরিবা পূম্নমক অসিবু মিকুপ্তা কায়নিংঙাই অমসুং মাঙনিংঙাই ওইবা মবম্না অবেপ্পা নত্তে খন্দুনা মখোযদুদা মমতা অমসুং আসক্তি লৈরুদবা অমদি

সূপ্নগী পরমাত্মা অমখক্তুদা ৱাখল লোঙদনা শেংনা নুংশিজবা মরম্না পূক্লিং, ৱাঙাং অমসুং হকচাংনা পাঙবা থৌরম খূদীংমক্তা অমসুং হকচাংদসু মমতা অমদি আসক্তিগী মওং সুপলৈ লৈতবা, মসিনা ৬শুবা কাঙলুপকী ত্যাগনি।

৬শুবা কাঙলুপকী ত্যাগসিবু তৌবা ঙম্বা ফংজরবা পুরুষশিংদি সংসারগী পোৎলমশিংদা বৈরাগ্য ওইদুনা সুপ্নগী অমত্তা ঙায়রবা পরম প্রেমময় ভগবানদদা অনন্যপ্রেম ওইজৈ। মরম অসিনা মখোয়দুদি ভগবানগী গুণ, প্রভাব অমসুং রহস্যনা থল্লবা বিশুদ্ধ প্রেমগী বিষয় ওইবা ৱারী ৱাতায়শিং তাজবা, লীজবা অমসুং নৈনজবা অমদি অচীকপা মফমদা লৈজরগা তত্তনা ভগবানগী ভজন, ধ্যান অমসুং শ্রাস্ত্রশিংগী অথূপ্পা বিচার তৌজবখক্তা পামজৈ। বিষয় পামজবা মীওইশিংগী মরক্তা লৈরগা নোক-খেবা, হরাউ-নুংঙাইবা, ময়াইকাবা, নিন্দা, বিষয় ভোগ অমদি অরেপ্পা ৱাফমশিংদা মশাগী মমল নাইদ্রবা মতমদু মিকূপ অমা ফাওবসু কাইথোকপা পাম্নরুদে অমদি মখোয়দুনা কর্ত্তব্য কর্ম্ম পূম্নমক্তা ভগবানগী স্বরূপ অমসুং নামবু নীংশিংজরিবা অদুতনা অপাম্বা য়াওদনা সূপ্নগী ভগবানগীদমক হায়বঙাক ওই।

মসিদি কর্ম্মযোগগী সাধননি। সাধন অসি তৌজ-তৌজনা সাধক্না পরমাত্মাগী কৃপাতনা পরমাত্মাগী স্বরূপপূ মথন্তা খঙজরক্তুনা অমাঙ অতা লৈতবা পরমপদবু ফংজৈ। হায়রি -

**সর্ব্বকর্মাণ্যপি সদা কুর্ব্বাণো মদ্ব্যপাশ্রয়:**

**মৎপ্রসাদাদবাপ্নোতি শাস্বতং পদমব্যয়ম্।।**

(১৮/৫৬)

"কৃষ্ণ ঐঙোন্দা পবায়ণ ওইববা কর্ম্মযোগীদি কর্ম্মপূম্নমকপু মতম পূম্নমক্তা তৌদুনসু ঐগী কৃপাতনা সনাতন অবিনাশী পরমপদবু ফংজৈ।"

অদুবু কনাগুম্বনা সাংখ্যযোগনা পরমাত্মাবু ফংজবা পাম্লবদি মহাক্না মথক্তা হায়খ্রিবা সাধন অসি তৌরবা মতুংদা মখাগী ৭শুবা কাঙলুপকী প্রণালীগী মতুং ইন্না সাংখ্যযোগগী সাধন তৌনগদবা ওই।

*(৭) সংসারদা, হকচাংদা অমসুং কর্ম্ম পূম্নমক্তা সূক্ষ্মবাসনা অমসুং অহং ভাব পুমথা থাদোকপা –*

সংসাবগী পোৎলম পুন্নমক মাযাগী মওং ওইবনা পূন্নমক্তা অনিত্যনি অমসুং অমত্তা ওইবা সচ্চিদানন্দঘন পবমাত্মাখক্লা মফম পূন্নমক্তা চপ্ মান্ননা থল্লিবনি - অসুম্না চেৎনা খল্লগা মশাগা লোযননা সংসাবগী পোৎলম খিবিক্তা অমসুং কর্ম্ম খিবিক্তা সূক্ষ্মবাসনা সুপয়াও যাওদবা, হাযবদি থম্মোযনুংদা মখোযগী মশকশিং খুদমশিং অদুবু সংস্কাবব্ধপ ওইনা খল্লুদবা অমদি মশাদা ঐ হাযবা নাপল পূমথা থাদোক্কুনা পূক্লিং, ৱাঙাং অর্মদি হকচাংনা ওইবা কর্ম্ম খিবিক্তা মপু শাবগী নাপন সুপতৌ তৌবদবা অমদি মতৌ অসুম্না হকচাংগা লোযননা পোৎলম খিবিক অমসুং কর্ম্ম খিবিক্তা বাসনা অমদি অহংভাব সুপযাও হেক যাওখিদদুনা অমত্তা ঙাযববা সচ্চিদানন্দঘন পবমাত্মাগী স্বব্ধপথক্তদা পূক্লিং অমত্তা ওইনা নির্তিগী তত্তনা লেঙদবা ফিবেপ্পা লৈজবা, মসিনা ৭ শুবা কাঙলুপর্কী ত্যাগনি।

মতৌ অসুম্না সাধন তৌজদুনা পুব্ষ অদুনা মতম অদুমক্তদা সচ্চিদানন্দ ঘনীভুত ওইবা পবমাত্মাবু নুংঙাইনা ফংজৈ। হাযবি -

**যুঞ্জন্নেবং সদাত্মানং যোগী বিগত কল্মষঃ।**

**সুখেন ব্রহ্ম সংস্পর্শমত্যন্তং সুখমশ্নুতে।।**

(৬/২৮)

"পাপ চেন্দ্রবা যোগীদুদি মতৌ অসুম্না তত্তনা আত্মাবু পবমাত্মাদা তির্নশিন্দুনা নুংঙাইনা পবংব্রহ্ম পবমাত্মাবু ফংজবগী মশক ওইবা অনন্ত আনন্দ (মপান নাইদনা নুংঙাইজবা) অদুবু ফংজৈ।"

তৌইগুম্বসুং মথক্তা পল্লিবা মওং অসুম্না কর্ম্মযোগগী সাধনা তৌদনা হৌবকপদগী হৌনা সাংখ্যযোগগী সাধনতা তৌজবকপা পুব্ষ অদুদি পবমাত্মাবু ৱানা ফংজৈ। হাযবি -

**সন্ন্যাসস্তু মহাবাহো দুঃখমাপ্তুমযোগতঃ।**

**যোগযুক্তো মুনির্ব্রহ্ম ন চিরেণাধিগচ্ছতি।।**

(৫/৬)

"হে অর্জুন! কর্ম্মযোগ নত্তনা সন্ন্যাস হাযবদি মন, ইন্দ্রিয অমসুং শবীবনা পাঙবা কর্ম্ম পূন্নমক্তা মপুশাব মতৌ - থাদোকচবা লুই অদুগা ভগবৎস্বব্ধপ্পু মনন তৌজবা কর্ম্মযোগীদি পবংব্রহ্ম পবমাত্মাবু থুনমক ফংজৈ।"

মসিদা হংনবা য়াবদি, - কনাগুম্বা সাধকনা মতম অমত্তদা নিষ্ঠা অনীমক্কী মতুং ইন্না সাধন তৌজবা য়াবরা যাদবরা? য়াদ্রগনা করিগীনো'?

মসিগী খুন্নফম্না - সাংখ্যযোগ অমসুং কর্ম্ম যোগ হায়বা সাধন অনীসিগী থৌরাংসি মতম অমত্তদা পুরুষ অমখক্তনা তৌবা ঙম্মোই। মবমদি কর্ম্মযোগীনা সাধন তৌবা মতমদা কর্ম্মবু, কর্ম্মফলবু, পবমাত্মাবু অমদি মশাবু তোঙান-তোঙান্না খল্লগা কর্ম্মফল অমদি আসক্তি থাদোকক্তুনা ঈশ্বরগীদমক নত্রগা ঈশ্বরদা কৎনবনি হায়না খল্লগা কর্ম্ম পুন্নমক তৌই। (পনখ্রবা ৩/৩০; ১১/৫৫;১২/১০;১৮/৫৭ তা) হায়রি।

অমুকসু হায়রি -

**ব্রহ্মণ্যাধায় কর্ম্মাণি সঙ্গং ত্যক্ত্বা করোতি য়ঃ।**

**লিপ্যতে ন স পাপেন পদ্মপত্রমিবাম্ভসা।।**

(৫/১০)

"কর্ম্ম পুন্নমকপু পবমত্মাদা কৎশিঞ্জদুনা অমসুং অপাম্বা ব্রাখল থাদোক্তুনা কর্ম্ম তৌজবা পুরুষ অদো থম্নাদা পকপা ঈশিংগুম্না পাপ চঙদে।"

**সর্ব্বকর্ম্মাণ্যপি সদা কুর্ব্বাণো মদ্ব্যপাশ্রয়ঃ।**

**মৎপ্রসাদাদবাপ্নোতি শাশ্বতং পদমব্যয়ম্।।**

(১৮/৫৬)

"কৃষ্ণ ঐঙোন্দা মায়ওর্নাশঞ্জবা কর্ম্মযোগীদি কর্ম্ম খিবিকপু মতম পুন্নমক্তা তৌদুনসু ঐগী কৃপানা সনাতন অবিনাশী ওইবা পরমপদবু ফংজে।"

অদুগা সাঙ্খ্যযোগীনা মায়াদগী পোকপা গুণ খিবিক্না গুণ খিবিক্তা লেঞ্জবতনি, অমবোমদা ইন্দ্রিয়শিংনা ইন্দ্রিয়শিংগী অর্থদা লেঞ্জবনি অসূম্না খল্লগা পূক্লিং, ইন্দিয় অমসুং হকচাংনা পাঙলিবা থৌরম পুন্নমক্তা মপু শাবা মতৌগী নাপন তৌদনা সুপ্নগী মফম খুদীং শীম্বুংনা লৈবিবা, সৎ-চিৎ-আনন্দনা ঘনীভুত ওইবা পরমাত্মাগী স্বরূপ্তা খেন্নদে হায়বা ব্রাখন্দা লেপ্তুনা লৈজে। (৩/২৮; পনখ্রবা ৫/১৩, অমসুং ১৩/২৯; ১৪/১৯, ২০; ১৮/৪৯-৫৫দা) হায়রি -

**তত্ত্ববিত্তু মহাবাহো গুণ কর্ম্ম বিভাগয়োঃ।**

**গুণা গুণেষু বর্ত্তন্ত ইতি মত্বা ন সজ্জতে।।**

(৩/১৮)

"হে মহাবাহো! গুণবিভাগ অমসুং কর্ম্ম বিভাগকী তত্ত্ববু খঙলবা জ্ঞান যোগীনা গুণ পূম্নমক্না গুণশিংদা লৈজবনি, অসূম্না খন্দুনা মখোয়দুবু খক পাম্লুদে।"

**প্রকৃত্যৈব চ কর্মাণি ক্রিয়মাণানি সর্বশঃ।**

**যঃ পশ্যতি তথাত্মানমকর্ত্তারং স পশ্যতি।।**

(১৩/২৯)

"পুরুষ অদুনা কর্ম্ম খিবিকপু মখল খুদীংমক্তা প্রকৃতিখক্তনা তৌবনি হায়না উবা অমসুং আত্মাবু মপু নত্তে হায়না উবা মহাক অদো অরেপ্পা মশক উরবনি।"

"অসূম্না উরবা, সত-রজ-তম হায়বা গুণ অহুম্মক্তগী তোঙাল্লবা, অতোপ্পা কনাবু মপুনি হায়না উদ্রবা অমসুং গুণ অহুম্মক্তগী য়াম্না লাপ্ন লৈবা সচ্চিদানন্দঘন স্বরূপ ওইবা পরমাত্মা ঐবু তত্ত্ব য়ৌনা খঙলবা মতম অদুদা মহাক অদুনা ঐগী স্বরূপপু ফংজৈ। (১৪/১৯)

"অসিগুম্বা পুরুষসিদি হকচাংগী চাওখৎনবগী মরম ওইবা গুণ অহুম্মকপু হীক্তোক্তুনা পোকপা, শিবা, অহল ওইবা অমসুং অৱাবা মখল খুদীংমক্তগী কোকচদুনা পরমানন্দবু ফংজৈ।" (১৪/২০)

"মফম পূম্নমক্তা অপাম্বা ৱাখল চেন্দ্রবা, অপাম্বা করিসু খন্দ্রবা অমসুং ইন্দ্রিয় খুদুম চল্লবা পুরুষনা সাঙ্খ্যযোগনা মরম ওইদুনা অথোইবা নৈষ্কর্ম্যসিদ্ধি দো ফংজৈ। অদুগুম্বা জ্ঞানযোগগী পরানিষ্ঠা ওইবা নৈষ্কর্ম্যসিদ্ধি অদুবু মতৌ অসূম্না ফংজবগা মীওইবনা ব্রহ্মবু ফংজৈ হায়বা মতৌ অদুবু হে কুন্তীপুত্র! নহাক্না শন্নপ্না ঐঙোন্দগী খঙউ। শেংলবা বুদ্ধিনা তিল্লবা অমদি য়াংথোক্লবা, সাত্বিক অমসু নিয়ম নাইনা চা-থক্লবা, শব্দনচিংবা বিষয়শিংবু থাদোক্তুনা অচীকপা অমসুং অশেংবা মফমদা লৈজরগা, সাত্ত্বিক ধারণ শক্তিনা মরম ওইদুনা থম্মোয় অমসুং ইন্দ্রিয়শিংবু ফাজিন্দুনা পূক্লিং ৱাঙাং অমদি হকচাংবু খুদুম চঞ্জিঞ্জববা, রাগ-দ্বেষ সূপয়াও য়াওদনা নীংথিনা লেঙদ্রবা বৈরাগ্যদা চঙজরবা অমদি ঐ হায়বা নাপল, ইপাঙ্গল, চাউথোকপা, অপাম্বা, অশাউবা অমসুং লৌনীংবা থাদোক্তুনা তত্তনা ধ্যান যোগদা

চঙদুনা লৈজবা, ঐগী হায়বা থমদ্রবা অমসুং শান্তিযুক্ত ওইরবা পুরুষনা সচ্চিদানন্দঘন ওইবা ব্রহ্মদা খেন্নদবা ৱাখল্দা লৈজনবা পাত্র ওই। অদুগামুক সচ্চিদানন্দঘন ওইবা ব্রহ্মদা অমত্তা ওইবা ৱাখল্দা লৈজরবা, মপুক্লিং পেন্না লৈজরবা যোগী অদুদি কনাগীসু ৱারুদ্রে অদুগা কনাবুসু চিংনরুদ্রে। অসূম্না জীব পূম্নমক্তা চপ্ মান্ননা খল্লবা যোগীনা কৃষ্ণ ঐগী পরাভক্তিবু ফংজে। অদুগুম্না পরাভক্তিদুনা মরম ওইদুনা পরমাত্মা ঐবু, ঐনা অসুম ওইরিবা অমসুং অসুক ওইরিবা অসি পূম্নমক মনুংথীৎনা খঙলবা অমসুং অদুগুম্না ভক্তিনা ঐবু তত্ত্ব যৌনা খঙলবা মতম অদুদা ঐঙোন্দা চঙজরকই।" (১৮/৪৯-৫৫)

কর্ম্মযোগীনা মশাবু কর্ম্মশিংগী মপুনি লৌই।

হায়রি -

**কায়েন মনসা বুদ্ধ্যা কেবলৈরিন্দ্রিয়ৈরপি।**

**যোগিনঃ কর্ম্ম কুর্ব্বন্তি সঙ্গং ত্যক্ত্বাত্মশুদ্ধয়ে।।**

(৫/১১)

"কর্ম্মযোগীনা ঐগীনি হাযবা ৱাখল চেন্দনা সুপ্নগী ইন্দ্রিয়, মন, বুদ্ধি অমসুং হকচাংনসু অপাম্বা ৱাখল থাদোক্লুনা মশাগী হৃদি শেংনবগীদমক্তা কর্ম্ম তৌই।"

সংখ্যযোগীনদি মপুনি হায়না লৌদে। (হায়খ্রে পনখ্রবা ৫/৮,৯ দা) কর্ম্ম যোগীনা মশাগী কর্ম্ম খিবিকপু ভগবান্দা কৎশিঞ্জে। হায়রি -

**যৎকরোষি যদশ্নাসি যজ্জুহোষি দদাসি যৎ।**

**যত্তপস্যসি কৌন্তেয় তৎ কুরুষ্ব মদর্পণম্।।**

**শুভাশুভ ফলৈরেবং মোক্ষ্যসে কর্ম্মবন্ধনৈঃ।**

**সন্ন্যাসযোগ যুক্তাত্মা বিমুক্তো মামুপৈষ্যসি।।**

(৯/২৭,২৮)

"হে অর্জুন! নহাক্না অদুক তৌজবা, চাজবা, হোম কচ্চবা, দান তৌজবা অমসুং তপ তৌজবা পূম্নমক অদো ঐঙোন্দা কৎশিঞ্জৌ। মতৌ অসুম্না অদুগুম্না কর্ম্ম পূম্নমক ভগবান ঐঙোন্দা কৎশিঞ্জরবা সন্ন্যাসযোগসিতনা যুক্ত-চিত্ত ওইরবা নহাক্না অফবা ফত্তবা মহয় ওইবা কর্ম্মনা পুনবদগী নাম্থোকচগনি। অদুগা মদুদগী নাম্থোকচরগা কৃষ্ণ ঐবু ফংজগনি।"

সাংখ্যযোগীনা পূক্লিং অমসুং ইন্দ্রিয়শিংনা মরম ওইদুনা পাওবা হায়বা মতৌ য়াওদবা থৌরম খিবিকপু কর্ম্মনি হায়না লৌদে। হায়রি -

**যস্য নাহঙ্কৃতো ভাবো বুদ্ধির্যস্য ন লিপ্যতে।**

**হত্বাপি স ইমাঁল্লোকান্ন হন্তি ন নিবধ্যতে॥**

(১৮/১৭)

"মী অদুগী থম্মোয়দা 'ঐহাক মপু নত্তে' অসুম্না খন্দ্রবা অমদি মহাক্কী বুদ্ধিনা সংসাবগী পোৎলম চৈরমশিংদা অমসুং কর্ম্মশিংদা মিহৌরুদ্রবা পুরুষ অদো লোক পুম্নমক অসিবু হাৎলগসু থাঙ্গৈশেংবমক হাৎপা ওইদে অমসুং পাপ পুগদবা লৈতে।"

কর্ম্মযোগীনা পবমাত্মাবু মঙোন্দগী তোঙাল্লি হাযনা লৌই হাযখ্রে (পনখ্রবা ১২/১০ দা)। সাঙ্খ্যযোগীনা মতম লৈবখিবিক্তা তোঙান্দে হায়না লৌই। হাযবি -

**সর্ব্বভূতেষু যেনৈকং ভাবমব্যয়মীক্ষতে।**

**অবিভক্তং বিভক্তেষু তৎজ্ঞানং বিদ্ধি সাত্ত্বিকম্॥**

(১৮/২০)

"অদুগুম্বা জ্ঞানদগী মীওইবনা তোঙান-তোঙানবা জীব পুম্নমক্তা অমাঙ অতা লৈত্রবা পবমাত্মাগী ৱাখলবু তোঙানবা লৈতনা চপ মান্নবা মওং লৈ হায়না উবা জ্ঞান অদুবু (অর্জুন) নহাক্না সাত্ত্বিকনি হায়না খঙজৌ।" অদুগা -

কর্ম্মযোগীনা প্রকৃতি অমসুং প্রকৃতিগী পোৎলমশিংগী লৈজবা মগুণদুবু য়াজে। হাযবি -

**ঈশ্বরঃ সর্ব্বভূতানাং হৃদ্দেশেঽর্জুন তিষ্ঠতি।**

**ভ্রাময়ন্ সর্ব্বভূতানি যন্ত্রারূঢ়ানি মায়য়া॥**

(১৮/৬১)

"হে অর্জুন! হকচাংগী মশক ওইবা যন্ত্রদা তোংদুনা জীব পুম্নমকপু অন্তর্য্যামী পবমেশ্বব ঐহাক্কী মাযানা মখোয়গী কর্ম্মশিংগী মতুং ইন্না কোযহন্দুনা জীব পুম্নমক্কী থম্মোযদা লৈবি।"

সাঙ্খ্যযোগীনা ব্রহ্ম অমখক্তু নত্তনা কনাগীসু মগুণ শীংথাদে। হায়রি –

**যদা ভূতপৃথগ্‌ভাবমেকস্থমনুপশ্যতি।**

**তত এব চ বিস্তারং ব্রহ্ম সম্পদ্যতে তদা।।**

(১৩/৩০)

"পুরুষ অদুনা জীব পূম্নমক্কী তোঙান-তোঙানবা মওংবু অমত্তা ওইবা পরমাত্মাখক্তদা লৈবনি অমদি পরমাত্মাদু খক্তনা জীব পূম্নমক্তা শীন্থুংনা শন্দোকপনি হায়না উরকপা মিকূপ অদুমক্তদা মহাক 'সচ্চিদানন্দঘন ব্রহ্ম' ফংজৈ।"

কর্ম্মযোগীনা কর্ম্মগী মহয় অমসুং কর্ম্মগী মগুণ য়াজৈ। সাঙ্খ্যযোগীনা ব্রহ্মদগী তোঙানবা কর্ম্ম অমসুং মদুগী মহৈগী মগুণবু সূপয়া য়াদে অমসুং মখোয়দুনা মহাক্কা করিসু মরী লৈনদে হায়না খঞ্জে। মতৌ অসূম্না অনীমক্কী সাধন প্রণালী অমসুং মান্যতাদা থোইদোক্না নোংপোক্কা নোংচুপকমুক খেন্নে। অসিগুম্বা ফিভমদা নিষ্ঠা অনীমক্কী সাধনসি নিপা অমনা মতম অমখক্তদা তৌবা ঙম্লোই। মতৌ অসূম্না কনাগুম্বা নিপা অমনা ভারতবর্ষদগী অমেরিকাগী নিউয়োর্ক সহরদা চৎপা তারবদা নোংপোক পাংনা চুমদ্রিং চৎখ্রবসু অমেরিকা য়ৌগনি অদুগা নোংচুপ পাংনা চুমদ্রিং চৎখ্রবসু অমেরিকা য়ৌগনি। অসিগুম্বা সাংখ্যযোগ অমসুং কর্ম্মযোগগী সাধন প্রণালীদা অমগা অমগা খেন্নজরবসু মী অদুনা করিগুম্বা সাধন অমখক্তবু চেৎনা হোৎনজরবদা মহাক্না অনীমক্কী ওইনা অমত্তা ঙায়রবা অথোইবা পন্থুং ওইবা পরমাত্মা য়ৌনফাও থুনা ফংজৈ হায়খ্রে। (পনখ্রবা ৫/৪ দা) 🕮

## ৮ - অধিকারী (কনাগী ওইফম থোকপা)

হৌজিক হংনরকপা য়াবদি - গীতাদা হায়রিবা সাংখ্যযোগ অমসুং কর্ম্মযোগগী অধিকারী কনানো? বর্ণ পুন্নমক অমসুং আশ্রম পুন্নমক্কী অমদি জাতি পুন্নমক্কী ওইনা মসি চচ্চবা য়াবরা নত্রগা কনাগুম্বা অখন্নবা বর্ণ, অখন্নবা আশ্রম অমদি অখন্নবা জাতিখক্কী মীওইখক্তা মসিগী সাধন তৌজগদৌবরা?

মসিগী পাউখুম্না, গীতাদা শেন্নহন্লিবা পারম অসি খুদীংমক্কু ভারতকী অমসুং ঋষিগী ওইনা তৌরবসু, গীতাগী পাউতাক্তা বিচার তৌজরগা হায়বা য়াই মদুদি গীতাদা হায়রিবা সাধনশিংগী মতুং ইন্না চচ্চনবগী অধিকার মীওইবখক্তদনি। জগদ্গুরু ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী পাউতাক অসিদি মীওইবা জাতি খুদীংমক্কীনি। কনাগুম্বা অখন্নবা বর্ণ নত্রগা অখন্নবা আশ্রমগীদমক নত্তে। মসিমক গীতাগী থোইদোকপনি। ভগবান্না ইবুংঙো মাগী পাউতাক্তা মতাং মতাংদা **'মানবঃ' 'নরঃ' 'দেহভৃৎ', 'দেহী'** অসিনচিংবা ৱাহৈশিং শীজিন্নবিদুনা মসিবু শেংনা তাকপিরম্লবনি। সাঙ্খ্যযোগগী মরু ওইবা সাধন তাকপিরকপা মতমদা ভগবানন্না 'দেহী' হায়বা ৱাহৈ অসি প্রয়োগ তৌবিদুনা মীওইবখক্তা মসিগী অধিকারীনি হায়না তাকপি; - (পঞ্জম্বরা ৫/১৩ দা)

মতৌ অসুম্না ভগবানন্না শেংলবা ৱাহৈনা তাকপিরম্মী মদুদি মীওইবখক্তা মাগী মাগী শাস্ত্রনা তৌ হায়বা কর্ম্মশিংনা মরম ওইদুনা মফম খুদীং শীনথুংবিবা পরমেশ্বরগী পূজা তৌজদুনা সিদ্ধি ফংজবা য়াই হায়খ্রে (পনখ্রবা ১৮/৪৬ তা)/ অসিগুম্না ভক্তিগীদমক্তদি ভগবান্না নুপী ওইবী, শূদ্র অমদি পাপকী মপোক পোক্লবা ফাওবগী অধিকারী ওই হায়না তাকপিরম্মী –

**মাং হি পার্থ ব্যপাশ্রিত্য যেঽপি স্যুঃ পাপযোনয়োঃ।**

**স্ত্রিয়ো বৈশ্যাস্তথা শূদ্রাস্তেঽপি যান্তি পরাং গতিম্।।**

(৯/৩২)

"হে অর্জুন! নুপী ওইবী, বৈশ্য, শূদ্র অমদি পাপযোনি চাণ্ডালনচিংবা কনা কনাগুম্বশিংনসু কৃষ্ণ ঐগোন্দা চঙজদুনা পরমগতিবু ফংজে।"

অতৈ অতোপ্পদসু ভগবাননা করিগুম্বা সাধন অমত্তংগী পাউতাক পীরম পীরম্বা খূদীংমক্তা সাধন সিমত্তংদি কনাগুম্বা অখন্নবা, বর্ণ, আশ্রম নত্রগা জাতিখক্কী অধিকারীনি, অতোপ্পশিংগী নত্তে হায়বসি খক্ তাকপিরমদে।

অসুম্না ওইরবসু নীংশিংনগদবদি, - কর্ম্ম খূদীংমক মীপূম খুদীংমক্লা তৌনীংঙাই ওইদে। মরম অসিনা ভগবান্না বর্ণ-ধর্ম্মদা য়াম্না কন্না তাইনরম্মী। বর্ণ অদুদা কর্ম্ম অদু তৌ হায়বা অদুখক মাগী তৌফম থোকপা কর্ম্মনি, অতোপ্পা বর্ণগী নত্তে। হায়রিবা ঋাফম অসি কাউদনা খল্লগা কর্ম্ম তৌগদবনি। অসিগুম্বা বর্ণ-ধর্ম্মনা মরম ওইদুনা অরেপ্পা কর্ত্তব্য কর্ম্মশিংবু মাগী মাগী অধিকার অমসুং অপাম্বগী মতুংইন্না মীওইবখক্তনা তৌজবা ঙমই। বর্ণ-ধর্ম্মগীদ নত্তনা মীওইবখক্লা ঙাক্লা চৎনীংঙাই ওইবা সদাচার, ভক্তি অসিনচিংবা সাধনবুদি খূদীংমক্লা তৌজবা য়াই।

কনাগুম্বনা অসূম্না খন্নে, - সাঙ্খ্যযোগ সাধনগী অধিকারদি সন্ন্যাসীখক্তগীনি, অতৈ আশ্রমদা লৈবশিংগী নত্তে। মসিসু লৌরুবা য়াবা ঋাফম ওইদে হায়না খল্লি। ভগবান্না সাংখ্যগী মিৎয়েংনসু লান তৌ হায়না তাকপিখিবা লৈ—

**অন্তবন্ত ইমে দেহা নিত্যস্যোক্তাঃ শরীরিণঃ।**

**অনাশিনোঽপ্রমেয়স্য তস্মাদ্যুধ্যস্ব ভারত।।**

(২/১৮)

"অসিগুম্বা মাঙবা নাইদবা, চাংদম্নিংঙাই ওইদবা, নিত্যস্বরূপ ওইবা জীবাত্মাগী হকচাং খিবিক অসিদি মাঙবা নাইবনি হায়খ্রে। মরম অসিনা হে ভরতবংশী অর্জুন! নহাক্লা লান তৌ।"

ভগবাননা করিগুম্বা সন্ন্যাসীখক্তনা সাংখ্যযোগগী অধিকারীনি হায়না লৌবিরম্লবদি, ইবুংঙো মহাক্লা মনাই অর্জুন্দা মিৎয়েংসিদা (সাঙখ্যযোগগী দৃষ্টিদা) লান শোক্লৌ হায়না কৈদৌঙৈদসু তাকপিরম্লোই। মরমদি সন্ন্যাস আশ্রমদা কর্ম্মখকপু থাদোকপা হায়না হায়খ্রে লানগুম্বা অকনবা কর্ম্মগী ঋাদি করি হায়গনি! অমরোমদা

অর্জুনদি সন্ন্যাসী ওইবসু নত্তে। মঙোন্দা ভগবাননা জ্ঞানীশিংগী মফমদা চৎলগা জ্ঞান তাঞ্জরুনবা ফাওবমক্কী ৱাফম তাকপিখিবনি —

**তদ্বিদ্ধি প্রণিপাতেন পরিপ্রশ্নেন সেবয়া।**

**উপদেক্ষ্যন্তি তে জ্ঞানং জ্ঞানিনস্তত্ত্বদর্শিনঃ ।।**

(৪/৩৪)

"অদুগুম্বা জ্ঞান অদু নহাক্না তত্ত্বদর্শী জ্ঞানীশিংগী মফমদা চৎলগা খঙজরু; মখোয়দা নীংথিজনা দণ্ডবৎ প্রণাম তৌজদুনা, মখোয়গী সেবা তৌজদুনা অমসুং লৌনম থাদোক্তুনা, ইচম চম্না হংজরুবদা পরমাত্মা তত্ত্ববু নীংথিনা খঙলবা জ্ঞানীশিংদুনা তত্ত্বজ্ঞান অদু তাকপিবক্কনি।"

অসিদা নত্তনা ৩শুবা অধ্যায়গী ৪শুবা শ্লোক্তা ভগবাননা সাংখ্যযোগগী সিদ্ধিদি সুপ্লগী কর্ম্মশিংগী মশকখক থাদোকপনা ওইদে হায়না তাকপিখ্রে। করিগুম্বা ভগবাননা সাঙ্খ্যযোগগী অধিকারীসি সুপ্নগী সন্ন্যাসীশিংখক্কীনি হায়না লৌরম্লবদি সাঙ্খ্যযোগদা কর্ম্মশিংগী মশক্তু থাদোকপা ওইনা তাকপিরমগনি। অদুগা কর্ম্মশিংগী মশক্তু থাদোকপখক্তনা সাঙ্খ্যযোগগী সিদ্ধি ওইদে হায়না তাকপিরম্লোইদবনি। অসিনত্তবা অধ্যায় ১৩শুবগী শ্লোক ৭শুবদগী ১১ শুবা ফাওবদা জ্ঞানগী সাধনশিং তাকপিখ্রিবা অদুদা সাধন অমত্তং স্ত্রী, পুত্র, ইচাক-ইরন, য়ুম-কৈ অসিনচিংবদা অপাম্বা ৱাখল অমদি ঈশাগী ওইবা থাদোক্লবসু তাকপিখ্রে - "আসক্তিরমভিষ্বঙ্গঃ পুত্রদারগৃহাদিষু" অসুম্না।

স্ত্রী, পুত্র, ইরল-ইথুম, ইয়ুম-ইকৈ অসিনচিংবগা লোয়ননা মশক নাইনা সম্বন্ধ ওইররবদা মখোয়দুগী মফমদা অপাম্বা অর্মদি ঐগীনিদো হায়বগী ৱাখল থাদোকচনবগী ৱাফম্নি হাযবা য়াই। সন্ন্যাস আশ্রমদা পূম্নমকসিগী মশক পূমথা থাবনি; অসিগুম্বা মতৌদা করিগুম্বা সন্ন্যাসীশিংতদা জ্ঞানযোগগী সাধনগী অধিকার ওইরবদি, মখোয়দা হায়রিবা পূম্নমকসিগী মফমদা আসক্তি অমসুং মমতাগী ৱাখল থাদোক্লবগী ৱাফমসি হায়রম্বগী কান্নরম্মোই।

অহুমশুবা ৱাফম্না অমুক - ১৮শুবা অধ্যায়দা অর্জুন্না অশেংবা সন্ন্যাস অমসুং ত্যাগকী মরীদা হঙ্গচরকপা অদুদা ভগবাননা সন্ন্যাসকী মহুত্তা সাংখ্যযোগগী বর্ণন তৌখি - (১৮/১৩-৪০)

পঞ্চৈতানি মহাবাহো কারণানি নিবোধ মে।
সাংখ্যে কৃতান্তে প্রোক্তানি সিদ্ধয়ে সর্ব্বকর্ম্মণাম্।।১৩।।
অধিষ্ঠানং তথা কর্ত্তা করণং চ পৃথগ্বিধম্।
বিবিধাশ্চ পৃথক্ চেষ্টা দৈবং চৈবাত্র পঞ্চমম্।।১৪।।
শরীর বাঙ্মনোভির্যৎ কর্ম্ম প্রারভতে নরঃ।
ন্যায্যংবা বিপরীতং বা পঞ্চৈতে তস্য হেতবঃ।।১৫।।
তত্রৈবং সতি কর্ত্তারমাত্মানং কেবলং তু যঃ।
পশ্যত্যকৃতবুদ্ধিত্বান্ন স পশ্যতি দুর্মতিঃ।।১৬।।
যস্য নাহংকৃতো ভাবো বুদ্ধির্যস্য ন লিপ্যতে।
হত্বাপি স ইমাঁল্লোকান্ন হন্তি ন নিবধ্যতে।।১৭।।
জ্ঞানং জ্ঞেয়ং পরিজ্ঞাতা ত্রিবিধা কর্ম্মচোদনা।
করণং কর্ম্ম কর্ত্তেতি ত্রিবিধঃ কর্ম্মসংগ্রহঃ।।১৮।।
জ্ঞানং কর্ম্ম চ কর্ত্তা চ ত্রিধৈব গুণভেদতঃ।
প্রোচ্যতে গুণ সংখ্যানে যথাবচ্ছৃণু তান্যপি।।১৯।।
সর্ব্বভূতেষু যেনৈকং ভাবমব্যয়মীক্ষতে।
অবিভক্তং বিভক্তেষু তৎজ্ঞানং বিদ্ধি সাত্ত্বিকং।।২০।।
পৃথক্ত্বেন তু যৎ জ্ঞানং নানা ভাবান্পৃথগ্বিধান্।
বেত্তি সর্ব্বেষু ভূতেষু তদ্‌জ্ঞানং বিদ্ধি রাজসম্।।২১।।
যত্তু কৃৎস্নবদেকস্মিন্ কার্য্যে সক্তমহৈতুকম্।
অতত্ত্বার্থ বদল্পং চ তত্তামসমুদাহৃতম্।।২২।।
নিয়তং সঙ্গরহিতমরাগ দ্বেষতঃ কৃতম্।
অফল প্রেপ্সুনা কর্ম্ম যত্তৎসাত্ত্বিকমুচ্যতে।।২৩।।
যত্তু কামেপ্সুনা কর্ম সাহংকারেণ বা পুনঃ।
ক্রিয়তে বহুলায়াসং তদ্রাজসমুদাহৃতম্।।২৪।।
অনুবন্ধং ক্ষয়ং হিংসা মনবেক্ষ্য চ পৌরুষম্।

মোহাদারভ্যতে কর্ম্ম যত্তৎতামসমুচ্যতে।।২৫।।
মুক্ত সঙ্গোঽনহংবাদী ধৃত্যুৎসাহসমন্বিতঃ।
সিদ্ধ্যসিদ্ধ্যোর্নির্বিকারঃ কর্ত্তা সাত্ত্বিক উচ্যতে।।২৬।।
রাগী কর্ম্মফল প্রেপ্সুর্লুব্ধো হিংসাত্মকোঽশুচিঃ।
হর্ষশোকান্বিতঃ কর্ত্তা রাজসঃ পরিকীর্ত্তিতঃ।।২৭।।
অযুক্তঃ প্রাকৃতঃ স্তব্ধঃ শঠো নৈষ্কৃতিকোঽলসঃ।
বিষাদী দীর্ঘসূত্রী চ কর্ত্তা তামস উচ্যতে।।২৮।।
বুদ্ধের্ভেদং ধৃতেশ্চৈব গুণতস্ত্রিবিধং শৃণু।
প্রোচ্যমানমশেষেণ পৃথক্ত্বেন ধনঞ্জয়।।২৯।।
প্রবৃত্তিং চ নিবৃত্তিং চ কার্যাকার্য্যে ভয়াভয়ে।
বন্ধং মোক্ষং চ যা বেত্তি বুদ্ধিঃ সা পার্থ সাত্ত্বিকী।।৩০।।
যয়া ধর্ম্মমধর্ম্মং চ কার্যং চাকার্য্যমেব চ।
অয়থাবৎ প্রজানাতি বুদ্ধিঃ সা পার্থ রাজসী।।৩১।।
অধর্ম্মং ধর্ম্মমিতি যা মন্যতে তমসাবৃতা।
সর্ব্বার্থান্ বিপরীতাংশ্চ বুদ্ধিঃ সা পার্থ তামসী।।৩২।।
ধৃত্যা যয়া ধারয়তে মনঃ প্রাণেন্দ্রিয় ক্রিয়াঃ।
যোগেনাব্যভিচারিণ্যা ধৃতিঃ সা পার্থ-সাত্ত্বিকী।।৩৩।।
যয়া তু ধর্ম্মকামার্থানধৃত্যা ধারয়তেঽর্জুন।
প্রসঙ্গেন ফলাকাঙ্ক্ষী ধৃতিঃ সা পার্থরাজসী।।৩৪।।
যয়া স্বপ্নং ভয়ং শোকং বিষাদং মদমেব চ।
ন বিমুঞ্চতি দুর্মেধা ধৃতিঃ সা পার্থতামসী।।৩৫।।
সুখং ত্বিদানীং ত্রিবিধং শৃণু মে ভরতর্ষভ।
অভ্যাসাদ্রমতে যত্র দুঃখান্তং চ নিগচ্ছতি।।৩৬।।
যত্তদগ্রে বিষমিব পরিণামেঽমৃতোপমম্।
তৎসুখং সাত্ত্বিকং প্রোক্তমাত্মবুদ্ধিপ্রসাদজম্।।৩৭।।

বিষয়েন্দ্রিয় সংযোগাদ্যত্তদগ্রেঽমৃতোপমম্।
পরিণামে বিষমিব তৎসুখং রাজসং স্মৃতম্॥৩৮॥
যদগ্রে চানুবন্ধে চ সুখং মোহনমাত্মনঃ।
নিদ্রালস্য প্রমাদোত্থং তত্তামসমুদাহৃতম্॥৩৯॥
ন তদস্তি পৃথিব্যাং বা দিবি দেবেষু বা পুনঃ।
সত্ত্বং প্রকৃতি জৈর্মুক্তং যদেভিঃ স্যাত্ত্রিভির্গুণৈঃ॥৪০॥

"হে মহাবাহো! কর্ম্মখিবিক্কী সিদ্ধিগী হেতুমঙাখক কর্ম্মশিংগী অরোইবা তান্নবগীদমক উপায় তাকপিরিবা সাঙ্খ্য শাস্ত্রদা হায়খ্রবশিংদো নহাক্লা কৃষ্ণ ঐঙোন্দগী নীংথিনা খঙজহৌরো।১৩। কর্ম্মশিংগী সিদ্ধি তানবদা কর্ম্ম তৌফম অমসুং মপু অমদি করণ মখল মখল অদুদগী অমুকসু মখল-মখা অয়াম্বা তোঙান-তোঙানবা চেষ্টা (থৌরাং) শিং অমসুং অসিগুম্না মঙাশুবা হেতুনা দৈবনি।১৪। মীওইবনা পূক্লিংনা, ব্রাঙাং-খোন্দানা, অমসুং হকচাংনা শাস্ত্রগী মতুং ইন্না নত্রগা ওন্ন-তৈননা অদুক কর্ম্ম তৌজরিবা অদুগী মঙাসিনা কারণনি।১৫। অদুবু, অসূম্না ওইরবসু মী অদুনা মবুদ্ধি শেংজদবা মবমনা বিষয়সিদা হায়বদি কর্ম্মশিংবু তৌজবদা সূপ্নগী শুদ্ধস্বরূপ আত্মাবু মপুনি খল্লিবা অদুগুম্বা অমকপা বুদ্ধিচেনবা জ্ঞান লৈতবা মহাক্তো অরেপ্পা মশক খঙজদে।১৬। নিপা অদুগী থম্মোয়দা 'ঐ মপুনি' হায়বা ব্রাখলসি চেন্দ্রবা অমদি মহাক্কী বুদ্ধিনা সংসাবগী পোৎলমশিংদা অমসুং কর্ম্মশিংদা মপূক্লিং লুপত্রবা নিপা অদো লোক পূম্নমকপু হাৎলবসু তশেংবমক হাৎপা ওইদে অমসুং পাপসু পুদে।১৭। খঙজবা, খঙনবা অমসুং খঙনিংঙাই ওইবা অসূম্না কর্ম্মগী থৌইনশিন মখল অহুমসিনি অমসুং কর্ত্তা (থৌবু), কবণ (থৌরম) অমদি ক্রিয়া (থৌদৌরোন) - অসূম্না কর্ম্ম সংগ্রহ মখল অহুমসিমনি।১৮। গুণশিংগী মশীং থারিবা শাস্ত্রদা জ্ঞান অমসুং কর্ম্ম অমদি কর্ত্তাসি গুণশিংগী খেন্নবদগী মখল অহুম অহুম থোক্লা খায়। হায়রিবা মখোয় অদুবুসু নহাক্লা ঐঙোন্দগী নীংথিনা তাসি।১৯। অদুগুম্বা জ্ঞাননা মীওইবনা তোঙান-তোঙানবা জীবশিংদা মাঙবা তাবা নাইদ্রবা পরমাত্ম-ভাববু তোখাইনা লৈতবা চপ মান্নবা ভাবতা লৈবনি হায়না উবা জ্ঞান অদুদি সাত্ত্বিক জ্ঞাননি খঙজৌ।২০। অদুবু, জ্ঞান অদুনা হায়বদি মানা মরম ওইদুনা মীওইবনা জীব খিবিক্তা তোঙান-তোঙানবনি খল্লুরিবা জ্ঞানদুবু নহাক্লা রাজসনি খঙও।২১।

অদুগা, অদুগুম্বা জ্ঞানন অমত্তা ওইবা কার্য্যরূপ শরীরখক্তা পুল্লপ পূন্না পামজবা শাবা অমদি মহাক্কা খন্ন-নৈনদবা অচেৎপা অর্থ য়াওদবা অমসুং করিসু ওইদ্রবা অদুনা তামসনি হায়না হায়খ্রে।২২। শাস্ত্রবিধিনা লেপ্পগা তৌবা অমসুং মপু শাবগী নাপন য়াওদ্রবা অমদি মহয় পামজদ্রবা পুরুষনা রাগ-দ্বেষ য়াওদনা তৌজবা অদুনা সাত্ত্বিক কর্ম্মনি হায়খ্রে।২৩। অদুগা, য়াম্না থৌরাং চাউনা তৌবা অমদি মচাক মরণ পাম্বা মীওইনা তৌজবা কর্ম্মদো অদুনা রাজস হায়না কৌই।২৪। পোলোইগী মাঙনিংঙাইগী, হিংসাগী অমসুং তৌবঙম্বগী বিচার তৌদনা সুপ্পগী জ্ঞান য়াওদনা হেক্তা হৌদোকপা কর্ম্ম অদুনা তামস হায়না কৌই।২৫। মপু অদুনা মুক্ত সঙ্গ (মশানা অপাম্বনচিংবা খন্দ্রবা), নাপন তৌবগী ৱাঙাং ঙাঙদ্রবা, মবুক তপ্পবা অমসুং হৈনীংবা মতৌ চেনবা অমদি কর্ম্মসিদ্ধ ওইবা অমসুং ওইদবদা হরাউবা অমসুং ৱাবগী ৱাখল লৈত্রবা মহাক অদো সাত্ত্বিকনি হায়নৈ।২৬। মপু অদুনা অপাম্বা ৱাখল থম্ম, কর্ম্মশিংগী মহৈবু পামজবা অমসুং ওইজতানবা অমদি মীবু ৱাহন্নীংবা পুকচেন চেনবা, মচৎ শেংদ্রবা, অৱা-নুংঙাইদা মপুক্লিং লূপ্পবা মহাক অদো রাজসনি হায়রি।২৭। মপু অদুনা অযুক্ত (হৌন-খঙদ্রিবা), তমদ্রিবা, অফাওবা শাবা, মরৈ তৌবা অমসুং অতোপ্পগী পুন্সি মাঙহনবা অমদি ৱারবা, অতনবা অমসুং হোয়শাংনবা অদুনা তামস কর্ত্তা কৌই।২৮। হে ধনঞ্জয়, হৌজিক নহাক্কা বুদ্ধি অমসুং ধৃতিগী গুণশিংগী মতুং ইন্না খেন্নবা মখল অহুম ঐহাক্কা মপৃং ফানা বিভাগকা লোয়ননা হায়রক্লিবসি তাসি।২৯। হে পার্থ! অদুগুম্বা বুদ্ধিনা প্রবৃত্তিমার্গ অমসুং নিবৃত্তিমার্গবু তৌগদবা অমসুং তৌরোইদববু, অকিবা অমসুং কিদববু অমদি অপুনবা অমসুং অরা:নববু লেপ্পা খঙজবা বুদ্ধি অদো সাত্ত্বিকনি।৩০। হে পার্থ! মীওইবনা বুদ্ধিদুনা মরম ওইদুনা ধর্ম্ম অমসুং অধর্ম্মবু অমদি তৌগদবা অমসুং তৌরোইদববু অরেপ্পা ওইনা খঙজদবা বুদ্ধিদো রাজসীনি।৩১। হে অর্জুন! তমগুণনা তা:রবা বুদ্ধি অধর্ম্মবু 'ধর্ম্মনি' হায়না খল্লবা অদুগা মাগী অসূম্না অতৈ পোৎলম খিবিক্তসু ওন্ন-তৈননঙাক খনবা বুদ্ধি অদো তামসীনি।৩২। হে পার্থ! অদুগুম্বী মচৎ চুন্নবী ধারণ শক্তিনা মীওইবনা ধ্যানযোগনা মরম ওইদুনা পৃক্লিং, থৱায় অমসুং ইন্দ্রিয়শিংগী ক্রিয়াশিংবু ধারণ তৌজবা মহাক অদো সাত্ত্বিকী ধৃতিনি।৩৩। অদুগা, হে পার্থ! মহৈ পামজবা মীওইনা অদুগুম্বা ধারণ শক্তিনা মরম ওইদুনা য়াম্না পামজনা ধর্ম্ম অর্থ অমসুং কাম খিবিকপু ধারণ তৌজবা 'ধারণ শক্তি' অদুনা রাজসীনি।৩৪। হে পার্থ! ফত্তবা বুদ্ধি চেনবা মীওইনা

ধারণ শক্তিদুনা মরম ওইদুনা তৃমনীংবা, অকিবা, চিন্তা অমসুং অৱাববু ময়াই কাবা মতৌবুসু থাদোক্তবা হায়বদি ধারণ তৌদুনা লৈবা ধারণ শক্তিদো অদুনা তামসীনি।৩৫। হে ভরত শ্রেষ্ঠ! হৌজিক নুংঙাইবা মখল অহুম্মু নহাক্কা ঐঙোন্দগী তারো। অদুগুম্বা নুংঙাইবদা সাধন তৌজবা মীওইনা ভজন ধ্যান অমসুং সেবানচিংবগী অভ্যাসনা নুংঙাইজবা, অদুগা মহাক অৱাবা পূমলেন লেল্লবা।৩৬। অদুগুম্বা মনুংঙাইদো অদুনা হৌরকপা কালদা হূগুম্মা খল্লবসু, পোলোইদদি অমৃতগা মান্নবা ওইবা মরম্মা পরমাত্মবিষয়দা চঙবা বুদ্ধিগী নুংঙাইজবা অদুদগী পোকপা নুংঙাইবা অদো 'সাত্ত্বিকসুখ' কৌই হায়রি।৩৭। অদুগুম্বা নুংঙাইবনা বিষয় অমসুং ইন্দ্রিয়গী সংযোগদগী ওইবা মদুমক অহানবদা ভোগ তৌবিঙৈ (চাজরিঙৈ) মতমদা অমৃতগা মান্ননা খল্লবসু পোলোইদা হূগা মান্নবা মরম্মা, মদুবু রাজসসুখ হায়না নীংশিংগনি।৩৮। অদুগুম্বা নুংঙাইবদু ভোগ তৌবিঙৈদা অমদি পোলোইদসু আত্মাবু শুস্কৎনীংঙাই ওইবা অদুগুম্বা তৃমগনবা, অতনবা অমসুং ময়াই কাবদগী পোকপা নুংঙাইবা অদুনা তামস হায়না কৌএ।৩৯। পৃথিবীদা নত্রগা আকাশতা নত্রগনা দেবতাশিংগী মনুংদা অমদি মখোয়সিদা নত্তনা প্রকৃতিদগী পোকপা গুণ অহুম অসি চেন্দবা সত্ত্ব কদাইদসু লৈরোই।৪০।"

গীতাদা সন্ন্যাস আশ্রমগীদি কদাইদসু ইবম্বা লৈতে। করিগুম্বা ভগবাননা সন্ন্যাস শব্দনা সন্ন্যাস আশ্রম্মু খঙহন্নীংলবা নত্রগা সন্ন্যাসীশিংখক্কা সাঙখ্যযোগগী অধিকারীনি হায়না লৌববদি মতাং অসিদা শোয়দনা মসিগী ব্রাহ্মণ শেংনা পনবিবমগদবনি। হায়বিবা ব্রাহ্মণশিং অসিদগী মসি শেংলবা প্রমাণ ওইরে হাযবা যারে মদুদি সাঙ্খ্যযোগগী অধিকারসি সন্ন্যাসী, গৃহস্থ পূম্নমক্তা চপ মান্ননা লৈ। অওইবমক, চুম্লবা ব্রাহ্মণ অসিমদি শোযদ্রে মদুদি সাংখ্যযোগগী সাধন তৌজনবগীদমক সন্ন্যাস আশ্রমদনা খুদোং চাবা হেল্লি হায়বা মিৎয়েং অসোমদা আশ্রম অসিবু গৃহস্থাশ্রমগা য়েংনবদা সাংখ্যযোগগী সাধনগীদমক্তা থাঙ্গেশেংবমক মতীক চায় হাযবা য়াই।

কর্ম্মযোগগী সাধনদা কর্ম্মনা মরু ওইবা মতৌ ওই অমসুং মশাগী কর্ম্মগী হৌনবা বিহিত কর্ম্ম তৌনবগী থোইদোকপা মওংদা তাকপিরি -

**নিয়তং কুরু কর্ম্ম ত্বং কর্ম্ম জ্যায়ো হ্যকর্ম্মণঃ।**

**শরীরযাত্রাপি চ তে ন প্রসিদ্ধ্যে দকর্ম্মণঃ।।**

(৩/৮)

"নহাক্না শান্তনা তৌ হায়বা কর্ম্ম তৌজৌ, মরমদি কর্ম্ম তৌদবগা য়েংনবদা কর্ম্ম তৌবনা অথোইবা ওই অমদি কর্ম্ম তৌদবদগী নহাক্কী নশা লেঞ্জবসু মপূংফানা ঙক্লোই।"

**স্বে স্বে কর্ম্মণ্যভিরতঃ সংসিদ্ধিং লভতে নরঃ।**

**সকর্ম্ম নিরত সিদ্ধিং যথা বিন্দতি তচ্ছৃণু।।**

(১৮/৪৫)

"মাগী-মাগী হৌনশা কর্ম্মশিংদা মপূক্লিং চেৎনা চঙখ্রবা মীওইনা ভগবানবু ফংজবা ওইবা থোইদোকপা সিদ্ধিবু ফংজবা বিধিদো নহাক্না তাঃজৌ।"

মথক্তসু পনখ্রে (১৮/৪৬ তা) "অদুগুম্বা পরমেশ্বরদগী থব্রায় পানবা পুম্নমক পোকচরিবা অমসুং মঙোন্দগী জগত পূম্নমক শন্দোক্লিবা পরমেশ্বর মহাক অদুবু মশাগী হৌনশা কর্ম্মশিংনা মরম ওইদুনা পূজা তৌরগা মীওইবনা পরমসিদ্ধি ফংজৈ।"

থোইদোক্লদুম মসিগী মশক থাদোকপা হায়বসি অপনবনি (বাধকনি) হায়বি (পনখ্রবা ৩/৪ দা)। মরম অসিনা সন্ন্যাস আশ্রমদা কর্ম্ম প্রধান কর্ম্মযোগগী মচৎ শেম্বা য়ারোই। মরমদি মসিদা দ্রব্য অমদি যজ্ঞ দাননচিংবা কর্ম্মশিংগী মশক থাঃরবনি। অদুবু ভগবানগী ভক্তিদি আশ্রম খূদীংমক্তা তৌবা য়াই। মরম অসিনা ভক্তি প্রধান কর্ম্ম যোগদি আশ্রম খূদীংনা তৌনবা য়াই।

মীওই খরদা অসিগুম্বা শেরান্নবসি শন্দোকপা য়াওই মদুদি গীতা হায়বা অসিদি সাধু সন্ন্যাসীশিংগী মথৌনি, গৃহস্থশিংগী কান্নবা পোৎ নত্তে। মরম অসিনা মখোয়দুনা অঙাংশিংদা গীতাবু কিনদুনা ইতম তম্বিদে মদুদি মসি তম্লগা মখোয়না গৃহস্থ থাদোকখিগনি। অদুবু মখোয়না অসূম্না খল্লুবদু ইরাল-লানবনি। মসি মথক্তা ফোংদোকখ্রবনি। মখোয়না মসি খঞ্জদে মদুদি ভাব তাদবা মরম্না মশাগী ক্ষত্রিয় ধর্ম্মদগী মায় ওল্লগা ভিক্ষাগী চেঙনা লেঞ্জরগে হায়না থৌরাং তৌখ্রবা অর্জুন্না অসিগুম্বা পরম রহস্যময় (থোইদোকপা লোম্নুপকী মশক ওইবা) গীতাগী পাউতাক্তগী পুক্সিচুপ্লা গৃহস্থদা লৈরগা মশাগী মথৌ ঙাকখিবা গীতা হায়বা শাস্ত্রসিগী ওন্নতৈনবা পোলোই কমদৌনা ওইগদগে! গীতাগী পাউতাক্লরিবা স্বয়ং ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা পৃথিবীসিদা অবতার তৌদুনা লৈবিরিঙৈ মতমদু ফাওবদা ইতত্তত্তনা কর্ম্ম তৌদুনা লৈখিবা, সাধুশিংবু ঙাকপিবা অমসুং ফত্তবশিংবু মাঙহনবিদুনা উদ্ধার

তৌবিখিবা অমসুং ধৰ্ম্ম লিংখৎপিখিবা নত্তবরা? ইবুংঙো মহাক্লা অসিফাওবা তাকপিরম্বা নত্রা, করিগুম্বা কৃষ্ণ ঐনা চোকশিন্না কৰ্ম্ম তৌদ্রবদি মীয়াম্মা ঐবু য়েংনরিঙৈদা কৰ্ম্মখিবিক থাদোক্তুনা অতনবা ওনগ্রগনি অমসুং মতৌ অসূম্না লোক্কী মর্য্যাদা (লেমজনফম) পুমথু থুগাইবগী দায়িত্ব ইথক্তা তাগনি তাকপিরম্মী-

**যদি হ্যহং ন বৰ্ত্তেয়ং জাতু কৰ্ম্মণ্যতন্দ্রিতঃ।**

**মম বৰ্ত্মানুবৰ্ত্তন্তে মনুষ্যাঃ পাৰ্থ সৰ্ব্বশঃ॥**

**ওৎসীদেয়ুরিমে লোকা ন কুর্য্যাং কৰ্ম্ম চেদহম্।**

**সঙ্করস্য চ কৰ্ত্তা স্যামুপহন্যামিমাঃ প্রজাঃ॥**

(৩/২৩,২৪)

"হে পার্থ! কবিগুম্বা ঐনা চেকশিন্না কৰ্ম্ম তৌদুনা লেন্দ্রবদি য়াম্না মাঙহৌবনি, মবমদি মীওইবদি ঐগী লম্বী মখল খুদীংমক তুংইল্লিবনি॥ মরম অসিনা ঐনা কৰ্ম্ম তৌদ্রবদি মীপূম খূদীংমকসি মাঙহৌদৌরবনি অমসুং ঐহাকসি সঙ্কবতা (মুংনবা মতৌ) ওইনা তৌবা তাহৌবনি অমসুং প্রজাপূম্বা মাঙনবা তৌবা তাগনি।"

গীতা হায়বসি সন্ন্যাসীশিংগী নত্তে হায়বা অর্থ বোমদসু নত্তে। গীতাদি বর্ণাশ্রম খূদীংমক্কীনি। খূদীংমক্লা মাগী-মাগী বর্ণ আশ্রমগী কৰ্ম্মশিংবু তৌজদুনা সাঙ্খ্য নত্রগা যোগ অনীমক্তগী অপাম্বা নিষ্ঠা অমত্তংতনা অধিকারগী মতুংইন্না সাধন তৌজবা য়াই। ❑

# ৯ - গীতাদা ভক্তি

গীতাদা ভক্তি, জ্ঞান, কর্ম্মগী ওইবা বিষয় খিবিক্কী পাক-চাউনা নৈনখ্রে; মার্গ খুদীংমক্তা চচ্চরুবশিংদা থোইদোকপা সামগ্রী (কান্নপোৎ) কয়া ফংনবা য়াবা লৈ। তৌইগুম্বসুং, অর্জুন হায়বসি ভগবানগী ভক্ত অমনি। অদুনা বিষয় খুদীংমক নীংথিনা খঙহল্লদুনা, মদুবু মশানা চচ্চৌ হায়না আজ্ঞা পীরকপা মতমদা ভগবান্না মনাই অর্জুন্দা ভক্তি প্রধান কর্ম্মযোগগী পাউতাক পীবি, - (পনখ্রবা ৩/৩০; ৮/৭; ১২/৮; ১৮/৫৭,৬৫, ৬৬ তা অমসুং ১৮/৬২ দসু)–

**তমেব শরণং গচ্ছ সর্ব্বভাবেন ভারত।**

**তৎ প্রসাদাৎ পরাংশান্তিং স্থানং প্রাপ্স্যসি শাশ্বতম্।।**

(১৮/৬২)

"হে ভারত! নহাক মরম খুদীংমক্তা পরমেশ্বর হায়বদুগী চঙজফমদা চংজৌ। পরমাত্মাদুগী কৃপানা নহাক থোইদোকপা শান্তি অমদি সনাতন পরমধামদো ফংজগনি।"

করি-করিগুম্বদা সূপ্নগী কর্ম্ম তৌজনবগী তাকপিবশ্মী - (পনখ্রবা ২/৪৮, ৫০; ৩/৮,১৯; ৪/৪২ দা অদুগা ৩/৯; ৬/৪৬; ১১/৩৩,৩৪ দসু পল্লি)

**যজ্ঞার্থাৎ কর্ম্মণোঽন্যত্র লোকোঽয়ং কর্ম্মবন্ধনঃ।**

**তদর্থং কর্ম্ম কৌন্তেয় মুক্তসঙ্গঃ সমাচর।।**

(৩/৯)

"যজ্ঞগী ওইনা তৌনবা কর্ম্মশিংদগী তোঙানবা অতোপ্পা কর্ম্মশিংদা চঙ্শিল্লুবমক্তা মীওইবা ময়ামসিবু কর্ম্ম খিবিক্কা পুল্লিবনি। মরম অসিনা হে অর্জুন! নহাক্কা অপাম্বা ব্রাখল থাদোক্তুনা অদুগুম্বা যজ্ঞগীদমক্তা নীংথিনা কর্ত্তব্য কর্ম্ম তৌজৌ।"

**তপস্বিভ্যোঽধিকো যোগী জ্ঞানিভ্যোঽপি মতোঽধিকঃ।**
**কর্ম্মিভ্যাশ্চাধিকো যোগী তস্মাদ্যোগী ভবার্জুন।**

(৬/৪৬)

"যোগীদি তপস্বীশিংদগীসু হেল্লি, শাস্ত্রজ্ঞানীশিংদগীসু হেল্লি হায়না লৌই অদুগা সকাম কর্ম্ম তৌজবশিংদগীসু যোগীনা মহেল্লি। মরম অসিনা হে অর্জুন! নহাক যোগী ওইজৌ।"

**তস্মাত্ত্বমুত্তিষ্ঠ যশো লভস্ব**
**জিত্বা শত্রূন্ ভুঙ্ক্ষ্ব রাজ্যং সমৃদ্ধম্।**
**ময়ৈবৈতে নিহতাঃ পূর্ব্বমেব**
**নিমিত্তমাত্রং ভব সব্যসাচিন্।।**
**দ্রোণং চ ভীষ্মং চ জয়দ্রথং চ**
**কর্ণং তথান্যানপি যোধবীরান্।**
**ময়া হতাংস্ত্বং জহি মা ব্যথিষ্ঠা।**
**যুধ্যস্ব জেতাসি রণে সপত্নান্।।**

(১১/৩৩,৩৪)

"মরম অসিনা নহাক হৌগৎলু। মিংচৎ ফংজৌ অমসুং য়েক্লবশিংবু জয় তৌদুনা লন থুম চেল্লবা লৈবাক ফংজৌ। অকল-অথৌ খ্বিবিক অসে হান্ননা ঐনা হাৎখ্রবনি। হে সব্যসাচিন্! নহাক্তি সৃপ্নগী মশক নাইবখক ওইজৌ।। দ্রোণাচার্য্য অমসুং ভীষ্মপিতামহ অমদি জয়দ্রথ অমসুং কর্ণ অমদি অতৈ কয়া অমসু ঐনা হাৎখ্রবা লান্মী অকল অথৌ ময়াম অসিবু নহাক্না হাৎচৌ। কিরুগনু। চিংনবা লৈতনা নহাক্না লান্দা য়েক্লবশিংবু জয় তৌগনি। মরম অসিনা লান তৌ।"

হায়রিবসিদ নত্তনা ভক্তিগী ওইবা অতৈ মফমশিংদসু খনগৎনীংঙাই লৈরি। পনখ্রবা ৪শুবা অধ্যায়গী ৩৪শুবা শ্লোক্তা ভগবান্না অর্জুনবু জ্ঞানীশিংগী মনাক্তা চৎলগা জ্ঞান তমজরুনবগী য়াথং পীখি। মদুসু জ্ঞান ফংনবগী প্রণালী তাকপিবা অমদি অর্জুনবু ভাব তাহনগে হায়বগীদমক্তি। থাঙ্গৈশেংবা ভগবানগী ৱাখল্না অর্জুনবু জ্ঞান তম্বিনবগীদমক কনাগুম্বা জ্ঞানীগী মনাক্তা থানবগী ৱা নৎলমদে অমসুং অর্জুন্না চৎলগা থৌরাং অসিনা করিগুম্বদা জ্ঞান তমখিবসু লৈতে।

হৌবা-লোইশিনবগী পরিং য়েংলুরবসু গীতাগী অরোইবসি শরণাগতি (চংজবা) হায়বসিখক্তি লৌনরি। অসুম্নবুদি 'অশোচ্যানন্বশোচস্তুম্' (২/১১) 'নহাক্না ৱারুনীংঙাই ওইদ্রবা মীওইশিংগীদমক ৱাবিরি' হায়না হৌরকই। তৌইগুম্বসুং হৌরকপা অসিগী মরু "কার্পণ্য দোষোপহতস্বভাব:" (২/৭)' নিপা থোক্তবা অয়ম্বা মতৌ ওইবা দোষনা অমাঙবা ৱাখল চেল্লবা (ননাই) হায়বা অর্জুনগী ৱাঙাং অসিদা 'প্রপন্নম্' হায়বা পদসিনা চঙজবগী ভাব ফোংদোকই। মরম অসিনা 'সর্ব্বধর্ম্মান্ পরিত্যজ্য' (১৮/৬১) 'ধর্ম্ম খিবিক হায়বদি কর্ত্তব্যকর্ম্ম খিবিকপু কৃষ্ণ ঐঙোন্দা থাদোক্লগা' হায়বসিনা মরম ওইদুনা ভগবাননা শরণাগতিখক্তদা ইবুংঙো মাগী পাউতাক্কী অরোইবসু ওইখি।

গীতাগী অদুগুম্বা অধ্যায়দা ভক্তিগী মতাং করিমতা য়াওদে হায়বসি অমত্তা য়াওদে। খুদম ওইনা অনীশুবা অধ্যয়গী ৬১শুবা, ৩শুবা অধ্যায়গী ৩০ শুবা, ৪শুবগী ১১, ৫শুবগী ২৯, ৬শুবগী ৪৭, ৭শুবগী ১৪, ৮শুবগী ১৪, ৯শুবগী ৩৪, ১০শুবগী ৯, ১১শুবগী ৫৪, ১২ শুবগী ২, ১৩ শুবগী অহানবা (মসিদা জ্ঞানযোগ ব্যবস্থিতি:' 'তত্ত্বজ্ঞানগীদমক ধ্যান যোগদা তত্তনা চেৎনা লৈজবা' হায়বা পদনা মরম ওইদুনা ভগবৎধ্যানগী ওইবা ৱাফম পল্লি। ১৭শুবা অধ্যায়গী ২৭শুবা অমসুং ১৮ শুবা অধ্যয়গী ৬০শুবা শ্লোক য়েংবিগদবা ওই।

মতৌ অসূম্না অধ্যায় খৃদীংমক্তা ভক্তিগী মতাং য়াওই। ৭শুবা অধ্যায়দগীনা ১২শুবা অধ্যায় ফাওবদি ভক্তিযোগগী প্রকরণনা পিক-থল্লি। মরম অসিনা অধ্যায় তরুক অসিবু ভক্তিপ্রধান হায়না লৌনরি। খুদমগী মশক লৌদুনা অধ্যায় খৃদীংমক্কী ওইবা শ্লোক অমমমদং লৌখৎচরুবনি।

জ্ঞানগা য়ান্নবা শ্লোকসু অয়াম্বা অধ্যায়শিংদা থেংনৈ। খুদমওইনা - ২শুবা অধ্যায়গী ২৯শুবা শ্লোক, ৩শুবগী ২৮ শুবা, ২ শুবগী ২৪, ৫শুবগী ১৩, তরুক শুবগী ২৯, ৮ শুবগী ১৩, ৯গী ১৫,১২গী ৩, ১৩গী ৩৪, ১৪ গী ১৯ অমসুং ১৮শুবা অধ্যায়গী ৪৯শুবা শ্লোক য়েংবিগদবা ওই। মখোয়শিংসিগী মনুংদসু ৩শুবা, ৪শুবা, ১৩, ১৪ অমদি ১৮শুবা অধ্যায়শিংদা জ্ঞান পরক-শ্লোক য়াম্না হেন্না থেংনৈ।

গীতাদা অসূম্না ভক্তি অমসুং জ্ঞানগী রহস্য (অথূপ-অরোন্বা) নীংথিজনা ফোংদোকই। মতৌ অসিগুম্না কর্ম্মশিংগী রহস্যসু নীংথিনা ফোংদোকই। ২শুবা

অধ্যায়গী ৩৯ শুবদগী ৫৩ শুবা শ্লোক ফাও ৩শুবগী ৪শুবা শ্লোকতগী ৩৫শুবা ফাও, ৪শুবা অধ্যায়গী ১৩শুবা শ্লোকতগী ৩২শুবা ফাও, ৫শুবা অধ্যায়গী অনীশুবদগী ৭শুবা শ্লোকফাও অমদি ৬শুবা অধ্যায়গী অহানবা শ্লোকতগী ৪শুবফাওবদা কর্ম্মশিংগী রহস্যনা মপূংফানা থল্লি। মখোয়সিগী মনুংদসু ২শুবা অধ্যায়গী ৪৭ শুবা অমদি ৪শুবগী ১৬শুবদগী ১৮শুবা ফাওবগী মনুংদা কর্ম্ম খিবিক্কী রহস্যগী থোইদোকপা মওংদা নৈনরি। অসিদ নত্তনা অতোপ-অতোপ্পা অধ্যায়শিংদসু কর্ম্মশিংগী বর্ণন তৌই।

পাকথোক শাংদোকখিগনি কিবনা থোইনা প্রমাণ পীজদ্রবনি। মসিদা খণ্ডননীংঙাই ওইবদি-গীতাদা সূপ্পগী ভক্তিখক্কী বর্ণন তৌদে; জ্ঞান, কর্ম্ম অমসুং ভক্তি অহুম্মকসিগী পূন্না ফোংদোকই। 🕮

# ১০ - সগুণ-নির্গুণগী উপাসনা অমসুং তত্ত্ব

মথক্তা পঞ্জখ্রবা 'পরমাত্মাগী উপাসনাসি ভেদদৃষ্টি (আত্মা-পরমাত্মা তোঙান্নে হায়বগী মিৎয়েং) দা তৌজবা নত্রগা অভেদদৃষ্টি মহয় অমখক্তনি' হায়বসি কমদৌনা হায়রিবনো? মরমদি ভেদোপাসক (তোঙান্নে হায়বগী মিৎয়েংদা লাচ্চবা মী) দদি ভগবান্না সাকাররূপ্তা দর্শন পীনবি অমসুং হকচাং থাদোক্লবা মতুংদা মহাক্না ইবুংঙো মাগী পরমধামদা চঞ্চে। অদুগা অভেদোপাসক (তোঙান্দে হায়না লাচ্চবা মী) দনা মশামক ব্রহ্মরূপ ওইজে। মহাক কদাইদসু চখোক চৎশিন তৌদে ) মসিগী মরম অসূম্না খন্ননীংঙাই ওই মদুদি মথক্তা পনখ্রিবা অসিসু অচূম্বনি অদুগা হংনরক্লিবা ৱাফমসিসু অচূম্বনি। অনীমক অমহা ওইরিবসি কমদৌননো হায়বদু হৌজিক খন্নরসি –

সাধনগী মতমদা সাধকনা অদূগুম্বা ৱাখল অমসুং থাজনা খঞ্জরগা পরমাত্মাগী উপাসনা তৌজবা মঙোন্দা নীংজখিবা ৱাখল অদুগী মতুং ইন্না পরমাত্মাবু ফংজে। মখোয় অদুনা তোঙান্দে হায়বা মওংদা হায়বদি মশাবু পরমাত্মাদগী তোঙান্দে হায়না খঞ্জরগা পরমাত্মাগী উপাসনা তৌজবা মখোয়দুদা অভেদরূপ পরমাত্মাবু ফংজে। অদুগা তোঙান্নে হায়বা মওংদা ভগবানবু ভজন তৌবা মখোয়দুদনা তোঙানবা মওংদা ইবুংঙো মানা দর্শন পীনবি। সাধক্কী লেপচবা মতুংইন্না পরমাত্মাবু তোঙান-তোঙানবা মওংদা ফংনৈ।

ভেদোপাসনা অমদি অভেদোপাসনা - অনীমক ভগবানগী উপাসনা ঙাক্লি। মরমদি পরমাত্মা হায়বা অসিদি সগুণ নির্গুণ সাকার নিরাকার ব্যক্ত-অব্যক্ত- (ফোংদোকপা - ফোংদোক্তবা) পূম্নমক লোইননি। নিপা অদুনা পরমাত্মাবু নির্গুণ নিরাকার (মশক মগুণ ফোংদোক্তবনি) হায়না খঞ্জবা মখোয়দা ঈশ্বরনা নির্গুণ নিরাকার অদুম ওইবি। হায়বি –

**যে ত্বক্ষরমনির্দেশ্যমব্যক্তং পর্য্যুপাসতে।**
**সর্ব্বত্রগমচিন্ত্যং চ কূটস্থমচলং ধ্রুবম্।।**
**সংনিয়ম্যেন্দ্রিয় গ্রামং সর্ব্বত্র সমবুদ্ধয়ঃ।**
**তে প্রাপ্নুবন্তি মামেব সর্ব্বভূতহিতে রতাঃ।।**

(১২/৩,৪)

"মীশিং অদুনা ইন্দ্রিয় খিবিক্কী মপৈবু নীংথিনা খুদুম চঞ্জরগা পূক্লিং লৌশিংগী ৱাংমদা ওইনা অমসুং মতম লৈবখিবিক্তা চপ মান্নবা ওইনা লৈবিবা, অরেপ্পা ওইবা লেঙদবা, মশক নাইদবা, অমাঙ-অতা লৈতবা সৎ-চিৎ আনন্দনা ঘনীভূত ওইবা ব্রহ্মবু অতৎপা লৈতনা ৱাখল অমত্তা ওইনা ধ্যান তৌজদুনা শকচ-শোঞ্জবা মখোয় অদুনা জীব পূম্নমক্কী ফনবদা তত্তনা শোল্লবা অমসুং পূম্নমক্তা চপ মান্নবা ৱাখল চেল্লবা যোগীনা ভগবান ঐবু ফংজে।"

মখোয়দুনা পরমাত্মাবু সগুণ নিবাকার (সাকার ব্রহ্ম ওইবা মশক লেপ্তবা) নি হায়না নীংলবসু মখোয়দুগীদমক ভগবাননা সগুণ নিরাকার অদুম ওইবি। হায়রি-

**কবিং পুরাণ মনুশাসিতা রমণোরণী য়াংসমনুস্মরেদ্যঃ।**
**সর্ব্বস্য ধাতারমচিন্ত্যরূপ মাদিত্যবর্ণং তমসঃ পরস্তাৎ।।**
**প্রয়াণকালে মনসা চলেন ভক্ত্যা যুক্তো যোগবলেন চৈব।**
**ভ্রুবোর্মধ্যে প্রাণমাবেশ্য সম্যক্ স তং পরং পুরুষমুপৈতি দিব্যম্।।**

(৮/৯,১০)

"মী অদুনা পূম্নমক খঙবা হৌবা নাইদবা, পূম্নমকপু চুম্না-ফনা ঙাকপিবা, কূপ্পদগীসু হেন্না কূপ্পবা, পূম্নমকপু কোনবি-য়োকপিবা, খনবদা য়ৌবা ঙমদবা মশক ওইবা, নুমিৎকা মান্ননা নিত্য-চেতন প্রকাশরূপ ওইবা অমসুং খঙদ-হৈতবদগী ৱাংমা লান্না লৈবা, শেংলবা সচ্চিদানন্দঘন পরমেশ্বরবু নীংশিংজবা ভক্তিযুক্ত পুরুষ অদো অন্তকালদসু যোগবলতনা পীশুম অনীগী মরক্তা প্রাণবু নীংথিনা স্থাপন তৌজদুনা লেঙদবা পূক্লিংনা হন্না নীংশিংজবা দিব্যরূপ ওইবা পরম পুরুষ অদুনা পরমাত্মাবু ফংজে।"

মখোয় অদুনা কনবা হৌনবা পূম্নমক কনবা, পূম্নমক্কী তুঙফম ওইবা, পূম্নমক শীন্থুংবা পূম্নমক্তগী অথোইবা হায়বদি অফবা গুণ খূদীংমক তিনবা হায়না নীংলবসু মখোয়দুগীদমক ভগবাননা 'সর্ব্বসদ্গুণ সম্পন্ন' ওইবি। হায়রি -

**সর্ব্বস্য চাহং হৃদি সংনিবিষ্টো মত্তঃ**

**স্মৃতির্জ্ঞানমপোহনং চ।**

**বেদৈশ্চ সর্ব্বৈরহমেব বেদ্যো**

**বেদান্তকৃদ্বেদবিদেব চাহম্॥**

(১৫/১৫)

"কৃষ্ণ ঐহাক্লা থব্বায় পানবা পূম্নমক্কী থম্মোয়দা অন্তর্য্যামীগী মশক ওইনা লৈবি অমদি ঐঙোন্দগী স্মৃতি, জ্ঞান অমসুং অপোহন (শোয়-ঙামদবা) ওইবনি অমসুং বেদ পূম্নমক্লা মরম ওইদুনা ঐবু খঙজনীংঙাই ওইবনি অমদি বেদান্তগী মপু অমসুং বেদশিংবু খঙবসু ঐখকনি।"

**উত্তমঃ পুরুষস্ত্বন্যঃ পরমাত্মেত্যুদাহৃতঃ।**

**যো লোকত্রয়মাবিশ্য বিভর্ত্তব্যয় ঈশ্বরঃ॥**

(১৫/১৭)

"(মাঙবা নাইবা মাঙবা নাইদবা) পুরুষ মখল অনীসিগী মনুংদগী অথোইবা পুরুষদি ইতোপ তোপ্পনি। মাদি মরোল অহুম্মক্তা চঙবিদুনা পূম্নমকপু পুবি-য়োকপি। অসূম্না অমাঙ-অতা লৈতবা পরমেশ্বর অমসুং পরমাত্মা হায়না কৌনশ্লবনি।"

**যো মামেবমসংমূঢ়ো জানাতি পুরুষোত্তমম্।**

**স সর্ব্ববিদ্ভজতি মাং সর্ব্বভাবেন ভারত॥**

(১৫/১৯)

"হে ভারত! জ্ঞানী পুরুষ অদুনা ঐবু মতৌ অসূম্না মনুং থীংনা য়ৌনা পুরুষোত্তমনি হায়না খঙজরবা সর্ব্বজ্ঞ পুরুষ অদো খুদীংমক্তা তত্তনা বাসুদেব পরমেশ্বর ঐবুতা ভজন তৌজে।"

পুরুষশিং অদুনা ভগবানবু সর্ব্বরূপনি হায়না নীংজবদা মখোয়দুগীদমক মহাক্লা সর্ব্বরূপ ওইবি। হায়রি -

**মত্তঃ পরতরং নান্যৎ কিঞ্চিদস্তি ধনঞ্জয়।**

**ময়ি সর্ব্বমিদং প্রোতং সূত্রে মণিগণা ইব॥**

(৭/৭)

"হে ধনঞ্জয়! ঐঙোন্দগী তোঙানবা পরমকারণ ওইবা কনাসু লৈতে। জগৎ অপূম্বা অসি লংলাদা মণি পরেংনা লেংবগুম্না ঐঙোন্দা লেংশিনবা ঙাক্তনি।"

**যে চৈব সাত্ত্বিকা ভাবা রাজসাস্তামসাশ্চ যে।**

**মত্ত এবেতি তান্বিদ্ধি ন ত্বহং তেষু তে ময়ি॥**

(৭/১২)

"অদুগামুকসু সত্ত্বগুণদগী পোকপা ব্রাখল অমসুং রজোগুণদগী অমদি তমোগুণদগী ওইবা ব্রাখল পূম্নমক অদুবু নহাক্না 'কৃষ্ণ ঐঙোন্দগী ওইবনি' অসূম্না খঙউ। অদুবু তশেংবদি মখোয়দুদা ঐ অমসুং মখোয় হায়বদু ঐঙোন্দা লৈবা নত্তে।"

**অহং ক্রতুরহং যজ্ঞঃ স্বধাহমহমৌষধম্।**

**মন্ত্রোঽহমহমেবাজ্যমহমগ্নিরহং হুতম্॥**

**পিতাহমস্য জগতো মাতা ধাতা পিতামহঃ।**

**বেদ্যং পবিত্রমোঙ্কার ঋক্সাম যজুরেব চ॥**

**গতির্ভর্ত্তা প্রভুঃ সাক্ষী নিবাসঃ শরণং সুহৃৎ।**

**প্রভবঃ প্রলয়ঃ স্থানং নিধানং বীজমব্যয়ম্॥**

**তপাম্যহমহং বর্ষং নিগৃহ্ণাম্যুৎসৃজামি চ।**

**অমৃতং চৈব মৃত্যুশ্চ সদসচ্চাহমর্জুন॥**

(৯/১৬-১৯)

"ক্রতু (শ্রুতিসম্বন্ধী কর্ম্ম) হায়বদু ঐনি, যজ্ঞ (স্মার্ত কর্ম্ম) হায়বদু ঐনি, স্বধা (পিতৃগণদা কৎপা অন্ন) হায়বদু ঐনি, ওষধি (হীদাক লাংথক পাম্বীনচিংবা) হায়বদু ঐনি, মন্ত্র হায়বদু ঐনি, ঘী হায়বদু ঐনি, মৈ হায়বদু ঐনি অদুগা হোমগী মশক ওইবা থৌরমদুসু ঐনি॥ জগৎ পৃম্বসিবু পুবিরিবা অমদি কর্ম্মশিংগী মহয়বু পীনবিবা, ইপা, ইমা ইবুধৌ, খঙবদা মতীকচাবা ওঁকার অমদি ঋগ্বেদ, সামবেদ অমসুং যজুর্বেদসু ঐখকনি॥ ফংজবদা মতীক চাবা অথোইবা খুভম, য়োকপি-থাকপিবা, পূম্নমক্কী মপু ওইবিবা, অফ-ফত্তবু য়েংবিবা, পূম্নমক্কী লৈফম চঙজফম ওইবা তৌবিমল হল্লকপা পামদনা ফনবতা তৌবিবা, পূম্নমক্কী পোকপিবা-লোইশিনবিবগী হেতু ওইবা, লেঙদবা তুংফম ওইবা, খুভম ওইবা অমসুং অমাং

অতা লৈতবা কারণসু ঐখক্লি।। ঐখক্লা নুমিৎকী মশক ওইদুনা মৈশা লাংলি, নোংবু চিংঙক্নুনা চুহল্লি। হে অর্জুন! ঐদি শিদবা অমসুং অশিবা হায়বদুনি অমসুং অফ-ফত্ত হায়দুসু ঐহাকনি।

মখোয়দুনা ভগবানবু সগুণ সাকার ওইনা নীংজবদা মখোয়গীদমক ইবুংঙো মহাক্লা সগুণ সাকাররূপতা অদুম ফোংদোকপি। হায়রি -

**পরিত্রাণায় সাধূনাং বিনাশায় চ দুষ্কৃতাম্।**

**ধর্ম্ম সংস্থাপনার্থায় সম্ভবামি যুগে যুগে।।**

(৪/৮)

"সাধুজনশিংবু কনবিনবা, পাপ কর্ম্ম তৌবশিংবু মাঙহনবিনবা অমসুং ধর্ম্মবু নীংথিনা লিংখৎপিনবগীদমক কৃষ্ণ ঐনা যুগ-যুগ খুদীংদা অবতার তৌই।"

**পত্রং পুষ্পং ফলং তোয়ং যো মে ভক্ত্যা প্রযচ্ছতি।**

**তদহং ভক্ত্যুপহৃতমশ্নামি প্রযতাত্মনঃ।।**

(৯/২৬)

"কনাগুম্বা ভক্তনা ঐগীদমক ভক্তিগা লোয়ননা তুলসী মনা, লৈ, উহৈ, ঈশিং অসিনচিংবা কচ্চবা অদুগুম্বা শুদ্ধবুদ্ধি নিষ্কাম প্রেমী ভক্তগী প্রেমগা লোয়ননা কচ্চবা অদো কৃষ্ণ ঐনা সগুণরূপ ওইনা ফোংদোক্লগা পেন্না চাযদো।"

মথক্তা পনখ্রিবা ৱাফমশিং অসিদি মচুম্মে; অদুবু হংনরকপশিংগী চিংনবদি কোকহৈরোই, অসুম্মক চিংনখিগনি। চিংনরিবা ৱাফমদি, -ভগবানবু পূম্নমক্লা তোঙান-তোঙানবা মওংদা ফংনরগা, মদুগী মহৈ: কমদৌনা অমত্তা ওইগদৌরিবনো?

মসিগী খুম্নফম্না, - অহানবদা পরমাত্মাবু সাধকনা মাগী ৱাখলগী মতুং ইন্না ফংজবনি। অদুগী তুংদা ভগবানগী অরেপ্পা তত্ত্ববু ফংজবা অদুবুদি ৱাঙাংনা ফোংদোকপা ঙম্লরোই। মসি ৱাহৈনা তাকপা ঙম্লরোই। তোঙানবা নত্রগা তোঙান্দবা মওংদা মখল মখলগী ওইবা পরমাত্মাগী উপাসনা তৌজবা মখোয়দুগী অরোইবা মহৈ অমখক্তা ওই। ৱাফমসিবু শেংদোক্লবগীদমক ভগবান্না অভেদোপাসকশিংনা ইবুংঙো মাবু ফংজৈ হায়না তাকপি। (পনখ্রবা - ১২/৪; ১৪/১৯; ১৮/৫৫দা) অদুগা ভেদোপাসকীদমক্তা মহাক অদুনা ব্রহ্মবু ফংজৈ হায়বসি হায়রি (পনখ্রবা - ১৪/২৬ তা), শাশ্বত শান্তি ফংজৈ। হায়রি -

**ক্ষিপ্রং ভবতি ধর্ম্মাত্মা শশ্বচ্ছান্তিং নিগচ্ছতি।**

**কৌন্তেয় প্রতি জানীহি ন মে ভক্তঃ প্রণশ্যতি।।**

(৯/৩১)

"(ভক্ত ওইবা) মহাক অদো থুনমক ধর্ম্মত্মা ওইজৈ অমসুং মতম চুপ্পা লৈরবা পরমশান্তি ফংজে। হে অর্জুন! মসি নহাক্না লেপ্পমক চুপ্পবনি খঙঙো। ঐগী ভক্তদি কৈদৌঙৈদসু মাঙবা লৈতে।"

ব্রহ্মবু খঙজৈ হায়রি –

**জরামরণমোক্ষায় মমাশ্রিত্য যতন্তি যে।**

**তে ব্রহ্ম তদ্বিদুঃ কৃৎস্নমধ্যাত্মং কর্ম্ম চাখিলম্।।**

(৭/২৯)

"মখোয়দুনা ঐঙোন্দা চঙজরগা হনু হনাগী মতৌওইবা অমসুং অশিবদগী নাম্থোকচনবগীদমক চেকশিঞ্জবা, পুরুষশিং অদো অদুগুম্বা ব্রহ্মবু, মপূং ফাবা অধ্যাত্মবু, কর্ম্ম খিবিকপু খঙজরবনি।"

অমাঙ-অতা লৈতবা শাশ্বত পদবু ফংজৈ হায়রি (পনখ্রবা - ১৮/৫৬ তা) অসিনচিংবা অসিনি। অভেদোপাসনা অমসুং ভেদোপাসনা হাযবা উপাসনা মখল অনীমক্কী মহৈ অমত্তনি হায়বা রাফম অসিবু পান্দম ওইহন্নবগীদমক ভগবাননা রাফম অমখক্তবু ওন্থাং ওনশিন তৌদুনা মখল কয়া থোক্লা তাকপিবনি।

ভেদোপাসক অমসুং অভেদোপাসক অনীমক্না ফংনিংঙাই ওইবা পোৎশক, যথার্থ তত্ত্ব অমত্তনি; মসিবু করিগুম্বদা পবমশান্তি অমসুং শাশ্বত স্থান হায়না কৌনৈ। পনখ্রবা ১৮/৬২ দা), করিগুম্বদা পরমধাম হাযনা কৌবম্মী -

**ন তদ্ভাসয়তে সূর্য্যো ন শশাঙ্কো ন পাবকঃ।**

**যদ্গত্বা ন নিবর্ত্তন্তে তদ্ধাম পরমং মম।**

(১৫/৬)

"পবমপদদুবু ফংজবগা মীওইবনা হল্লক্তুনা সংসারদা অমুক পোক্লদ্রে। অদুগুম্বা মথন্তা ঙাম্থোকচবা পরমপদদো নুমিৎকী মঙান্না ফোংদোকপা ঙমদে, থানা ঙমদে অমসুং মৈনসু ঙমদে। মদো ঐহাক্কী পরমধামনি।"

করিগুম্বদা 'অমৃত' হায়না কৌই -

**জ্ঞেয়ং যত্তৎ প্রবক্ষ্যামি যজ্জ্ঞাত্বামৃতমশ্নুতে।**

**অনাদি মৎ পরংব্রহ্ম ন সত্তন্নাসদুচ্যতে।।**

(১৩/১২)

"অদুগুম্বা খঙবদা মতীক চাবা ওইবা অমদি মাদুবু খঙজরগা মীওইবনা অমৃত (পরমানন্দ) বু ফংজে হায়বদু নীংথিজনা খঙহনগে। অনাদি পরংব্রহ্মদি অফবনিসু হায়নদে ফত্তবনিসু হায়নদে।"

করিগুম্বদা 'মাম্' হায়বা পদনা ফোংদোকই (পনখ্রবা - ৯/৩৪ দা), করিগুম্বদা পরমগতি হায়না ফোংদোকই –

**ওমিত্যেকাক্ষরং ব্রহ্ম ব্যাহরন্মামনুস্মরন্।**

**যঃ প্রয়াতি ত্যজন্দেহং স যাতি পরমাং গতিম্।।**

(৮/১৩)

"পুরুষ অদুনা 'ওঁ' হায়বা ময়েক অমত্তগী মশক ওইবা ব্রহ্মবু শোঞ্জদুনা অমসুং মসিগী অর্থগী মশক ওইবা নির্গুণ ব্রহ্ম ঐবু চিন্তন তৌজদুনা হকচাং থাদোকচখ্রবা মহাক অদো পবমগতি ফংজে।"

করিগুম্বদা সংসিদ্ধি হাযনা কৌবম্মী (পনখ্রবা - ১৮/৪৫ দা)। কবিগুম্বদা অব্যয়পদ হায়না কৌই –

**নির্মানমোহা জিতসঙ্গদোষা অধ্যাত্মনিত্যাবিনিবৃত্তকামাঃ।**

**দ্বন্দ্বৈর্বিমুক্তাঃ সুখ-দুঃখসংজ্ঞৈ র্গচ্ছন্ত্যমূঢ়াঃ পদমব্যয়ং তৎ।।**

(১৫/৫)

"মহাক অদুনা মশাগী মান (লেমজনিংঙাই) অমসুং মোহ (মায়ানা শুম্বা) য়াওখিদ্রবা, মখোয়দুনা আসক্তি ওইবা দোষবু মায় পাক্লা কোকচরবা, মখোয়না পরমাত্মাগী স্বরূপ্তা তত্তনা খন্দুনা লৈজরবা অমসুং মশাগী কামনা সৃপয়াও য়াওখিদ্রবা, - অদুগুম্বা অব্রা-নুংঙাই কৌবা দ্বন্দ্ব (অনী লোঙবা ৱাখল) শিংদগী বিমুক্ত ওইজরবা জ্ঞানীজনশিংনা অমাঙ-অতা লৈতবা পরম পদ ফংজে।"

করিগুম্বদা ব্রহ্মনির্বান হায়না কৌরম্মী (পনখ্রবা - ৫/২৪ দা)। অদুগা করিগুম্বদনা নির্বাণ পবমা শান্তি হায়না কৌদুনা ফোংদোকই -

**যুঞ্জন্নেবং সদাত্মানং যোগী নিয়তমানসঃ।**

**শান্তিং নির্বাণপরমাং মৎসংস্থামধিগচ্ছতি।।**

(৬/১৫)

"মপূক্লিং লাকশিল্লবা যোগীনা মতৌ অসুম তৌনা আত্মানা অতৎপা লৈতনা পবমেশ্বব ঐহাক্কী স্বৰূপতা লূপচদুনা ঐঙোন্দা লৈবা পবমানন্দগী অয়ৌবা পম্বুং ওইবা শান্তিদো ফংজে।"

অসিদসু নত্তনা অতৈ শব্দ কয়ামুক অমসু গীতাদা অবোইবা মহয অসিবু ফোংদোকপিনবগীদমক্তা প্রয়োগ তৌবম্মী। তৌইগুম্বসুং হায়বল্লিবা ব্রাহৈশিংসি সাধন খিবিক্কী মহয় ঙাক্লি - হায়বসি নত্তনা মসিগী হীবমদা কবিসু হায়নিংঙাই লৈতে। মসিদি ঙাঙনবগী হীবম ওইবা নত্তে। মী মীদুনা ফংজকব্বা অদুতবু খঙজবনি। তৌইগুম্বসুং মাদুনসু মসিগী বর্ণনা তৌবা ঙম্লোই। মথক্তা পনখ্রবা ব্রাহৈশিং অমদি অসিগুম্বা মখলগী অতৈ ব্রাহৈশিংনা মবম ওইদুনা সাধন পূম্নমক্কী ফলৰূপ ওইবা, পবমবস্তু তত্ত্ব অদুদি অমর্ত্তান হায়বা ব্রাফম অসি নৈনদুনা চুংশিল্লবনি।

পবমাত্মাগী সাত্বিকস্বৰূপ অসিদি অঙকপনি। পবম বহস্যময়নি। থূপখ্রবনি। ফংজ-ফংজবা মখোয় অদুতনা মাবু খঙজবনি। অদুবু মসিসু মসিগী পান্দম্ফম লাকপা ঙম্নবা ওইবদা, অদুক হায়নবনি। নৈনদুনা খন্নবগা যেংলগদি হায়বিবা অসি ফাওবসু হায়বা য়াবা নত্তে। ◻

# ১১ - গীতাদা মান্নবা মতৌ

গীতাদা মান্নবা মতৌগী ব্বাফম মরু ওইনা য়াওই। ঈশ্বরবু ফংবা হায়বসিগী ব্বাফমসি মান্নবা মতৌখক্কী চাংয়েংনি। জ্ঞান, কর্ম্ম অমদি ভক্তি হায়বা লম্বেল অহুম্মক্তা: সাধনগী মতৌদসু মান্নবা মতৌগী তঙাইফদবদু পল্লি। অমহিকসুং লম্বী অহুম্মক্তগী পরমাত্মাবু ফংজরবা পুরুষশিংগীসু মান্নবা মতৌবু থোইনা মরু ওইবা লক্ষণ অমনি হায়না তাকপিরি। সাধনসু মসি য়াওদনা মপূং ফারোই। সিদ্ধি হায়বা অসিদি মপূং ফাদনা লৈরিবমক্লি। মান্নবা মতৌ লৈত্রবদা কমদৌনা সিদ্ধি ওইগনি? 'সমদু:খসুখম্' (অব্বা-নুংঙাই পাংখক ওইবা) হায়বা পদনা জ্ঞান মার্গগী সাধকশিংদা মান্নবা মতৌ ওইবখকপু অমৃতত্ব হায়বদি মুক্তিগী অধিকাবনি হায়বি।

**যং হি ন ব্যথয়ন্ত্যেতে পুরুষং পুরুষর্ষভ।**

**সমদু:খসুখং ধীরং সোঽমৃতত্বায় কল্পতে।।**

(২/১৫)

"হে পুরুষশ্রেষ্ঠ! অব্বা নুংঙাইবু চপ মান্ননা খল্লবা মবুক তপ্লবা পুরুষ অদুনা ইন্দ্রিশিং অমসুং বিষযশিং অসিগা সংযোগ ওইবদা ব্বাদ্রবা মহাক অদো মোক্ষগী মতীক চাবা ওইরবনি।" 'সিদ্ধ্যসিদ্ধ্যো: সমো ভূত্বা সমত্বং যোগ উচ্যতে' অসূম্না কর্ম্ম যোগগী সাধকতা সমতাযুক্ত ওইনা কর্ম্ম তৌজনবগী আজ্ঞা পীবিবি (পনখ্রবা - ২/৪৮ দা) অদুগা ভক্তি মার্গগী সাধক্কীদমকসু গুণশিং অসিবু সেবন ওইজনবগী ব্বা পল্লি।

**যে তু ধর্ম্ম্যামৃতমিদং যথোক্তং পর্য্যুপাসতে।**

**শ্রদ্দধানা মৎপরমা ভক্তাস্তেঽতীব মে প্রিয়া:।।**

(১২/২০)

"থাজবনা তিল্লবা পুরুষনা কৃষ্ণ ঐঙোন্দা মমায় ওনশিল্লক্তুনা মথক্তা পনখ্রবা ধর্ম্মগী মশক ওইরবা অমৃত (ভগবৎ প্রাপ্তি) বু নিষ্কামপ্রেম ভাবতা চাজবা ভক্ত অদো ঐহাক্তা য়াম্না চাল্লি।"

মতৌ অসূম্না গুণাতীত (সিদ্ধজ্ঞানযোগী) গী লক্ষণশিংদসু মান্নবা মতৌ থোইদোকপা মওংদা য়াওবা থেংনৈ –

**সমদুঃখসুখঃ স্বস্থঃ সমলোষ্টাশ্মকাঞ্চনঃ।**

**তুল্যপ্রিয়াপ্রিয়ো ধীরস্তুল্য নিন্দাত্মসংস্তুতিঃ॥**

**মানাপমানয়ো স্তুল্যস্তুল্যো মিত্রারিপক্ষয়োঃ।**

**সর্ব্বারম্ভ পরিত্যাগী গুণাতীতঃ স উচ্যতে॥**

(১৪/২৪,২৫)

"তত্তনা আত্মভাবতা লৈজবা, অৱা-নুংঙাইবু চপ-মান্ননা খল্লবা, জ্ঞান লৈরবা, অপাম্বা অমদি পামদববু অমত্তা ওইনা লৌরবা অমসুং মাগী নিন্দা স্তুতিদসু চপ মান্ননা খল্লবা; মহাক্তা মায় পাকপা অমসুং মায় থীবদা অমহা ওইরবা অমদি হৌদোকপা খুদীংমক্তা মপু শাবগী নাপন কাজদ্রবা পুরুষ অদো গুণাতীত কৌনৈ।"

সিদ্ধযোগীগীসু মান্নবা ওইনা হায়বর্ম্মী।

**জিতাত্মনঃ প্রশান্তস্য পরমাত্মা সমাহিতঃ।**

**শীতোষ্ণসুখদুঃখেষু তথা মানাপমানয়োঃ॥**

**জ্ঞানবিজ্ঞান তৃপ্তাত্মা কূটস্থো বিজিতেন্দ্রিয়ঃ।**

**যুক্ত ইত্যুচ্যতে যোগী সমলোষ্টাশ্মকাঞ্চনঃ॥**

**সুহৃন্মিত্রার্য্যুদাসীন মধ্যস্থ দ্বেষ্যবন্ধুষু।**

**সাধুষ্বপি চ পাপেষু সমবুদ্ধির্বিশিষ্যতে॥**

(৬/৭,৮,৯)

"অঙীংবা অশাবা অমসুং অৱাবা নুংঙাইবদা মাগী চিত্তবৃত্তিশিং নীংথিনা শান্ত ওইরবা, অসিগুম্বা স্বাধীন আত্মা ওইবা পুরুষগী ভজন্দা সচ্চিদানন্দঘন পরমাত্মাদা পূন্না তিঞ্জরবা হায়বদি মাগী জ্ঞানদা পরমাত্মা নত্তনা অতৈ লৈতে হায়না খনখ্রবা; জ্ঞানবিজ্ঞানতনা মাগী থম্মোয় পেঞ্জরবা, মশাগী ফিবম কায়জদ্রবা,

মশাগী ইন্দ্রিয়শিংবু নীংথিনা জয় তৌজরবা অমসুং মঙোন্দা লৈপাক, নূং, অমসুং সনাবু চপ্ মান্নরবা যোগী অদো যুক্ত হায়বদি ভগবানদা তিঞ্জরবা অসূম্না কৌই। চান্নবা, মরূপ, য়েক্লবা, কৌন-ঙাঙনদবা, মরক্তা লৈবা, য়েংথীগনবা অমসুং মরূপ-মপাংশিংদা ধর্ম্মচেনবশিংদা অমসুং পাপীশিংদসু চপ মান্ননা খঞ্জবনা থোইদোক্লা অথোইবনি।"

লোয়ননা সিদ্ধ ভক্তগী লক্ষণশিংদসু মান্নবা মতৌগী ৱারোল ইরম্মী -

**সমঃ শত্রৌ চ মিত্রে চ তথা মানাপমানয়োঃ।**

**শীতোষ্ণসুখদুঃখেষু সমঃ সঙ্গবিবর্জিতঃ।।**

**তুল্য নিন্দা স্তুতির্মৌনী সন্তুষ্টো যেন কেনচিৎ।**

**অনিকেতঃস্থিরমতির্ভক্তিমান্ মে প্রিয়োনরঃ।।**

(১২/১৮,১৯)

"য়েক্লবদা মরূপ্তা অমসুং মান-অপমানদা অমহা ওইরবা অমদি অঙৈংবা, অশাবা অমসুং অৱা নুংঙাইনচিংবা দ্বন্দ্বশিংদা অমহা ওইনা লৌরবা অমসুং আসক্তি য়াওদ্রবা; নিন্দা স্তুতিবু চপ্ মায়না খল্লবা, মননশীল ওইববা অমসুং করিগুম্বা মওংদসু মশা লেঞ্জনবগী ওইবদা মতম লৈবখিবিক্তা লেঞ্জববা অমসুং লৈফমদা ঐগী ওইবা মতৌ অসুং আশক্তি য়াওজদ্রবা, অদুগুম্বা ভক্তি চেল্লবা পুরুষদো কৃষ্ণ ঐনা চাল্লি।'

অসুম্না সমতাগী তত্ত্ববু লায়না নীংথিনা খঙহনবিনবগীদমক শ্রীভগবাননা গীতাদা মখল্ মওং কয়ামরুম, অয়াম্বা প্রাণী, ক্রিয়া, ভাব অমদি পদার্থশিংদা চপ মান্নবা মতৌগী ব্যাখ্যা তৌবি,

**মীওইবশিংদা মান্নবা মতৌ -**

"চান্নবা, মরূপ, য়েক্লবা, কৌনদবা, মরক্তা লৈবা য়েংথীগনবা অমসুং বন্ধুজনশিংদা ধর্ম্মাত্মাশিং অমদি পাপীশিংদসু চপ্ মান্নবা ৱাখল থম্বনা থোইদোক্লা অথোইবনি।" (৬/৯)

**মীওইবশিং অমদি শাশিংদা মান্নবা মতৌ -**

**বিদ্যা বিনয়সম্পন্নে ব্রাহ্মণে গবি হস্তিনি।**

**শুনি চৈব শ্বপাকে চ পণ্ডিতাঃ সমদর্শিনঃ।।**

(৫/১৮)

"জ্ঞানীজনশিংনা মহৈ হৈবা অমসুং নোল্লুকপা ব্রাহ্মন্দা অমদি ষনবী, শামু, হূই অমসুং চাণ্ডালফাওসু চপ্ মান্ননা উই।"

**জীব পূন্নমক্তা চপ্ মান্নবা মতৌ -**

**আত্মৌপম্যেন সর্ব্বত্র সমং পশ্যতি যোঽর্জুন।**

**সুখং বা যদি বা দুঃখং স যোগী পরমো মতঃ।।**

(৬/৩২)

"হে অর্জুন, যোগীদুনা মশাগুম্না জীব পূন্নমক্তা চপ্ মান্ননা উরবা অমসুং নুংঙাইবা অমদি অৱাববুসু খূদীংমক্তা চপ্ মান্ননা উরবা যোগী অদো থোইদোক্লা অথোইবনি লৌই।"

করি করিগুম্বদা ভগবাননা ব্যক্তি, ক্রিয়া, পদার্থ অমসুং ভাবকী মান্নবা মতৌ পূন্না বর্ণন তৌই - (পনখ্রবা - ১২/১৮ দা)

"মহাক্লা য়েক্লবদা মরূপ্তা অমসুং মান-অপমানদা অমহা ওইরবা অমদি অঙ্গীং-অশা অমসুং অৱা-নুংঙাইনচিংবা দ্বন্দ্বশিংদা অমহা ওইনা খল্লবা মহাক অদো ভক্তান।"

মসিদা য়েক্লবা মরূপ হায়বসি 'ব্যক্তি' (ফোংদোকপা মশক) কী বাচকনি, মান অপমাননা 'পরকৃত ক্রিয়া' নি, অঙ্গীং-অশানা পদার্থনি অমসুং অৱা-নুংঙাইনা 'ভাব' নি।

লৌবিসি, - "মহাক অদুনা অতৎপা লৈতনা আত্মাভাবতা লৈজরবা, অৱা-নুংঙাইবু চপ্ মান্ননা খঞ্জরবা, লৈপাক, নুং অমসুং সনাদা চপ্ মান্ননা খল্লবা, জ্ঞান লৈরবা; অপাম্বা-অমদি পামদববু অমহা ওইনা লৌরবা অমসুং মাবু নিন্দা স্তুতি তৌবদসু চপ্ মান্ননা খঞ্জরবা (মহাক অদো গুণাতীতনি)। পনখ্রবা -১৪/২৪)

মসিদসু অৱা-নুংঙাইনা 'ভাব' নি, লৈপাক, নুং অমসুং সনান পদার্থ (পোৎ) নি; নিন্দা স্তুতিনা 'পরকৃতক্রিয়া' (অতোপ্পনা তৌরকপা থৌরাং) নি অদুগা অপাম্বা-পামদবা হায়বসিনা প্রাণী, ভাব, পদার্থ অমদি ক্রিয়া - হায়রিবা পূন্নমক অসি খঙনবা ৱাহৈনি।

মতৌ অসূম্না পূম্নমক চপ্ মান্ননা উবা, লমচত্তা, ৱাঙাংখক্কী ওই্বদা, ঐগী, ঐহাক হায়বা মতৌ লৈজরবসু মহাক্কা পূম্নমক্তা সমবুদ্ধি থমজবা, মাগী মান্নবা মশক্কা সংসাব অপূম্বদা চপ্ মান্ননা খল্লবা মহাক অদো মান্নবা মতৌনা তিল্লবা পুরুষনি অমসুং মহাক অশেংবা সাম্যবাদী (মানরূপ্তা তিনবা, কম্যুনিজম) নি।

গীতাগী সাম্যবাদকা হৌজিক্কী হায়নরিবা সাম্যবাদ (কম্যুনিজম) গদি য়াম্না খেন্নৈ। হৌজিক্কী সাম্যবাদনা ঈশ্বরবিরোধীনি। অদুগা গীতাদা হায়বা সাম্যবাদনা মফম পূম্নমক্তা ঈশ্বরবু উজবনি। মসিদা ধর্ম্ম মাঙনবা য়াওদে, ৱাহৈ খুদীংগী ধর্ম্ম চাওখৎপা ৱা ঙাক্তা ওই। মসিদা হিংসাগী ৱা য়াওদে, অহিংসা হৌদোকপনি। মসিদা ওইজবা তান্নবগী যাওদে, স্বার্থগা সূকনক নক্লদে। মসিদা চাবা-থকপা শোক্লবদা অমত্তা ওইবা মতৌ থম্লগা নুংদা খেন্নবা ৱাখল থম্বা তৌদে। মসিদা শাস্ত্রগী মর্য্যাদা মতুং ইন্না মতীক চাবা খেন্নবা থল্লগসু নুংগী খেন্নবা থমদে। অদুগা পূম্নমক্তা পরমাত্মাবু মান্ননা যেংজনবগী শিক্ষা পী। মসিদা ধনোপাসনা (লন চাওখৎচগে নীংবা) য়াওদে। মসিগী পন্থুংদি পরমাত্মা ফংজবনি। মসিদা মীচং শঙ্গু খোমদুনা অতোপ্পশিংবু লুনা খন্নদবগী ৱাফম য়াওদে। মফম পূম্নমক্তা নাপন যাওদবা মতৌ ওই অমসুং জগৎ পূম্বদা পরমাত্মাবু দর্শন তৌনা পূম্নমক্তা সন্মান থমই। মসিদা মপাম্বোংনা লায়থোক্লগা থম্মোযনুংগী ওইবনা মক ওইবা মতৌ লৈ। ভৌতিক সুখ (মায়াগী নুংঙাইবা) থওইদনা অধ্যাত্মিক সুখ (ব্রহ্মানন্দ) না মক ওই। মসিদা তোখাই তাবা ৱাখল য়াওদনা পূম্নমকপু চপ্ মান্ননা লুনা তৌই। রাগ-দ্বেষ য়াওদবা মতৌ ওই। 🕮

# ১২ - জীবশিংগী গতি (পান্বে)

গীতাদা জীবশিংগী গুণ অমদি কর্ম্মগী মতুং ইন্না মখোয়গী অথোইবা, ময়ায় ওইবা অমদি মমৈ ওইবা হায়না গতি (পান্বেরম) অহুম তাকপিরমই। কর্ম্মযোগ অমদি সাঙ্খ্যযোগগী মিৎয়েংদা শাস্ত্রদা হায়বা কর্ম্ম অমদি উপাসনা তৌজরিবা সাধকশিংগী গতি ৮শুবা অধ্যায়গী ২৪শুবা শ্লোক্তা হায়খ্রে -

**অগ্নির্জ্যোতিরহঃ শুক্লঃ ষণ্মাসা উত্তরায়ণম্।**

**তত্র প্রযাতা গচ্ছন্তি ব্রহ্ম ব্রহ্মবিদো জনাঃ।।**

"মঙানগী মশক ওইবা মৈ কৌবা অভিমানী দেবতা লৈবা নুংথিনগী অভিমানী দেবতা লৈবা, শুক্ল-পক্ষ (পানখৎলকপা) গী অভিমানী দেবতা লৈবা অমসুং উত্তরায়ণ থা তরুক্কী অভিমানী দেবতা লৈবা লম্বেল অদুদা শিরগা চচ্চখিবা ব্রহ্ম খঙলবা যোগীশিংনা মথক্তা পনখ্রিবা দেবতাশিংসিনা মরম ওইদুনা মথং মথং পুবিখিদুনা চচ্চখ্রগা ব্রহ্মবু ফংজরুই।"

মখোয়সিগী মনুংদা যোগ-কায়রবশিংগী গীতা ৬শুবা অধ্যায়গী শ্লোক ৪০শুবদগী ৪৫ শুবা ফাওবা বর্ণন তৌরি -

**পার্থ নৈবেহ নামুত্র বিনাশস্তস্য বিদ্যতে।**

**ন হি কল্যাণকৃৎ কশ্চিদ্দুর্গতিং তাত গচ্ছতি।।**

**প্রাপ্য পুণ্যকৃতাং লোকানুষিত্বা শাশ্বতীঃ সমাঃ।**

**শুচীনাং শ্রীমতাং গেহে-যোগভ্রষ্টোঽভিজায়তে।।**

**অথবা যোগিনামেব কুলে ভবতি ধীমতাম্।**

**এতদ্ধি দূর্লভতরং লোকে জন্ম যদীদৃশম্।।**

**তত্র তং বুদ্ধি সংযোগং লভতে পৌর্বদেহিকম্।**

**যততে চ ততো ভূয়ঃ সংসিদ্ধৌ কুরুনন্দন।।**

**পূর্ব্বাভ্যাসেন তেনৈব হ্রিয়তে হ্যবশোঽপি সঃ।**

**জিজ্ঞাসুরপি যোগস্য শব্দব্রহ্মাতি বর্ততে।।**

**প্রযত্নাদ্যতমানস্তু যোগী সংশুদ্ধ কিল্বিষঃ।**

**অনেক জন্ম সংসিদ্ধস্ততো যাতি পরাং গতিম্।।**

"শ্রীভগবাননা তাকপিখি - হে পার্থ! যোগভ্রষ্ট পুরুষদো ইহ-লোক অমসুং পরলোকতা অমাঙবা ওইদে। মরমদি হে চান্নবা ! আত্মোদ্ধারগীদমক্তা কর্ম্ম তৌবা মীওই কনাসু দুর্গতি ফংদে। যোগভ্রষ্ট পুরুষনা পুণ্যবানশিংগী লোক-হায়বদি স্বর্গনচিংবা অথোইবা লোকশিংবু ফংজরগা মখোয়দুদা চহী কয়ামরুম ফাওবা লৈজরগা অমুক শুদ্ধ আচরণ ওইবা শ্রীমান পুরুষশিংগী ময়ুমদা পোকচৈ।। অমরোমদা বৈরাগ্যবান পুরুষনা লোকশিং অদুদা চত্তদুনা জ্ঞানবান যোগীশিংগী শাগৈদা পোক্লুই। অদুনা, অসিগুম্বা মপোকতা পোকচবা মহাক অদুদি চিংনদনা সংসারদা থোইদোক্লা অতাঙবনি। মদুদা অসূম্না হান্না মশাদা পৈশিঞ্জখ্রবা বুদ্ধিসংযোগ অদু হায়বদি সমবুদ্ধিরূপ ওইবা যোগগী সংস্কারশিংবুসু ঈরায়-লায়না ফংজৈ - অমসুং হে কুরুনন্দন! মদুগী প্রভাবনা মহাক অমুক পরমাত্মাবু ফংজবা ওইবা সিদ্ধিগীদমক হান্নদগী হেনগৎনা হোৎনজৈ। মীথোই মীহেনবশিংগী ময়ুমদা পোকচরগা যোগভ্রষ্টনা পরাধীন ওইজরবসু মাঙলমচৎকী অভ্যাসখক্লা চিংনবা লৈতনা ভগবানগী মায়গৈরোমদা চিংশিঞ্জরকই। অদুগা সমবুদ্ধিরূপ যোগগী ওইবা হং থিজনবসু বেদদা হায়খ্রবা সকাম কর্ম্মশিংগী মহয়বু হুন্দোক্লুনা চৎলি।। থোইনদুম, চেকশিন্না অভ্যাস তৌজরবা যোগীদি হৌখিবা মপোক কয়াগী সংস্কারগী পাঙ্গলতনা মপোক অসিদা নীংথিনা সিদ্ধ ওইজদুনা পাপ খিবিকমক কোকচদুনা খুদক্তা পরমগতি ফংজৈ।।"

সকাম ভাবতা বিহিত-কর্ম্ম অমদি উপাসনা তৌজবশিংগী গতি; -মাঙদা পনখ্রবা ৯শুবা অধ্যায়গী ২০ অমসুং ২১ শুবা শ্লোকতা বর্ণন তৌখ্রে। মদুদা স্বর্গ ফংজবা পাম্বদগী যজ্ঞ যাগনচিংবা বেদ-বিহিত কর্ম্ম তৌজবশিংনা স্বর্গগী ভোগ

ফংজবা অমদি মশাগী পুণ্যনা লোইখ্রবদা অমুকহন্না মখোয়না মর্ত্ত্যলোকতা কুম্মকই হায়বগী ৱাফম পল্লি। মখোয়না কবম্বা লম্বেন্দা অমদি মতৌ করম্না স্বর্গদা চচ্চবগে হায়বগী প্রক্রিয়া - ৮শুবা অধ্যায়গী ২৫শুবা শ্লোকতা শন্দোক্না হায়রি -

**ধূমো রাত্রিস্তথা কৃষ্ণঃ সণ্মাসা দক্ষিণায়নম্।**

**তত্র চান্দ্রমসং জ্যোতির্যোগী প্রাপ্য নিবর্ততে।।**

"লৈচিন কৌবা অভিমানী দেবতা লৈবা, অহিং কৌবা অভিমানী দেবতা লৈবা অমদি কৃষ্ণ পক্ষগী অভিমানী দেবতা লৈবা অমদি দক্ষিণায়ন থা তরুক্কী অভিমানী দেবতা লৈবা লম্বেল অদুদা শিবগা চচ্চখ্রবা সকাম কর্ম্ম তৌজবা যোগীনা মথক্তা হায়রিবা দেবতাশিংসিনা মরম ওইদুনা মথং-মথং পুবিদুনা চৎখ্রগা চন্দ্রমা (থা) গী মণ্ডান ফংজদুনা স্বর্গদা মাগী শুভকর্ম্মশিংগী মহৈ চাজরগা অমুক হল্লকই।"

১৪শুবা অধ্যায়গী ১৪,১৫ অমসুং ১৮ শুবা শ্লোকশিংদা ইচম-চম্বা মওংদা পূরুষশিং খিবিক্কী গতি শম্না তাক্লি -

**যদা সত্ত্বে প্রবৃদ্ধে তু প্রলয়ং যাতি দেহভৃৎ।**

**তদোত্তম বিদাং লোকানমলান্ প্রতিপদ্যতে।।**

**রজসি প্রলয়ং গত্বা কর্ম্মসঙ্গিষু জায়তে।**

**তথা প্রলীনস্তমসি মূঢ় যোনিষু জায়তে।।**

**ঊর্ধ্বং গচ্ছন্তি সত্ত্বস্থা মধ্যে তিষ্ঠন্তি রাজসাঃ।**

**জঘন্য গুণবৃত্তিস্থা অধো গচ্ছন্তি তামসাঃ।।**

"মীওইবনা সত্ত্বগুণ চাওখৎনা শিজবা মতমদুদা অথোইবা কর্ম্ম তৌজবশিংগী মক্ত্রবা স্বর্গ লাইরৈবাক্লচিংবা লোকশিংবু ফংজৈ।। রজোগুণ চাওখৎলবদা শিজবা ফংলগা কর্ম্মশিংবু পামজবা মীওইশিংগী মরক্তা পোকই অদুগা তমোগুণনা হেনগৎলবদা শিরবা মীওইনা তীল-কৌজেং, শানচিংবা অপণ্ডবা মপোক্তা পোকচৈ। সত্ত্বগুণদা লৈবা পুরুষনা স্বর্গনচিংবা অৱাংবা লোকশিংদা চৎচৈ; রজোগুণদা লৈজবা রাজস পুরুষনা মযাযদা হায়বদি মীওইবগী লোকতা লৈজৈ অমসুং তমোগুণগী কার্য্যরূপ তূমগনবা, ময়াইকাবা অমসুং অতনবনচিংবশিংদা লৈবা তামস পুরুষনা হন্থবা লম্বীদা হায়বদি তীল-কাঙ্, শানচিংবা অতোনবা মপোক্তা অমদি নবকখিবিকপু ফংজৈ।"

১৬শুবা অধ্যায়গী ১৯ অমদি ২০ শুবা শ্লোকতা আশুরী প্রকৃতিগী তামসী মনুষ্যশিংগী মরীদা ভগবাননা তাকপিরম্মী মদুদি মখোয়বু ঐনা হন্না হন্না আশুরী যোনি (হিংচাবগী মপোক) শিংদা হায়বদি হূই-ওক্রচিংবা মপোকশিংদা থাদৈ অমসুং মদুগী তুংদা মকোয় শূক্লবা নরকতা তাজৈ। -

**তানহং দ্বিষতঃ ক্রূরান্ সংসারেষু নরাধমান্।**

**ক্ষিপাম্যজ স্রমশুভানা সুরীষ্বেব যোনিষু।।**

**আসুরীং যোনিমাপন্না মূঢ়া জন্মনি জন্মনি।**

**মামপ্রাপ্যৈব কৌন্তেয় ততো যান্ত্যধমাং গতিম্।।**

"মবুকচেন য়েংথীরবা, পাপকী মচৎ চৎলবা অমসুং তমথীবা কর্ম্ম তৌরবা নরাধমশিং অদুবু ঐনা সংসারদা হন্না-হন্না হিংচাবগী মপোকশিংদা হুন্থে।। হে অর্জুন! পঙলবশিং অদুনা ঐবু ফংজদনা মপোক-মপোক কয়া হিংচাবগী মপোক্তা পোকচৈ। অদুগা, মদুদগীসু হেন্না তোন্থখ্রবা লম্বেন্দা চৎলুই, হায়বদি অমম্বা নবক কয়াদা তাই।"

মতৌ অসূন্না অতৈ-অতৈ মফমশিংদসু গুণ কর্ম্মগী মতুং ইন্না গীতাদা জীবশিংগী গতি তাকপিরম্মী। মুক্ত-পুরুষশিংগী গতিগী ওইবা বর্ণন পাকশন্না সাঙখ্য অমসুং যোগগী ফলরূপতা মফম - মফম কয়াদা তৌরম্মী। জীবন্মুক্ত পুরুষশিংগী ওইনদি কদাইদসু হঙ্গৎ হন্দা চক্লে। মখোয়দুদি হেক্তা পবংব্রহ্ম পবমাত্মবু ফংজৈ। 🕮

# ১৩ - গীতাগী শেংলবা ৱাফম খরা

১। গুণশিংবু খঙনবা –

গীতাদা সাত্ত্বিক রাজস-তামস পদার্থশিং, ভাবশিং অমদি ক্রিয়াশিংগী ওইবদা তাকপিরম্বা শেংন-খঙনিংঙাই ওইবা অদুদি -

(ক) অদুগুম্বা ভাব নত্রগা ক্রিয়াগী স্বার্থদা সম্বন্ধ ওইদবা অমসুং মঙোন্দা আসক্তি অমদি মমতা য়াওদ্রবা অমদি মদুগী মহয়না ভগবান ফংজবা ওইবা অদুবু সাত্ত্বিক হায়না খঙ্নগনি।

(খ) অদুগুম্বা ভাব নত্রগা ক্রিয়াগী লোভ, স্বার্থ অমদি আসক্তিগা মরী ওইনবা অমদি মদুগী মহয়না মিকুপমুক নুংঙাইবা ফংজবা অমসুং পোলোইদনা ৱাবা অদুবু রাজস হায়না খঙ্নগনি।

(গ) অদুগুম্বা ভাব নত্রগা ক্রিযাদা হিংসা, মোহ অমদি ময়াই কাবা ওইবা; মদুগী ফলনা অৱাবা অমসুং জ্ঞান য়াওদবা ওইবা অদুবু তামস হায়না খঙনগনি।

মতৌ অসুম্না ভাব অমদি ক্রিয়া মখল অহুমগী খেন্নবসি তাকপিরদুনা ভগবাননা সাত্ত্বিক ভাব অমদি ক্রিয়াশিংবু লৌজনবা, অদুগা রাজস অমদি তামস ভাব অমদি ক্রিয়াশিংবু থাদোকচনবা য়াথং পীবিখি।

**(২) গীতাদা আচরণ (লমচৎ) দগী ভাব (ৱাখল) না হেনবা মতৌ -**

অথোইবা আচরণ অমদি থস্মোয়নুংগী অথোইবা ৱাখল-অনীমকপু গীতাদা কল্যাণগী সাধননি লৌনৈ। অদুম ওইনমকসু অহেনবা মতৌদি ভাব হায়বসিদা ওইহল্লি। ২ শুবা, ১২ শুবা অমদি ১৪শুবা অধ্যায়গী অরোইবদা মথংশীৎনা স্থিতপ্রজ্ঞ, ভক্ত অমদি গুণাতীত পুরুষশিংগী লক্ষণশিংদা ভাব খকপু মরু ওইবা মতৌদা পল্লি। (মিংয়েং তাবিগদবা ওই - ২/৫৫ দগী ৭১; ১২/১৩ দগী ১৯;১৪/২২ দগী ২৫ ফাওবদা)। অনীশুবা ১২শুবা অধ্যায়দা অর্জুননা

আচারণবু অথোইবা ওইনা খল্লগা হঙ্গচৈ। অদুবু, ভগবান্না ভাবখকপু অথোইবা মতৌ থম্বিদুনা তাকপিখি।

গীতাগী মতুং ইন্না সকাম ভাবতা তৌজবা যজ্ঞ, দান, তপ, সেবা, পূজা অসিনচিংবা ৱাংদগী ৱাংলবা ক্রিয়াশিংগা য়েংনবদা, নিষ্কাম ভাবতা তৌজবা লান, লল্লোল-ইতিক, লৌউবা, খুৎশা হৈবা অমদি সেবানচিংবা হন্থুবদগী হন্থববা ক্রিয়ানসু মুক্তি পীনবা ওইবা মবম্না অথোইবনি-তাকপিরম্মী –

**নেহাভিক্রমনাশোঽস্তি প্রত্যবায়ো ন বিদ্যতে।**

**স্বল্পমপ্যস্য ধর্মস্য ত্রায়তে মহতো ভয়াৎ।।**

(২/৪০)

"কর্ম্মযোগ হাযবা অসিদা অহৌবা হাযবদি মফগী মশক মাঙদে। অদুগা ওন্ননা ফলরূপ দোষসু লৈতে। থোইনদুম, কর্ম্মযোগ হায়বা অসিগী মশক ওইবা ধর্ম্মগী সাধন খবখক্লসু পোকপা শিবগী মশক ওইবা থোইনা অকিবদগী কঞ্জে।"

(পনখ্রবা ২/৪৯ দসু হায়বি)

১২ শুবা অধ্যায়গী ১২ শুবা শ্লোকতসু হাযবি -

**শ্রেয়ো হি জ্ঞানমভ্যাসাৎ**

**জ্ঞানাৎ ধ্যানং বিশিষ্যতে।**

**ধ্যানাৎ কর্ম্মফল ত্যাগ-**

**স্ত্যাগাচ্ছান্তিরনন্তরম্।।**

"অচেৎপা মরম খঙদনা তৌজবা অভ্যাসদগী জ্ঞাননা অথোইবনি। জ্ঞানদগী পরমেশ্বর ঐহাক্কী স্বরূপপু ধ্যান তৌজবনা অথোইবনি। অদুগা ধ্যানদগীসু কর্ম্ম পূম্নমক্কী মহয় থাদোকচবনা অথোইবনি। মরমদি থাদোকচবতনা থোইদোক্লা শান্তি ওইজে।"

(পনখ্রবা ১৮/৪৬ তসু হায়খ্রে)। ৪শুবা অধ্যায়দা মখল মখাগী যজ্ঞগী মওং ওইবা সাধন কয়া তাকপিখিবশিং অদুদসু ভাবকী থোইদোকপা মতৌ খক্তনা মুক্তিনি তাকপিরম্মী। (মিৎয়েং তাবিগদবা ওই ৪/২৪ দগী ৩২ ফাওবদা)। 🕮

# ১৪ - গীতা অমসুং বেদ

গীতানা বেদশিংবু য়াম্না লুনা চান্ন তৌই। ভগবাননা ইবুংঙো মশাবু বেদ খিবিক্লা মরম ওইদুনা খঙজবদা মতীক চাবা, বেদান্তবু লেংবা অমসুং বেদশিংবু হৈবনি হায়দুনা ইবুংঙো মাগী মহত্ত্ব (অথূপ্পা গুণ) য়াম্না পাক শন্দোক্লম্মী। (পনখ্রবা ১৫/১৫ দা)। সংসারগী মশক ওইবা খোংনাং পাম্বীগী বর্ণন তৌবিদুনা ভগবাননা তাকপি –

**উর্ধ্বমূলমধঃ শাখমশ্বত্থং প্রাহুরব্যয়ম্।**

**ছন্দাংসি যস্য পর্ণানি যস্তং বেদ স বেদবিৎ।।**

(১৫/১)

"আদিপুরুষ পরমেশ্বরগী মশক ওইবনা মরুগী মশক ওইবা অমসুং ব্রহ্মাগী মশক ওইবা মরুওইবা মশা লোঙ্বা, অদুগুম্না সংসারগী মখল ওইবা খোংনাং পাম্বী অদুবু অমাঙ- অতা লৈতবা কৌই। অদুগা বেদনা মদুগী মনা কৌখ্রে, অদুগুম্না সংসারগী মশক ওইবা উপানবু পুরুষ অদুনা তত্ত্ব যৌনা খঙজরবা মহাক অদো বেদগী তাৎপর্য্যবু খঙজরবনি।"

মসিদা ভগবাননা তাকপিরিবদি জগৎকী কারণরূপ পরমাত্মাগা লোয়নননা জগৎকী অওইবা মশকপু তত্ত্ব য়ৌনা খঙজবখক্লা বেদশিংগী তাৎপর্য্যনি। ভগবাননা তাকপিখি মদুদি বেদনা মরম ওইদুনা বিভাগকা লোয়নননা হায়খ্রিবা অদো ঐহাক্লা হায়বনি -

**ঋষিভির্বহুধা গীতং ছন্দোভির্বিবিধৈঃ পৃথক্।**

**ব্রহ্মসূত্রপদৈশ্চৈব হেতুমদ্ভি র্বিনিশ্চিতৈঃ।।**

(১৩/৪)

ক্ষেত্র অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞগী তত্ত্ববু ঋষিশিংনা মরম ওইদুনা মখল কয়ামরুম হায়রম্লবনি অমসুং মখল-মখা অয়াম্বা বেদান্তশিংনা মরম ওইদুনসু শরুক শরুক খাইনা হায়খ্রবনি অমদি নীংথিনা লেপ্লবা যুক্তি যুক্ত ওইবা ব্রহ্মসূত্রগী পদশিংনসু মরম ওইদুনা হায়খ্রবনি।"

মতৌ অসূম্না ইবুংঙো মহাক্কী উক্তিশিংবু য়াবিদুনা বেদশিংনা প্রমার্ণনি হায়দুনা ভগবাননা বেদশিংগী মহিমাবু য়াম্না হেন্না পাক শলহল্লম্মী। ভগবাননা ঋগ্বেদ, যজুর্বেদ অমসুং সামবেদ হায়বা বেদ অহুমসিবু ইবুংঙো মামক্কী স্বরূপমক্কি তাকপিদুনা মসিবু অমুক্কা হেন্না লুনা চান্না তৌরম্মী। (পনখ্রবা ৯/১৭ তা) ভগবাননা বেদশিংবু ইবুংঙো মঙোন্দগী ফোংদোকপনি তাকপি-

**কর্ম্ম ব্রহ্মোদ্ভবং বিদ্ধি ব্রহ্মাক্ষর সমুদ্ভবম্।**

**তস্মাৎ সর্ব্বগতং ব্রহ্ম নিত্যং যজ্ঞে প্রতিষ্ঠিতম্।।**

(৩/১৫)

"কর্ম্মগী কাঙলুপ হায়বসি নহাক্না বেদদগী পোকপনি অমসুং বেদনা অমাঙ-অতা লৈতবা পরমাত্মাদগী পোকখিবনি খঙউ। মবম অসিদগী সর্ব্বব্যাপী পরম অক্ষর ওইবা পবমাত্মানা মতম চুপ্পদা যজ্ঞগী মনুংদা লৈবি হায়বসি শোয়দ্রবা তশেংবনি।"

**ওঁ তৎসদিতি নির্দেশো ব্রহ্মণস্ত্রিবিধঃ স্মৃতঃ।**

**ব্রাহ্মণাস্তেন বেদাশ্চ যজ্ঞাশ্চ বিহিতাঃ পুরা।।**

(১৭/২৩)

" ওঁ তৎ-সৎ হায়বা (বেদমন্ত্র) মখল অহুমগী ওইবা অসি সৎ-চিৎ-আনন্দ-ব্রহ্মগী নামনি হায়বি। মসিদগী সৃষ্টিগী অহানবা মতমদা ব্রাহ্মণ অমসুং বেদ অমদি যজ্ঞনচিংবা হৌদোকখিবনি।"

অসূম্না ভগবাননা তাকপি মদুদি পরমাত্মাবু ফংজনবগী অয়াম্বা সাধন কয়া বেদশিংগী মনুংদা তাক্লি। (পনখ্রবা - ৪/৩২ দা)। মরম অসিদগী ভগবাননা তশেংনা তাকপিবগুম ওইরে মদুদি বেদদা সূপ্নগী ভোগ ফংজনবগী (চাবা থুংনবগী) সাধনখক ওইদে অসূম্না খঙনদবশিং খরনা মখন্নে। অদুবু, ভগবান ফংজনবগীসু অমা-অনীদা নত্তনা অয়াম্বা সাধন কয়ামুক থন্না লৈরিবনি। ভগবাননা

পরম-পদ (অথোইবা খুভম) হায়বা নামদা ইবুংঙো মাগী স্বরূপকী বর্ণন তৌদুনা তাকপি মদুদি বেদ খঙবশিংনা ইবুংঙো মাবু অক্ষর (ওঁ কার) হায়বা মিংদা খঙনৈ। হায়রি –

**যদক্ষরং বেদবিদো বদন্তি**

**বিশন্তি যদ্যতয়ো বীতরাগাঃ।**

**যদিচ্ছন্তো ব্রহ্মচর্য্যং চরন্তি**

**তত্তে পদং সংগ্রহেণ প্রবক্ষ্যে।।**

(৮/১১)

"বেদবু খঙবা পণ্ডিতনা অদুগুম্বা (ওঁ কার) সচ্চিদানন্দঘন স্বরূপ পরম অদুবু অমাঙ অতা লৈতবা হায়না কৌনরিবা, অপাম্বা ৱাখল চেন্দ্রবা চেকশিনবা সন্ন্যাসী মহাত্মাশিংনা মঙোন্দা চঙশিন্নবা অমসুং পরমপদবু পামজবা ব্রহ্মচারী শেংনা ব্রহ্মচার্য্যগী মচৎ-চচ্চরিবা, অদুগুম্বা পরম পদদুবু ঐনা নঙগীদমক শম্না তাক্কে।"

অসিতনসু ভগবাননা খঙহনবিরি মদুদি বেদশিংদা সুপ্পগী সকাম পুরুষশিংতনা ফংজনিংঙাই ওইবা ইহ-লোককী অমদি স্বর্গগী অনিত্য-ভোগশিং খক্কী বর্ণন তৌবা নত্তে; মখোয়সিদা পরমাত্মাগী অমাঙ-অতা লৈতবা মশক্কীসু পাক শন্না বর্ণন তৌই। মথক্তা পঞ্জিবশিং অসিদগী বেদবু ভগবাননা য়াম্না হেন্না লুনা তৌরম্মী হায়বা ৱাফম অসি অচূম্বনি হায়বসি শেংলবনি।

মসিদা চিংনবা য়াবদি, - অমুক্তা ভগবাননা মফম কয়ামুক্তা কমদৌনা বেদশিংগী নিন্দা তৌরম্বনো? খুদম ওইনা, - ইবুংঙোনা সকাম পুরুষশিংবু বেদবাদ (বেদচৎপা কাংবু) দা রত ওইবা অমদি জ্ঞান তাদবনি তাকপিরম্মী, - (পনখ্রবা - ২/৪২ দা) অমদি বেদশিংবু গুণ অহুম্মক্কী কার্য্যরূপ ওইবা সংসারগী ভোগশিং অমদি মখোয়দুগী সাধনশিংবু মুন্না তাকপিবনি হায়দুনা অর্জুন্দা হায়রিবা ভোগশিং অদুদা অপাম্বা ৱাখল চেল্লুদনবগীদমক তাকপিখি –

**ত্রৈগুণ্য বিষয়া বেদা নিস্ত্রৈগুণ্য ভবার্জুন।**

**নির্দ্বন্দ্বো নিত্য সত্ত্বস্থো নির্যোগক্ষেম আত্মবান্।।**

(২/৪৫)

"হে অর্জুন! বেদনা সত-রজ-তম-হায়বা গুণ অহুমগী কার্য্যরূপ ওইবা ভোগ খিবিক অমদি মখোয়দুগী সাধনশিংগী প্রতিপাদন তৌবিবনি (মুন্না তাকপিবনি); মরম অসিনা নহাক্না অদুগুম্বা ভোগশিং অমদি মখোয়দুগী সাধনশিংদা আসক্তি চেন্দবা, নিত্যবস্তু ওইবা পরমাত্মাদা লৈজবা, যোগ-ক্ষেম পামদবা (ফংনদববু ফংগে তান্দবা, ফংলগসু ঙাক্কে খন্দবা) অমসুং নীংতম্বা থম্মোয় চেনবা ওইজৌ।"

অদুগা বেদ অহুমগী ধর্ম্মগী আশ্রয় লৌজবা সকাম পুরুষশিংগী মরীদা ভগবাননা অসূম্না তাকপিরম্মী মদুদি মখোয়না হন্না হন্না পোকপা শিবা নাইদুনা লৈজে, হঙ্গৎ-হন্দাগী চক্রদগী নাস্থোক্তে (পনখ্রবা ৯/২১ দা)। অসিগুম্বা ফিভমদা করি খন্নবা তাই? -

অসূম্না চিংনবা অসিগী কোক্লনিংঙাই ওইবা বিচার ওইনা, - মথক্তা পনখ্রবশিং অসিগী মনুংদা বেদশিংবু নিন্দা তৌবা ওইনা থোক্লবসু, মদুমক তশেংনা হায়খ্রিবশিংসিদা বেদগী নিন্দা তৌবা লৈতে। গীতাদা সকাম ভাবকা য়েংনবদা নিষ্কাম ভাবনা য়াম্না হেন্না থোইদোকই অমসুং ভগবান ফংজনবগীদমক মসিবু তঙাইফদে হায়বা তাকপিবম্মী। মরম অসিদগী নিষ্কামগা য়েংনবদা সকাম ভাবপু অনেম্বা অমসুং মাঙনিংঙাই ওইবা বিষযগী নুংঙাইবদা পীনবনি হায়না তাকপিনবগীদমক্তা বেদবু মবক মবক্তা করিসু লৈতবা তাহনবনি। নিসিদ্ধ কর্ম্ম (তৌহৈদবা থবক) শিংগী মতৌগুম মখোয়বু নিন্দা তৌদে। বেদশিংগী মহয়বু লংশেক্লবগী ব্রাফম তাকপিখিবা মতম অদুদসু সকাম কর্ম্মদা পান্দম ওইরগা অদুম হায়খিবখক্নি। -

**বেদেষু যজ্ঞেষু তপ:সু চৈব দানেষু যৎপুণ্যফলং প্রদিষ্টম্।**
**অত্যেতি তৎ সর্ব্বমিদং বিদিত্বা যোগী পরং স্থানমুপৈতি চাদ্যম্।।**

(৮/২৮)

"যোগী পুরুষনা অসিগুম্বা থূপ্লবা ব্রা অসিবু মনুং থীৎনা খঙজরগা বেদ তম্বদা অমদি যজ্ঞ, তপ অমসুং দাননচিংবা তৌজবদা অদুগুম্বা পুণ্যফল ওই হায়বা খিবিক অদুবু লংথোক্লগা চৎলি অমসুং সনাতন পরমপদবু ফংই।"

মথক্কী বিবেচনা অসিদগী ভগবাননা গীতাদা বেদশিংগী নিন্দা কদাইদসু তৌখিবা লৈখিদে; হেন্নদুম মরক-মরক্তা বেদশিংবু থাগৎপিখি হায়বসি অচূম্বা ওইনা থোকই। 

## ১৫ - গীতা অমসুং সাঙ্খ্যদর্শন অমদি যোগদর্শন

মীওই খরনা অসূম্না লৌনৈ মদুদি গীতাদা মরক মরক্তা 'সাঙ্খ্য' হায়বা ৱাহৈশি য়াওরম্বা অদু কপিলনা হৌদোল্লম্বা সাংখ্যদর্শনগী বাচকনি। অদুবু মসিগী ৱাসি যুক্তিসঙ্গত ওইগদৌবা মান্দে। গীতাগী ১৩শুবা অধ্যায়দা, শ্লোক ১৯,২০ অমসুং ২১ শুবদা অমদি অতোপ্পা মফমশিংদসু প্রকৃতি অমসুং পুরুষ হায়বা ৱাহৈ অনীসি লোয়ন-লোয়ননা প্রয়োগ তৌরম্মী –

**প্রকৃতিং পুরুষং চৈব বিদ্ধ্যনাদী উভাবপি।**

**বিকারাংশ্চ গুণাংশ্চৈব বিদ্ধি প্রকৃতি সম্ভবান্।।**

**কার্য্যকরণ কর্ত্তৃত্বে হেতুঃ প্রকৃতিরুচ্যতে।**

**পুরুষঃ সুখদুঃখানাং ভোক্তৃত্বে হেতুরুচ্যতে।।**

**পুরুষঃ প্রকৃতিস্থো হি ভুঙক্তে প্রকৃতিজান্গুণান্।**

**কারণং গুণসঙ্গোঽস্য সদসদ্যোনিজন্মসু।।**

"প্রকৃতি অমসুং পুরুষ হায়বা অনী অসিবু নহাক্না অনাদিনি হায়না খঙউ। অদুগা রাগ-দ্বেষনচিংবা বিকারশিং অমদি সত-রজ-তম-গুণ অহুমগী মশক ওইবা পদার্থ-খূদীং পুম্নমকপুসু প্রকৃতিখক্তগী পোকপনি খঙউ।। কার্য্য অমসুং কবণনা পোকপদা প্রকৃতিনা হেতুনি হায়নৈ অমসুং নুংঙাইবা অৱাবা খিবিকপু চাজবা মতৌদা হায়বদি ভোগ তৌবদা হেতুনি হায়রি। প্রকৃতিদা লৈজবা পুরুষনা প্রকৃতিদগী পোকপা ত্রিগুণাত্মক পদার্থশিংবু চাজৈ অমসুং গুণশিং অদুগা সঙ্গ ওইনা জীবাত্মা অসিগী অফ-ফত্ত নাইবা মপোকশিংদা পোকচনবগী কারণ ওই।"

অদুনা প্রকৃতি পুরুষ হায়বসি সাঙ্খ্যদর্শনগী শেংলবা ৱাহৈনি হায়বা অসিদগী মীয়াম্না লৌনখিবনি মদুদি গীতাবু কাপিল সাঙ্খ্যগী সিদ্ধান্তনি হায়না লৌনিংঙাই ওই।

মতৌ অসুন্না 'যোগ' শব্দবুসু কনাগুম্বা মীওই খরনা পাতঞ্জল যোগগী বাচকনি লৌনরি। ৫শুবা অধ্যায়গী হৌরকপদা অমদি অতৈ মফমশিং কয়ামরুমদসু সাঙ্খ্য অমসুং যোগ শব্দবু পুল্লপ্না প্রযোগ তৌরম্মী। মসিদগীসু মীয়ান্না লৌনখ্রে মদুদি সাংখ্য অমসুং যোগ শব্দসি মথংশীৎনা কাপিল সাঙ্খ্য অমসুং পাতঞ্জল যোগগী বাচকনি। তৌইগুম্বসুং ব্রাফম অসি যুক্তিসঙ্গত ওইগদৌবা মান্দে। গীতাগী সাঙ্খ্যদি কাপিল সাঙ্খ্য নত্তে অমসুং গীতাগী 'যোগ' পাতঞ্জলযোগ নত্তে। মখাগী ব্রাফমশিংনা মসি শেংদোকচরি -

১) গীতাদা ঈশ্বরবু লৌনরিবা মতৌ অদুদা সাঙ্খ্য দর্শননা লৌদে।

২) প্রকৃতি শব্দবু গীতাদা মফম কয়াদা প্রযোগ তৌববসু; গীতাগী প্রকৃতিগা সাঙ্খ্যগী প্রকৃতিগদি থোইদোক্না খেন্নৈ। কাপিল সাঙ্খ্যগী প্রকৃতিনা গুণ অহুম্মক্কী মান্নবা মতৌ ওই। তৌইগুম্বসুং গীতাগী প্রকৃতিদি গুণ অহুম্মক্কী কারণ ওই, গুণনা মাগী কার্য্য ওই। হায়রি –

**সত্ত্বং রজস্তম ইতি গুণাঃ প্রকৃতিসম্ভবা:।**

**নিবধ্নন্তি মহাবাহো দেহে দেহিনমব্যয়ম্।।**

(১৪/৫)

"হে অর্জুন! সত্ত্বগুণ, রজোগুণ অমসুং তমোগুণ অসূন্না প্রকৃতিদগী পোকপা গুণ অহুন্না অবিনাশী জীবাত্মাবু হকচাংদা পুনশিল্লিবনি।"

সাঙ্খ্যনা প্রকৃতিবু অনাদিনি অমদি নিত্যনি লৌই। গীতানসু প্রকৃতিবু অনাদিনি হায়নবুদি লৌই। (১৩/৯ পনখ্রবদা)। তৌইগুম্বসুং নিত্য ওইবা নত্তে।

৩) গীতাগী পুরুষ অমসুং সাঙ্খ্যগী পুরুষদসু য়ান্না খেন্নৈ। কাপিল সাংখ্যগী মততা পুরুষ মখল য়ামই। অদুবু গীতাগী 'সাঙ্খ্য' না 'পুরুষ'সি অমখক্তা ওইনা লৌই।

**উপদ্রষ্টানুমন্তা চ ভর্তা ভোক্তা মহেশ্বরঃ।**

**পরমাত্মেতি চাপ্যুক্তো দেহেঽস্মিন্ পুরুষ: পরঃ।।**

(১৩/২২)

"অসিগুম্বা হকচাং অসিদা লৈরিবা আত্মা অসে তশেংবদা পরমাত্মামক্নি। মানা সাক্ষী ওইবা মরম্না উপদ্রষ্টা (য়েংশিনবিবা) অমসুং সম্মতি পীবিবা মরম্না

অনুমন্তা (হায়ন-তান য়াবিবা), পুন্নমকপু পুবি-য়োকপিবদগী ভর্তা (মপু), জীবরূপ ওইবিবদগী ভোক্তা (চাবিবা), ব্রহ্মানচিংবগীসু স্বামী ওইবদগী মহেশ্বর অমসুং অশেংবা সৎ-চিৎ-আনন্দনা ঘনীভুত ওইবদগী পরমাত্মা অসূম্না কৌনৈ।”

(পনখ্রবা ১৩/৩০; ১৮/২০ দসু হায়খ্রে।)

৪) গীতাগী 'মুক্তি' অমসুং সাংখ্যগী মুক্তি' দসু থোইদোক্লা খেন্নৈ। সাঙ্খ্যগী মততা অৱাবা খিবিক য়াম্না হেন্না লাম্থোকচবনা মুক্তিগী মশক ওই। গীতাগী মুক্তিদনা অৱাবা খিবিক য়াম্না হেন্না লাম্থোকচববুদি ওই, অদুবু লোয়ন-লোয়নননা পরমানন্দ স্বরূপ পরমাত্মাবুসু ফংজে। হায়রি,-

**সুখমাত্যন্তিকং যত্তদ্বুদ্ধি গ্রাহ্যমতীন্দ্রিয়ম্ ।**

**বেত্তি যত্র ন চৈবায়ং স্থিতশ্চলতি তত্ত্বত: ।।**

**যং লব্ধ্বা চাপরং লাভং মন্যতে নাধিকং তত: ।**

**যস্মিন্ স্থিতো ন দু:খেন গুরুণাপি বিচাল্যতে ।।**

(৬/২১,২২)

“ইন্দ্রিয় খিবিক্তগী লাম্থোক্লবা, পুমশেং শেংলবা কূপ্লবা বুদ্ধিনা মরম ওইদুনা লৌশিনবা য়াবা অদুগুম্বা অনন্ত আনন্দ (লোইবা নাইদনা নুংঙাইবা) ওইবা অদুবু, অদুগুম্বা ফিভমদা ওইনা অদুম খঞ্জে অমসুং অদুগুম্বা অবস্থাদা লৈজরবা যোগীদুগা পরমাত্মাগী স্বরূপ্তুগী খক লেঙথোক্তে।। পরমাত্মাবু ফংজবা ওইবা কান্নবদু ফংজরগা মদুদগী হেন্দোকপা অতোপ্পা কান্নবা অতৈ করিসু খন্দ্রে অমসুং পরমাত্মা ফংজবা ওইবা অবস্থাদা লৈজরবা যোগীনা য়াম্না লূন্নবা অৱাবনসু লেঙ-হাইহন্দে।।”

৫) মথক্তা হায়রিবা সিদ্ধান্ত খেন্নবা অসিদ-নত্তনা পাতঞ্জল যোগদা যোগগী অর্থ 'চিত্তবৃত্তি নিরোধ' (পুক্নিংগী মচৎ থিংবা) নি হায়। অদুবু গীতাদা ফোংদোকপা মতুং ইন্নাদি 'যোগ' শব্দগী তোঙান- তোঙানবা অর্থ কয়া থোক্লা প্রয়োগ তৌই। মসিদা 'যোগ'শব্দগী অর্থ মতাং-মতাংগী মতুংইন্না তোঙান-তোঙান্না লৌনবা খরদং -

**১) কর্ম্মযোগ** —(পনখ্রবা ৬/৩) মসিদা যোগারূঢ় ওইনবগী আশা তৌজবশিংগীদমক কর্ম্ম তৌফম থোকই হায়খ্রে।

**২) ধ্যান যোগ** – (৬/১৯ দা) নুংশিৎ শিত্তবা মফমদা থানবা থাওমৈনা লেঙদনা ঙানবগী মতৌগা মান্ননা পূক্লিং হক্লা লেপচবা মতৌ ওইনা বর্ণন তৌবা মরমনা মসিগী 'যোগ' শব্দসি ধ্যান যোগবু খঙনবা ব্রাহৈনি।

**৩) সমত্বযোগ** – (পনখ্রবা ২/৪৮ দা) যোগদা লৈজরগা অপান্না ব্রাখল চেন্দবা অমদি পাঙবা অমসুং পাঙদবদা চপ্ মান্ননা খল্লগা কর্ম্মখিবিক তৌজনবগী য়াথং পীবদগী মসিগী 'যোগ' শব্দসি সমত্বযোগগী খঙনবা ব্রাহৈনি।

**৪) ভগবৎ প্রভাব স্বরূপ যোগ** – (৯/৫ দা) মসিদা অঙকপা মতৌ ওইবা প্রভাব ফোঙদোকপগী বর্ণন তৌবা মরম্না মসি শক্তি নত্রগা প্রভাবকী খঙনবা ব্রাহৈনি)

**৫) ভক্তিযোগ** – (পনখ্রবা ১৪/২৬ তা) অতৎপা লৈতনা হৌনবী চুম্না ভজন তৌজৌ হায়বগী মরম ফোঙদোক্লস্বদগী মসিগী যোগ শব্দসি ভক্তিযোগবাচকনি। মসিদদি 'ভক্তিযোগ' হায়না শেংনা ইরম্মী।

**৬) অষ্টাঙ্গযোগ** – (৪/২৮ দা) মসিদা যোগ শব্দগী অর্থসি সাঙ্খ্যযোগ নত্রগা কর্ম্মযোগনি হায়বা য়াদ্রে। মরমদি শব্দ অনীমক ব্যাপক ঙাক্তা ওই। মসিদা যজ্ঞগী মিংদগী ওইবা সাধনশিং অদুবু বর্ণন তৌবা ময়াম অদু, যোগ অনীমক অসিগী মনুং চল্লকই। মরম অসিনা মসিগী যোগ শব্দশী অর্থ 'অষ্টাঙ্গযোগ' হায়না লৌবনা চুমগদৌমাল্লে।

**৭) সাঙ্খ্যযোগ**– (১৩/২৪ দা) মসিদা সাঙ্খ্যযোগবু বিশেষণ ওইনা লৌবদগী মসি সাঙ্খ্যযোগবু খঙনবা ব্রাহে ওই। অসুম্না অতোপ্পা মতাংশিংদসু মতাংগী মতুং ইন্না খঙনবিগদবা ওই।

মতৌ অসুম্না গীতা অমসুং সাঙ্খ্যদর্শন অমদি যোগদর্শনগী সিদ্ধান্তশিংদা য়াম্না খেন্নৈ। ❑

# ১৬ - পুষ্পিকা মাহাত্ম্য

গীতাগী অধ্যায় খূদীংগী অবোইবদা পুষ্পিকা (শৈবোই) অমমম পীবি। মসিদসু শ্রীমদ্ভগবদ্গীতাগী মাহাত্ম্য -অমসুং প্রভাব ফোংদোকই। ওঁ-তৎ-সৎ হায়বসি ভগবানগী নামনি (১৭/২৩)। স্বযং শ্রীভগবাননা শক্লন্বা মবম্লা মসিগী মমিং '**শ্রীমদ্ভগবদ্গীতা**' কৌই। মসিদা উপনিষদশিংগী সাবতত্ত্বনা পূল্লি অমসুং মশামক অসিসু উপনিষদনি। মসিদগী মাবু উপনিষদ্ হায়বিবনি। নির্গুণ নিবাকাব পবমাত্মাগী পবম তত্ত্ববু শংশংনা ফোংদোকপা মবম্লা মসিগী মমিং ব্রহ্মবিদ্যা কৌই। অদুগা কর্ম্মযোগগী ওইবা 'যোগ' হাযবা মিংদা বর্ণন ওইবা অদুগুম্বা নিষ্কাম ভাবনা তিনবা কর্ম্মযোগগী তত্ত্ব তাকপা মবম্লা যোগশাস্ত্র কৌই। মসি সাক্ষাৎ পবম পুরুষ ভগবান শ্রীকৃষ্ণ অমসুং ভক্তবব অর্জুনগী সংবাদ ওই। মসিগী অধ্যায খুদীংদা পবমাত্মাবু ফংহন্নিংঙাই ওইববা যোগগী বর্ণন ওই। 🕮

## ১৭ - গীতা মাহাত্ম্য (স্কন্দ পুরাণোক্ত)

### শ্রীভগবানুবাচ

ন বন্ধোঽস্তি ন মোক্ষোঽস্তি ব্রহ্মৈ বাস্তি নিরাময়ম্।

নৈকমস্তি ন চ দ্বিত্বং সচ্চিৎকারং বিজৃম্ভতে।।১।।

গীতাসারমিদং শাস্ত্রং সর্ব্বশাস্ত্র সুনিশ্চিতম্।

যত্র স্থিতং ব্রহ্মজ্ঞানং বেদশাস্ত্র সুনিশ্চিতম্।।২।।

ইদং শাস্ত্রং ময়া প্রোক্তং গুহ্যবেদার্থদর্পণম্।

যঃ পঠেৎ প্রযতো ভূত্বা স গচ্ছেৎবিষ্ণু শাশ্বতম্।।৩।।

"শ্রীভগবাননা তাকপিখি - (গীতাদা) অপনবসু লৈতে, অরা:নবসু ওইদে,সুপ্পগী নিরাময় ব্রহ্মখক্লা মফম খূদীং শীন-থুংনা লৈ। অনী লোঙদবসু ওইদে, অনী লোঙবসু ওইদে। সুপ্পগী সৎ-চিৎ-আনন্দখক্লা মায়গৈপূম্বা মপুং ফানা থল্লি।১। গীতাগী সাবভুত ওইবা শাস্ত্র অসি, শাস্ত্রশিংনা মরম ওইদুনা নিংথিনা লেপ্পবা সিদ্ধান্তনি, মসিদা বেদ শাস্ত্রশিংনা নিংথিনা লেপ্পবা ব্রহ্মজ্ঞাননা মাঙ্‌ওইনৈ।২। ঐহাক্লা মরম ওইদুনা হায়খ্রবা গীতা শাস্ত্র অসে বেদগী অথূপ্পা অর্থবু মিংশেনগী মতৌগুম্না ঙাম্থোকহনবনি। মসিনা শেংলবা মন-ইন্দ্রিয়শিংবু খুদুমদা থম্লগা মসিবু পাঠ তৌজবা মহাক অদো সনাতন দেব ভগবান বিষ্ণু ঐবু ফংজে।৩।

এতৎপুণ্যং পাপহরং ধন্যং দুঃখপ্রণাশনম্।

পঠতাংশৃণ্বতাং বাপি বিষ্ণোর্মাহাত্ম্যমুত্তমম্।।৪।।

অষ্টাদশ পুরাণানি নবব্যাকরণানি চ।

নির্মথ্য চতুরো বেদান্ মুনিনা ভারতং কৃতম্।।৫।।

**ভারতাদধিনির্মথ্য গীতানির্মথিতস্য চ।**

**সারমুদ্ধৃত্য কৃষ্ণেন অর্জুনস্য মুখে ধৃতম্।।৬।।**

**মল নির্মোচনং পুংসাং গঙ্গাস্নানং দিনে দিনে।**

**সকৃদ্গীতাম্ভসি স্নানং সংসার মল নাশনম্।।৭।।**

**গীতানাম সহস্রেণ স্তবরাজো বিনির্মিতঃ।**

**যস্য কৌক্ষৌ চ বর্তেত সোঽপি নারায়ণ স্মৃতঃ।।৮।।**

"ভগবান বিষ্ণুগী অথোইবা মাহাত্ম্য (গীতাশাস্ত্র) অসি পাজবা অমসুং তাজবশিংগী পুণ্যবু হেনগৎহনবা, পাপ কোকহনবা, থাগৎনীংঙাইগী মশক ওইবা অমসুং অৱাবা খিবিকপু কোকহনবীনি।৪। মুনিবর ব্যাসনা **পুরাণ** ১৮, **ব্যাকরণ** ৯ অমসুং **বেদ** ৪ বু নৈদুনা মহাভারতকী রচনা তৌখি।৫। অমুক মহাভাবতকী সমুদ্র নৈবদগী ফোংদোরকপা গীতাসু (মচি লৌখৎতুনা) নৈবদা মাগী অর্থগী মচি ওইবা লৌথোক্লগা মদুবু ভগবান বিষ্ণুনা অর্জুনগী মুখদা হাপচিনখি।৬। গঙ্গাদা নিতিগী স্নান তৌজবদা মীওইবশিংগী অমকপা (পাপ) কোকচৈ। তৌইগুম্বসুং গীতাগী মশক ওইবী গঙ্গাগী জলদা অমুক খক্তং স্নান তৌজবদা সংসারগী অমকপা খিবিকপু কোকহনবিবা ওই।৭। গীতাগী সহস্রনামনা মরম ওইদুনা স্তবরাজ শেমখিবা অদো, মদুগী হৃদিদা কাউদ্রবা মহাক অদুসু সাক্ষাৎ নারায়ণগী মশক্লি হায়না লৌনরি।৮।"

**সর্ব্ববেদময়ী গীতা সর্ব্বধর্ম্মময়ো মনুঃ।**

**সর্ব্বতীর্থময়ী গঙ্গা সর্ব্বদেবময়ো হরিঃ।।৯।।**

**পাদস্যাপ্যর্ধপাদং বা শ্লোকং শ্লোকার্ধমেব বা।**

**নিত্যং ধারয়তে যস্তু স মোক্ষমধিগচ্ছতি।।১০।।**

**কৃষ্ণ বৃক্ষ সমুদ্ভূতা গীতামৃত হরীতকী।**

**মানুষৈঃ কিং ন খাদ্যেৎ কলৌ মলবিরেচনী।।১১।।**

**গঙ্গা গীতা তথা ভিক্ষুঃ কপিলাশ্বত্থসেবনম্।**

**বাসরং পদ্মনাভস্য পাবনং কিং কলৌ যুগে।।১২।।**

গীতা সুগীতা কর্ত্তব্যা কিমন্যৈঃ শাস্ত্রবিস্তরৈঃ।

যা স্বয়ং পদ্মনাভস্য মুখপদ্মাদ্বিনিঃসৃতা॥১৩॥

আপদং নরকং ঘোরং গীতাধ্যায়ী ন পশ্যতি॥১৪॥

"গীতাদি বেদ পূম্বগী মশক ওইবীনি। মনুস্মৃতিনা ধর্ম্ম পূম্বগী মশক ওইবীনি। গঙ্গানা তীর্থ পূম্বগী মশক ওইবীনি অমদি ভগবান বিষ্ণুনা লাই পূম্নমক্কী মশক্কি।৯। গীতাগী মপূংফাবা শ্লোক অমত্তং, শ্লোক তংখাইদং, পরেং (চরণ) অমত্তং নত্রগা চরণ তংখাইদং ওইরবসু মহাক অদুনা নুমিৎ খুদীংগী লোয়নজবদা পোলোইদা মোক্ষ (অরান খুভম) ফংজৈ।১০। মীওইবনা শ্রীকৃষ্ণগী মশক ওইবা উপান্দগী ফোংদোরকপা গীতাগী মশক ওইবী অমৃতগী মতৌ ওইবী মনাহীবু চানরোইদবা করিগীনো? মসিদি কলিগী অমকপা খিবিকপু মশাদগী শেংদোকপীবনি।১১। কলিযুগতা শ্রীগঙ্গা, গীতা, অশেংবা সন্ন্যাসী, অঙৌবী ষণবী, সনাখোংনাং পাম্বী সেবা তৌজবা অমসুং ভগবান বিষ্ণুগী পর্ব-দিন (একাদশীনচিংবা) মখোয়সিদগী হেন্না শেংবা অতৈ করি লৈরিবগে?।১২। অতৈ শাস্ত্রশিং পাক শন্দোকউবগী করি কান্নগনি? সূপ্নগী গীতাখক পূন্না শক শোঞ্জগদবনি (পাজগদবনি অমসুং নৈনজগদবনি)। মসিদি সাক্ষাৎ ভগবান বিষ্ণুগী মুখদগী ফোঙদোরকপনি।১৩। গীতাবু নৈনজবা মীওইনা খুদোংথীবা অমদি অমম্বা নরক উররোইদবনি।১৪।

**ইতি শ্রীস্কন্দপুরাণে ব্রহ্মবিদ্যায়াং যোগশাস্ত্রে শ্রীকৃষ্ণার্জুন সংবাদে শ্রীগীতাসারে ভগবদ্গীতা মাহাত্ম্যং সম্পূর্ণম্॥**

"শ্রীস্কন্দ পুরাণগী ব্রহ্মবিদ্যা, যোগশাস্ত্র অমসুং শ্রীকৃষ্ণার্জুন সংবাদ ওইবা শ্রীগীতাসারগী ভগবদ্গীতা মাহাত্ম্য মপূং ফানা লোইরে।" 🕮

**ওঁ শান্তিঃ তুষ্টিঃ পুষ্টিঃ॥**

